সুধিরঞ্জন মোইরাংথেম

# নুংশিবনা মন্দপকা মপাউ



সুধিরঞ্জন মোইরাংথেম

---

# নুংশিরবা মরূপকী মপাউ

(ৱারীমচাশিং)



ফিক্শন ক্লব, মণিপুর




শগোলশেম ওংবী মুক্তামনি দেবী
লাইরিকয়েংবম লেকায, ইম্ফাল ৭৯৫ ০১০ না
ফিকশন ক্লব, মণিপুরগীদমক অহানবা ওইনা পুথোকপা, ২০০৪

সুখিরঞ্জন মোইরাংথেম, ২০০৪

বাবীমচাশিং অসিদা য়াওরিবা পাত্রশিং অমদি মমিংশিং অসি
অইবগী কল্পনানা শাগৎচবা ওন্তনি। মফম, মতম অমদি
থৌদোক থাথোকশি অসি মায়বম্বা যাওবসু মতা চাকর্বনি,
হি লিবা নংত্রগা শিখ্রবা কনাগুম্বা মীওই অমত্তগা মরী লৈনদে।

খোর্মজন্লবা বাবীমচাগী লাইরিক অসিদা যাওরিবা বাবীমচা খরদি
হৌজিক্কী মওং অসিদগী খরা লেমদোক্লবা মওংদা পোক্লফম,
মতমগী যাকাইবোল, যেন্নাং, সাহিত্যগী পাউ,
ওল ইন্দিয়া রেদিও ইম্ফাল নচিংবদা হায়না ফোঙদ্রে বাবীমচাশিং
অসিনু অমুক হন্না খোর্মজন্দুনা লাইরিক অসিদা পুথোকপা
যাহনবিবগাদমক এবা লৈনবশিংবু তৌবিমল খঙলা উজ্জবি

ফংফম থোকপা পুর্না অইবগীনি। য়াওবিবা বাবীমচাশিং অসি
লম ই নৈনবা অমদি আলোচনা য়াওনা থিজিন হমজিনবগী থবক
নওনা মচেৎ নংগগা মপম ওইনা, লেন্দানবগী মওংদা,
ইলেক্ট্রোনিক মাদিয়া যাওন শাজিন্নবা, থমজিনবা অমসুং মখম
চসি নত্তবা মও দা পুথোকপগী থবক তৌবা য়াবোই দবকাব
লৈববদি অফোঙবগী অয়াবা লৌনিযু

মমল: লুপা ৭৫/

নমকম:
সিরোই ওফসেট প্রিন্টর্স
থৌবাল কৈথেল, থৌবাল ৭৯৫ ১৩৮
মণিপুর

ইজী, নহাক্তি মসি খঙলিয়োইদো,

অদুবু

মসি

ইশা ইবুংঙোগী নফমদা কখোকচববনি

# য়াওরিবশিং

# তিংথোরক্লিবা খূৎ

"কমদৌবি?"

"কমদৌকনি। কোক শঙবাইমুক চাউবগা তৌফম খঙদনা ঙাওচৎনর্বিসিঙায়দনা। নোংঙানবদগী নুমিৎ তাবা ঙাইবা, নুমিৎ তাবদগী নোংঙানবা ঙাইবা। ফনদুম নুংঙাই।"

"মদুনা ওইবা য়াবদ্রা?"

"কনানা খঙনি। থোকঅ-থোকঅবা মবাইনা লাকচনি।"

মসি হায়বগা নোকফেৎ তৌই। য়াম্না চেকশীন্দবা মী অমগুম কবিসু থৌওইদে। শকফম ইওন ওন্দনা মখা অমুকসু তাবকই, "ঐখোয বাজীগা ইমাগনা পোকপা মী নত্তবা জীব অমনি ঐ। অদুনা মখোয়না ঐবু মী ওইনবা অমুক্তদি হোৎনৌ হায। ঐনদি ওইবা ঙমদে। হৌজিক্তি থাজবক্রমাল্লে, ঐবু মী ওইববোই হার্যবি। ঐ মী ওইদ্রবনি ভায।"

"তানিংদ্রে। কবি থোকএনা ঙাঙঙিনো। নখোঙ নখূৎ তেকপ্রা, নমীৎ তাঙব্রা। নখূৎ নক্রাঙদা লোনশীন্দুনা লৈবনদি যাবোই। কবিনোমত্তংদি তৌশল্লু...।"

অদুবু কবিনো তৌগদবা। মহাক কবি তৌগদবনো খঙদে। কুইবে অসুম্না লেল্লকপা। লৈবক মচীনগী উকৃদা ফমগনবা লৈকাযগী পাখঙ মাথা শাবশিংগী মবক্তা মহাকসু

অমনি। পঙচৎতা চৎলি। যুমদা শুকলৈ লৈনিংদে। হেক্তা চৎনিংলকই। মযুমদা লৈবদু পোখাফম খঙদবদৌনা তৌই। ব্রাখল লৌশিং ফকচীল্লকপোই নীংই। খুল্লক কোইবা, ব্রাবেম ঙাঙবদুনা মদু কোকপদি নত্তে। কাউথোকপনি। মশাবু কাউথোকচবা তম্বনি। চযেৎনবা মযামদগী মশা লীৎথোকখিনবা হোৎনবনি।

মশাগী খবচকীদমক মযুমদা পৈশা হংযদে। হাযবা ঙমদে। হায়সু হাযনিংদে। ব্রা মাঙদুনা তোক্লবনি। তাঞ্জা চাদ্রগা খোঙ্গীদুম চাগদৌবিবনি। অদুনা খুৎপায়শেল অমত্তা যাওদনা, ফুরীৎখাউ হাঙনা নুমিৎ চুপ্পা কোযবা তম্মী। ঙমসু ঙম্মী। অমদগী খবা থেংহৌ অমদগী খবা চাহৌ, ক্বা মতপ অমা, চুকপ মচৈ অমা খৈনি চখোম অমা।

মাগী মতৌদুদা মখোযদৌ থীৎলবা মখোয বাজীনা স্বব চনীং চমাঙ শমনদবমখৈ হেক হেক লাউই, "চৎপনেনা চৎলদি হল্লক্লনু। নশক্তো যেংনিংদ্রে। উবদা তীন হৌবে।"

কবিস্ নাচুংবিদে। চৈজ শাবিবদুনি। খজিক্তং থেঙজিল্লকপদা থাউমৈ পায়দুনা মাবু থিবা শোল্লি-শোল্লি অমুক লাক্লদৌবিবনি।

চৎখৈ চৎলুবগা নুমিদাং থেঙনা হল্লক্লনি। চৎলমদাইদা মমান চেঙ চবা লৈত্রি শোলহৌবদু হল্লকপদদি চাক পখম অমনা মাবু ঙাইদুনা লৈবম্মী। ইঙ্খাংদু হাউই হাউতে হাযকবগী মখৌ তাদে। চাবিঙৈ, শাযাবিঙৈদা নং থেংনবিদবা লাই খুকম্মী। থব্রায খুবাক্তা হাপ্লগা নমযোৎ যোৎলি। অদুদগী ফমুংদা অমুক নোংঙানবা ঙাইবা। মদুফাওবা কবিস্তম্বা নুংঙাইববা মঙ অমকা মঙজ্জববদি ফপ্তনিদা খল্লিপোৎনি। নুংঙাইবা মঙগা মহাও মহাক খঙাঙ। নুংঙাইবা পাম্বা মাগীদ মসিসু উপায অমনি।

নোংঙানবগা যেন খোঁদ্রিঙৈদা মপা শোঞ্জুদুন হান্না খোংলক্লনি, "থেঙঙৈ হৌপৎলো।" মনা ঙমদুনা হৌগৎতে। মখা তাবক্লনি, "মী ওইববোই, হৌজিক্তগী অমাং অশোই চাদুনা হিংবা তম্মো। শূনিংদবা নঙদি।"

খবা তা, খবা তাশীন্নদা অদুম লেল্লি। অসুম্না লেনবদি মহাক হৈনবে।

মতম অমদি লৈবম্মী। নীংজবা কযামকম্মা পীক থল্লবা, তক-তকবা অযূক্কী লীক্লাগুম পূক্লিং হকচাং নীক নীক লাউনা ইহৈদা হৈনিংখিবা। ঙসিদি অদুগুম্বা মতমদু মহাক্তা মবী ইবে লৈনবক্তবগুম তৌবে। অদুনা পুম্নমক কাউথোক্লিংলবনি। মদুগীদমক কযাবকসু হোৎনকববনি। যেৎশিন্দুনা অদুম লৈ।

নোংমা কোলেজ হল্লকপদা, লম্বীদা কিথুম পুবা অমনা খুবাক মযি যেংলগা মাগী 'চৌক্রিফম' লৈ হাযবম্বদুমদি কাউগে শুকঙম ঙমদে। লাই খুকম্বা ফাওবদা ববখক্তমক নিবগা

কবিমত্তা কৎতবা মানা নুমিৎতুদা খুবাক মযি যেংবিবগী দক্ষিনানি হায়দুনা কৎখিবদু মশাদা চিংনবা অমত্তা পোকখিদে। ঙসিনা খুবাক ময়িদু কদায়দা চৎখ্রবা...।

মখূৎ খুবাক্তু তিংথোক্তুনা হেক-হেক য়েংঙি। অমগা-অমগা যেৎশিন্নদুনা মতৎ-মতৎ তৎপগুম উবিবা ময়িশিংদুগী মবমদা খঙনিংলুই। মাগী খুবাক মযিদুগা মাগী পুন্সিগা তশেংনা মবী লৈনবজাৎলা। খঙদে। মহাক খুবাক ময়িগী মবমদা কবিসু খঙবা নত্তে। অমবু ওইববসু অমবু ওইববসু কিথুম পুবগী ব্রাফমদুমদি অচুম্বা ওইহন্নিংখি। অদুবু ওইহন্নিংই হায়দুনা হেক্তা ওইবদি য়াববা? মসিনা মাবু ব্রাহনখি। তশেংনা ওৎখি।

হোয, মহাক আশা তৌকই। মশানা মশাবু আশা তৌজকই। মমা মপানা মাবু আশা তৌকই। আশাবু হিংবগী নিশা ওইনা শীজিন্নকই। মদুদা মহাক মযাই কাকই। ঙসিদি মহাক হার্যানংলকপগুম তৌই, "আশা হায়বদি তূমদনা মঙবা মঙনি। লাযনা অমনি।" আশানা মাবু ব্রাহনখি। অব্রাবসিদগী মহাক নাম্থোকখিবা পাম্মী। উপাযদি লৈতে। তাইনফম খঙদে। মবম ইচা চাদনা মখূৎতুবু, খুবাক মযিশিংদুবু ব্রাবৌই। অমুক্তা শীজিন্নখিদ্রবসু মখূৎ যেৎতু অমাংশঙ চঙবদফাওবা শীজিন্নথোকই। কান্নদ্রবা খূৎনি সিনি।

"নঙনা তৌবম্মিসে, ঐদি ওম্থোক্লা থাজখিদ্রে।"

"বিভুলা চুবম্বদগী লাকপা থৌনানি। মীবেম হায়বদুমদি ওইদ্রেদনা।"

"কয়াম্বু কান্নবগে ?"

"কযাবু য়াম্মা কান্নকদৌনো।"

"কান্নদ্রগা কৈদৌনা তৌবিবা ?"

"চৎতুম চৎলো সে ' হৌখিদৌবে। পাযবিবা মযামসি উবেদনা। অমুক্তা থাদোক্লমখিগে।"

নমদুনা তানখি। মব্দগুদা টিকেট অনীখকসু পীখি। লেম্মনি। মব্দগুনবুদি মহুৎতং ওইববসু হঞ্জিল্লমগে হায়বনি। মহাক্লা যাদে। মব্দগুদা ওনশিন্দুনদুম শাউজিল্লি, "য়াম্মা পাযবমালেদা ?"

মব্দগুনা পৈশা শৎতোবকপদু মখূৎতগী মুল্লগা মহাক্লা হায, "যাম্মা পার্যবিপোৎনিনে।" পৈশাশিংদু মশীং থীদুনা ঙাইহাকসু শান্নথোকই। কবেম্নবা নত্তে। অদুনা মব্দগুনসু লান্না লৌদে। মহাক্লা মখা তাবকই, "থোক তৌবনুসে, হাপচিল্লু। নোংমা ফাদোকসু ঐনা সিনেমা চবা অমত্তংদি য়েংহনবা যাইদনা।"

অদুম লৌহৌদ্রে। অসুম্না মব্দপ-মপাঙশিংদা থংদোকপা ঙম্বসিদা মাগী মায়থোঙদা

নুংঙাইবা নৎত্রগা মকা লাম্বগুম্বগী মমি অমা তাবকপগুম তৌই। মতৌদুদা মৰূপ্তু কন্না তকশিল্লমদ্রে। কোন্না ৱাবী শাৰ্বসি হাযবল্লগা অদুম চৎখ্রে।

টিকেৎ থিবিবগা যোল্লিবগনা মফমদু পুল্লাঙ লাঙডি। মী ফজনা চিল্লি। অনৌবা শিনবা ফিল্মগা ওইবে পোৎশীৎসু ফৈ।

সিনেমা হৌগদবা মতম ফনা যাম্না ৱাংলিঙৈদগী বুকিং কাওন্টবদা টিকেট লোইখ্রে। হাওস ফুল। থানা লাক্লিঙৈদা পাযবিবা টিকেটশিংদু লোইনা য়োনবা ঙমহৌববদি শেনফম অমদি খঙলবা যাই।

মযাম লাঙলিবা অদোমদগী খবা ফিংলপ্না লৈথোবকপদা মঙোন্দা কৌবকপদু মহাক খংপ্রেক খংডি।

"কয়াম য়োল্লে।"

"ইচৎপু চৎত্রিদা।" 'থাজদ্রগা য়েংঙু' হায়দুনা পায়বিবা টিকের্টশিংদু উহল্লি।

"নঙগীদুবু কয়া কযাদা থাবিনো। মমল হেঙ্গৎলসি হায়নববনি। মী চিনদৌবি।"

মঙোন্দা টিকেট মমল হেঙ্গৎলসি হায়বদু মহাক কয়া হবাওদে। থক্কৎপা নৎত্রগা তহাবগুম কযা নাচুংদনা উই। মানা হায়, "খবা থুনা চৎপ্রগা লোইবেদা। য়াম্না যোলহৌবদুনা ফৎত্রা।"

"কাবগীনো অস্বাইদা লাঙনখিবদো।"

"কবি ওইকনি। পাখঙমচা অমা লাই খুৎশাঙবী ওক্লকবমালে। ফুবীংখাউ চপ্পীপ্রেযে।"

"ঐদি থানা লাক্লবোই নীংলুবে।"

"মীবু চিল্লবা, মখূৎ-মশা শাংবাশিংসিসু হেক্তা মথি ফোংলকপনি।"

"উম, নোংমা মবায়বক থীবা নুমিৎতদি নুংঙাইনি।"

মানা হায়, "হিংনবগীদমক মীশিংসে শিবা কিনবক্লবনি।"

মহাক টিকেট য়োল্লম্মী। কোয়হা হাবম্মী। সিনেমা হৌপ্রবা মতুংদা ফাওবা টিকেটশিংদু মহুৎতা নৎত্রগা মমল তাথোক্লগা ফাওবা থাদোক্লম্মী।

মথঙ শোগী টিকেট থাবকপা ঙাইবা ওইনা হোল নাকলগী কাখূ হোটেলদুদা অচা-অথক খবা চাদুনা পোখাই। চা থক্লা-থক্লা শেন্দোং পাই। মদুদা মশাদু তেকখৎলকপগুম নীংডি। হৈনিংবা পোকই।

অমুক্তা উখিদ্রিবগুম মখূৎ য়েৎতু তিংথোক্লগা য়েংডি। খুবাক ময়িশিংদুগী মবমদা

খঙনিংলুবনা নত্তে। ভিক্ষাবী অমগী মখূৎ ওইহন্নিংদবা মখূৎতুনা তিংথোকলুবদুনি, শাংবা অসুম হেন্দোবকপর্দুনি। মাগী মখূৎতু শাংবা অসুম হেন্দোবক্লি। ❑

## সেকেগু হেগুগী মনম

ম চীন তুমখৎলক্লিবা নহা ঙাক্তনি।

নুমিৎ তাশিল্লকপদুদা থৌবাংনা শোন্নবকই, "অস' কমদৌনি তৌবিসিদি' থৌগংননা অসুম তোক্লদ্রা?"

"হায়গুল্লদনা ঐখোয় কবিনো অমদি খল্লবা ফৈ।"

নিশা বন্দ কনশাল্লকপদৈ শোংলগা থকপা যাবা, খৃংফা ওইববা মফম অমা অনাদ ঈকং থোক্লে। চীন যা খ্রক খ্রক কংনবে। মখোয় মশেল কোক চৃংশিন্নৈ। উপায় থিবকই তখায়ফদবা অমগুম।

নোংথোম্বমগী কোল্লুপ্তা অহল অমদি লৈ। মহাক্লা গঞ্জা থকপদি নিশা বন্দনসু থিংদে। মহাক্লা মশাগী শীজিন্নজনবনি হায়দুনা ময়ূমদা খবা খবা থমজবদু কনাসু কবিসু হায়নদে। লাইসেন্স পায়ববা অহলনি, সিনি।

ঙাইহাক পোৎথাফম থিবকপদা অহলদুগীদা মতাই।

অহানবগী অমুক অনীবক হাবম্বদগী অকোনবগীদুমদি তিকিদু খংঙান ঙানবমথৈ চিংশিনখি। স্বব মতেক অমা থিংই। মমীৎ মনাদু চগুপ চগুপ তৌবল্লগা মৈথুদু পাম্মুনা তপ্লা

কামথোকখি। ঙাইহাক তুমীন্না লৈ।

"কৈদৌবে?"

"ঐসে য়াম্না শাথীবা লায়না অমদি নাবিবনি। অহাওবদা চানীংবা, ফজবদা শেংনীংবা। ব্রাদনা নুংঙাইনীংবগুম্বা অমসু লাইথেং ওইনা হার্পাচল্লক্লি।"

অমনা শং ওকই, "এ' মদুমদি ফববোই। পুন্সি কোন্নবদৌনি।" কংক্রদু অহন্দুদা অমুক লানশিল্লি, "সে, মাম্মা, মনাসি কমদ্রিঙৈদা অমুক্তং পায়হৌবো।"

কত্তনিদা হীদাক মখোক কক্লম্বদু থাদোক্লগা কংক্র ওক্লা ওক্লা অহন্দুনা হায়বকই, "ঐনা ঙসাইনা হাযদ্রা? নকোক পুবা ঙমদ্রদি তৌকনু'দনা? কবি থোকএদো?"

"কোক পুবা ঙম্লক্তবদি কুইবে। য়াবদি লৌথোক্লগা থম্লিংলর্বনি।" মঙক্ত শং-শং থেক্লদুনা যাম্না ব্রাখল লৈবা অমগী মতৌনি।

"কোকসি যাম্না লূম্বা পোৎ অমনি।"

"মামা, ফজবসি য়েংনবা নৎত্রা?"

থনুং যৌনা চিংশল্লববা মৈখূদুগা ইবোযননা অহন্দুনা কামথোবকই, "নত্তদি'"

"মৌনা ফজবসিসু য়েংবা অদুম য়াইনেকো?"

অমনা ফেনজিল্লকই, "যে' য়াই। শেল তিংবসু নত্তবদুবু কৈদৌবা। য়াই, যেংবা যাই।"

"চুম্না য়েংবখক্তা ওইববদি কায়দেনা।" অহন্দুননি।

মযাম মবক্তুদা কাব অমা য়াওবম্মী। মখূৎও-মশাও তৌবকই,

"কবিনুংগী নঙগা থেংনজকই,

নঙবু উক খূদীং

কাউথোক্লে ঐ

ঐসিবু হিংলিব্রা, শিবব্রা?

'সিবু স্বর্গবা নবকলা?

নঙগা মীৎচান্নকব্রা হায়ববু

নোংথাঙ চাম্মনা পাল্লবগুম পঙথববে।

নঙগী মিনোক্তুদা ঙাওজকবা

কনাগী জগৎ পুম্বগী নিশানা

ইথক্তা হৈথবফাও

মযায কাদ্রে ঐ।"

"ব্রাহ! ব্রাহ! মখা চৎথৌ।"

অমনা ফবক হাইজিন্দুনা তাবকই, "শকহেনবীদুগী শেগ্রাক মনমদুদি অস!" যাম্না ৈহনদনা শুগৎলকখিবা শক্তমদু উবদা খূদক্তা শৈবেংকা পূমচায।

"মৌ ফজবদু লৈশাবীদৈ ওনবা নৎত্রনে?" অহুন্দুনা ইতপ তপ্লনি। মখা তাবকই, "ঐনা হাযনিংবা অমত্তংদি লৈযে।" ঙাইহাক মমীৎতু তবগুদা যেংদুনা লৈ। "ফজৈ, হোঙই, ফৈযেদনা, বোবাদা লাকপা সেকেগু হেগুগী ফিবোল পঙশেৎ শেৎ-চাগনু। মনম মহাদু নাশাদা চুবক্কনি। লমদমনগনবনি। লমদমনবক্কনি। নশা নহানি।"

নহাদু মানা শেৎলি-চাবিবা ফির্শিংদুদা লোম্না মনম শুৎ শুৎ নম্বা হৌবকই। কামথোবকপা মৈখৃশিংদু শাইজিন শযাদা ঙাইহাক ঙাথু-থেংথুবম্লগা তপ্না-তপ্না পাইথোকখি। ❑

# শিবগী দন্দী

কবিগী ঐনা অচীকপদা ইথন্তা তৃমিন তৃমিন ফন্নুদগে? অবাক্লদা থোক্লিবা থাথরাম্লিচাকপু য়েংদুনা ঐগী হৌখ্রবা পুন্সিবু কবিগী নীংশিংলুগদগে? তুফক-তুফাই চল্লুগদগে? কবিগী ইশানা ইশাবু নিন্দা তৌজকগদগে?

তশেংবদি ঐগী পুন্সিসে কবিনো খণ্ডনিংখি। খণ্ডনবসু হোৎনখি। পুন্সি মশক খণ্ডগে হায়ববদি ঐগী হৌখ্রবশিংসু অমুক্তং হঙ্গৎনা য়েংলুবা দবকাব ওই হায়নবদাই। নাক-য়েৎ, তৃং-মাঙসু উবা তাই। য়েংলুবে। উসু উবে। ঐ পুন্সি মশক খবমখৈদি খণ্ডলে।

মসি খণ্ডলুবদগীনি ইমানা তেক-তেক হোৎনবিবা চেঙ-হন্নাই, মনা-মশীংগী দুকান মচা অসিদা শোল্লি-শোল্লি ঐসু মায ওনশীল্লক্লিবা অসিসু। ঐনা মমাঙঙৈগী ঐদু ওইদ্রবনিনা ইমানসু কয়াদা হবাওজববা?

মতম অমদদি ঐসে আশা তৌনীংঙাই সুকওই ওইদ্রবা নহা অমা হাযবদু ওইবল্লিবনি। কবিগীসু ওইকনি। বাজীগী ফৃবিংখাউ খবা চপ, লোন্না ইমাগী শেঙ্গাও খবা হূম, লৈদা লৈবক্ত্রগা চেঙফৃদগী চেঙ খবা কোৎ। অমুকখক্তি ইমুং হৃপ্না চবা হেনবদা ঐসু য়াওখি। ঐখোয় ইচেগী মনাদা চিনবা সনা নাম্মা মাঙখিবদুসু ঐগী খৃৎতনি। অসিদা নত্তে কোলেজদা মিং চনবা, পরীক্ষাগী ফোর্ম ফিল-অপ তৌবা, ফী থীবগী নামাদা ঐনা হাইহৎখিবা ময়ামদু

কযাদি য়ামগ্রে। ইমান্নবা অমত্তনা লাইবিক অহনবা অমত্তা লৈখিবা উবা য়াবা নত্তে। ঐনা হোৎচীন্দুনা হেক্তা ব্রাযকই। মমৈথংদা ঐঙোন্দা লাইবিক অহনবা উহল্লুনু হায়দুনা লোৎশিন্নবফাওবা য়াওখ্রবনি। লাইবিক্তু পাবা পাদবা, ঐগী টেবলদা, ফমুংগী মোন মনাক্তা অদুগুম্না লাইবিকশিংদু তঙায়ফদনা খবা খবা থমদবা য়াবক্তবা মতাঙ ওইদুনা তৌখিবনি। নৎত্রবদি লাইবিক লৈগদৌবর্বনি হাযদুনা ইমাগা বাজীগদগী লৌথোকলুবশিংদু খিগৎনবক্তুনা ব্রা থোক্লগদৌবিবনি।

কোলেজ অহানবা কাবদা, লৈতবনা পৎ তৎলিবা ইমাগা বাজীগদা গাডী মচা লৈয়্ম যাদবগী শাউবিবনি হায়দুনা মাঙ্গোলগী উখোকতেন্দুদা শীংজঙনা অমুক অনীবক য়াল্লুই। উখোঙদু ঙসিফাও শোইনাইদুনা লৈবি। মদুমদি ঐ তশেংনা লানখিবনি। লানগ্রে হাযবসি হৌজিক্তা খঙলকই। পঙবনিনা। মযাম্লদি হাযনবমগনি। অপঙবা কাইদনা শোন্নবমগনি। ঐদি পঙবনিনা ঐ পঙঙি হাযর্বসি ইশানা শুকখঙ হেক খঙজখিদে। মীনা হাযনবসু তাখিদে। পঙবদগী থোকখিবা লঙজকবদু ইমাগা বাজীগদা অমুক্তা শেংদোক্কে খনর্বান। ঙর্মদ্রি। শেংদোক্লবসু কবি কাযবগে? মমা মপানা মচাবু ঙাকপীদনা কনানা ঙাকপীগনি। ঈশ্বরগী মফমদদি ঐ কযাবক হায়জখ্রবনি। শোযখিববু শোয়গ্রে, লার্নখিববু লানগ্রে হাযজববদা ঙাকপীবোইদবা কনা লৈবগে?

নহান নোংমদি ঐ শকয়েং মিংশেল অমগী মমাঙদা ওম্থোক্লা কুইনা লেপ্পুবে। অকে-অমৌ লূবা-নানবসু খবা খবা পাল্লক্লি। মিংশেলদুদা তাবিবা ঐগী শকফমর্দুদি' অশ' ঐগী কোক অসি চাউথ্রোক চাউবদনা হকচাং অসিনা ইচেং চেংলগা পীকক্রু পীকশিল্লগ্লে। ঐ থাজকদে। অদুম্না তৌবমগনি শুকথা থাজদে। শক্তমদু ঐগী নৎত্রববা খল্লুই। অতোপ্পা কনাগুম্না অমগীবা হায়দুনা তুং হন্নফাও য়েংলুই। কোক অসি চাউবদা নত্তনা শম অসিনা কয়াদা শাংলন্নবা' খাক্কে যাওনা খাকখিবদি নত্তে। মতম চানা ককখিদবনি। শম ককখিদবদগী চবন-চবনবা খদাঙ অমসুং নাতোন শুমাঙগী কোই অসিসু অদুম ককখিদ্রবনি।

শক্তমদু উকবদগীদি কদোমদগীনো খঙদে মেমতোনদো খংনীং হেক নীংশিংলকই। মাদি নুপানা শম শাংবা, কোই খাকপসি য়াম্না পামজদবনি। কোলেজ তম্মিন্নবিঙৈদসু ঐঙোন্দা নশম ককথৎলু, নকোয়-নবাং ফান্দোকউ তোযনা তোয়না হায়। ঐনা নোংমফাদোকসু মানা হায়বদু ইল্লি। ইন্দবসু অদুম য়াওই। নুপা হায়বর্সিদি অমোৎপসু খবা হৈনবা তমগদবনি কাইনা হায়জিন্দুনা ঐনা ঙম্নবা অদুম তোৎনৈ। ঙসিদি নুংঙাইবক্তে মানা পামজদবদু ঐনা তৌবি খল্লুবদা। মানা ইনাক্তা লৈত্রবসু মানা পামজবদু ঐনা তৌবিবদা কয়াম

কায়বগে?

খন্থ্বা ব্রাৎপা, পাউ ফাওনদবা হায়বসি য়াম্লা ফত্তে। মসিনা অমনা অমবু ব্রাবৌনবগী মবম ওইগল্লি। মসিমক মেমতোন ঐখোয অনীদা থোকখি। ঐখোয় অনী ব্রাবৌনখি। ঐনা মাবু ব্রাবৌখিবনা, ঐগী মব্ধপ-মপাঙশিংগী মবীদা মানা খূৎ থিংজিল্লকপগীদমক। কবিসু লৈত্তবী মা গুন্নী অমনা অদুক লুনা নুংশিনা তিন্নবিবা ইমান্নবশিংদুবু ইচাই চাইখাযদুনা ঐখোয়বু লাপথোক্লহনবা মতীক নত্তে খল্লুই। মানা ঐবু ব্রাবৌখিবদি ঐনা কিবনহোয় ব্রোজেনহোযগা চৎমিন্নবদুনি। চৎমিন্নগনু, তিন্নগনু সিনি। মখোয়গা তিন্নবদু মাদি য়াম্লা য়াজদবনি। কিবনহোযগা চৎমিন্নবদু হেক উবগা ইশু হেক শুগৎলদনা। মাগী অশাওবীনি। তৌববুদি কিবন, ব্রোজেন, বোবী শেল পাযবা মচা ঙাক্তনি। মখোয় মতুং ইন্নবা হোৎনবদা ঐ খবদি ব্রায়। অদুবু মদুনা মব্ধপ-মপাঙগী মবক্তা লাপথোক্লহন্নবা অচৌবা পল অমা হায়বদুদি ওইবা ঙমদে। ঐ মখোয়গা অদুম তিন্নে। মেমতোন্না শুগৎপগী চাংসু অসুম হেক্কৎলকই। ঐনা খল্লুধনা, অমুখক, মেমতোনহোয়গী মবুংশিং থোকপা অমা কোলেজগী ইলেক্শনদা প্রোক্সি চঙলম্মী হায়দুনা কিবননা ফৃকবগী ব্রাথোক অমবুদি লৈখিৰ্বনি। মসিনা মবম ওইদুনা ঐবু মব্ধপ মপাঙ কাযনৌ হাযর্বাদ হাযমনদ্রদো। মখোযগী মবুংদু য়াম্লা থীনা শোকর্খিবসু নত্তে।

মেমতোন চৎখি অতোপ্পা শাগে অমদা। ঐসু ঐগী লম্বীদা অদুম লাকই। নীংশিংবা লৈহৌই নুংশিবা লৈহৌই। অদুবু খন্দ্রে। পুক্সিনি। পুক্সি হাযবসিদি সি ঙাক্তনি। থেংনবা তাই। মেমতোন্না চৎখিবদুমদি কিবনহোয়গী লৈকায়দগী লাতা হায়বী ময়াঙ শেকপী মানবীদুগী খূৎ খবাদ শোয়দনা য়াওবমগনি। মাদি পেল্লর্বিনি। মেমতোন্না অদুম্না চৎখিবা মতমদু ঐ ইবা বাহৌদনদৌনা তাই। তৌববুদি মানা চৎখ্রবা মতংদা ঐগী মব্ধপ মপাঙশিংদুনা মাবু কাউথোক্লবা, কাউথোকপা তম্নবা কন্না হায। কাউথোকপা ঙম্নবা উপায়সু জাৎ জাৎ তার্কাপখি। ঐসু মখোযনা হাযবা যাকই। মখোযনা তাকপা লম্বীদুদা চৎলুই। মেমতোন মবাল লৈতে হাযবা খঙলকপা কুইদ্রি। ঐনা লাতাদা ব্রাবৌকবদুসু মবম চাদবনি।

ফবে। হৌপ্রবদি হৌপ্রে। হৌপ্রসনু। মদুগীদমক নিংদোন পোম্লবগা কবি কান্নে। কৈদৌবগীসু নিংদোন পোমজকনিগে। তৌখিবনা হৌপ্রবসু তুংগীদমক খবসু খন্দবা যাত্রা। ইমা বাজী অহল ওইশিল্লক্লি। শোঞ্জিল্লক্লি। অতোন অতানি হায়দুনা ঐঙোন্দা কোল্লু শোয়দনা হায়বক্কনি। ঐসু কবিনোমত্তংদি তৌবা ফবেনা।

কবি তৌবা তাই। সবকাবগী থবক্কী ব্রা আশা লৈতে। পৈশাসু লৈতে। লোন অমবুদি তান্নবি। লাইবিক হৈবগা থর্বাক্ত ফংদবা নহাবোলশিংদা মশানা মশাবু থবক পীজনবা

সবকাবনা শেনফম খবা মতেঙ ওইনা পীগদৌবি হাযবদুদা চঙশিল্লুবনি। মদু তান্নবদা মচীৎ মচীৎ শেল খবসু চঙশ্লবনি। চেল্লাক-চেনফোযদা লাইবিক মচেৎ খবা শেৎ, ওজা খবা চাক্কৌ, থংনবা ছাত্রদগী খবা শিন তৌদুনা পাস তৌবকখিবগী সর্টিফিকেটতু ঙসিদি নুংশিবকই। মাননি, মেমতোনহোয়, লাতাহোয়, বিনাসখীহোয়গী মমাঙদা ঐগী মায় খবদা ওইববসু ঙাকখিবদু।

থা খবগী মমাঙদগীনি ঐনা কবি তৌসিগে খল্লক্লিবসি। কবিনোমত্তংদি তৌনিংলক্লি। কাববাববু ওইববসু নৎত্রগা খুৎশূমল ফংবা থবকপু ওইববসু। খূৎনা শূবগী থবক্তুমদি ঐগা চানবা খবা ব্রাংলনি। কবিনা? থবক-ইনখাং শূবা নোম্বা চৎপা তমগদবা মতমদুদা ঐ অতনবা হায়বা শূনিংদবগী লায়নাদুনা শাথীনা নাখি। অদ্না কবিমত্তা হৈহৌদে। খনবা যাবা খল্লবা মতুংদনি ঐনা যেন লোইবগে খল্লকখিবদু। অহৌবগীদি পঙয়াম যামদনা হৌবগা তপ্প-তপ্না চাউথোবকপদু পাম্মী। যেন লোইবগী থবকসি অবাযবদি নত্তে। যেন্নাউ লৈবা। ম'কান শাবা। য়েনগী মচীঞ্জাক। মদু শেন্নবদদা নোংমদি অদুম কোন্নগদৌবিবনি। মাসসু থবক অমনি।

য়েন লোইবদা মায পাক্লবা শিনফম অমা ওইনা যেন ফজনা লোইবা অমা হাযবা তাবগদি খেল্লেননি। মঙোন্দগী কবি কবিনো খবা তান্নগে চঙলুবদনি মানা কিবনগী বাবী তৌবকখিবদু।

কিবনদো নহান নুমিদাং লৈখিদ্রে। নোংযাই মতুং পূংখায় চৎপা মতম অদুবাইদা লৈতবা ওইবমালে। মাগী সংস্কাবসু মনা-মনিল ইনাই নাইদনা অহীংদুদা তুবেল মপান্দা অদুম লোইশিনস্ত্রে হায়। কিবনগী পাউ তাবদনি ঐনা ব্রোজেনগী ফীবোযগী মতম নীংশিংলকখিবদুসু।

ঙবাং অহীংদি ঐ তূম্বা শুকয়া য়াদে। কবি কবিনো পঙখন্দা খল্লি। খূৎ থেক-থেক্তুনা পাকই। চীনদা মূকম-মূকম শোল্লুই। মরূপ-মপাঙ মযাম অদুগী মমিংশিং অদু । মখোয় কবি তৌবি নৎত্রগা কবি ওইখ্রে? খঙলবসু ঐনা খঙলিবদু মখোয ওইহন্নিংলক্তে। ঐনা মখোয়বু লাপ্প-লাপ্না ইম্বোকই। ইম্বোকই হায়বদু মঙায মখোয় চৎখিবদি নত্তে। ঐগা মখোযগা মবী অমদি অদুম লৈনবদৌনা তৌই। অদুনা মসি ঐ খন্নিংদে। কাউথোক্তে হোৎনৈ। কাউথোক্লবা হোৎনবদনি ঐনা যেনগী বা, যেন লোইবগী বা মযাম অমা খনখিবদু। য়েন লোইবা, যেন্নাউ লৈবা। মকোন শাবা। য়েন্নাউ লৈবদা চঙগদবা শেল। মকোন শাবগী খবচ। পূল্লপ্পা চঙগদবা শেনফম। নোংমদা য়েন মচীঞ্জাক্তা কয়া যাম্না চঙহনবা? যেন অমনা মপূং-মবৈ ফাবদা থা কয়া চঙবা? মপূং ফাবক্লবা য়েনদগী লাক্কদবা শেন্দোং। য়েন কিলোদা কয়া পীবি। য়েন্নাউশিং

নাবক্লবদি কমদৌবা ? হীদাক-লাংথক পীজদবা য়াবোই। হেন্দা হেঞ্জিল্লক্লবদি কাপ্পা তাবনি। য়েন হীদাক কাপ্পগী মতাংদু য়ৌবকপদা কিবন অমুক খংনীং নীংশিংলকই। শিংলী থিবা হৈখ্রবা মক্ষপনি। অমুকখক ব্রোজেনহোয়গী মপুবোক নাবদা হীদাক কাপ্পবা শিংলী থিবা ফংদবদু মহাক্লা ইবায় লাযনা পুথোবকই। মতুং তাবকপদদি য়েন্নাউগী ৱাখল, য়েন লোইবগী ৱাখলদু অমুক থাপ্পা লৈখ্রে।

কবিগীনো খঙদে ঐনা অহীংদুদা কিবনগা ঐগা চাংদম্নকবিবা? ব্রোজেনবু ঐগী মতম অমগী মক্ষপনি হাযনিংলক্লিবা ? কির্বক্লিবসি কবিগীনো? পূক্লিং নুংশিবক্লিবসি মবম চাববা? মেমতোনবু নুংশিবকই। ইমা বাজীবু নুংশিবকই। হৌবিবা উপাল-ৱাপাল, তাম্না উবিবা চীং, মুশি মুশি খোক্লিবা থা? কবিগীনো ঐনা মখোয়বু অসুক য়াম্না নুংশিবক্লিবা।

ৱাহং জাৎ-জাৎ হংখি ঐ অহীংদুদা।

কনামত্তনা ঐবু ঙাকপিববোইদ্রা ? ইমা বাজীনা ঐবু ঙাকপিবকপা য়াই। ইচেনা ঐবু ঙাকপিবকপা য়াই। মক্ষপ-মপাঙশিংনা ঐবু ঙাকপিবকপা যাই। মেমতোন্না ঐবু ঙাকপিবকপা যাই। লানখ্রে হাযজববদা ঈশ্বরনসু ঐবু ঙাকপিবকপা য়াই। অদুবু ৱাহংসিমদি? পাউখুমদুনা কমদৌবা ? ঐগী হৌখিবা পুক্সিদুগা ঐনা হৌজিক ওইবিবা অমদি তুংদা ওইবক্লদৌবিবা ঐগী পুক্সিদুগা মৰী লৈনহন্দবা শুকয়া যাববোইদ্রা? ঐগী হৌখিবশিং অদুগা ঐগা মৰী শুক্লে লৈননিংদে। অদুবু ঐনা শোয়খ্রে হাযবগা ঙার্কাপিগদ্রা? ঐবু কদাযদনো ? মেমতোন কাযনবা ঙম্বা ঐগী খম্মোয, ইচেগী সনা হুবানবা ঙম্বা ঐগী ৱাখল, ইমা বাজীদা ধমকা তৌবা ঙম্বা ঐগী থৌনা ? নখোয ঙম্নমক কদাযদা চৎখ্রবগে ? ঐচ আই ভি নঙদং লৈবমদ্রবদিকো! ❑

# মীরক্তা চৎলিবা অশিবা

আত্মাঘাট! মসি মাগীদমক যাম্না তঙাইফদবা অমা ওইবকপগুম নোংযাইগী কোক্কী তুম্বা মনুংদা কক-কক থিল্লক্লি। মহাক্লা মথন্তা শিজবগে খল্লক্লিবসি ফনদি কুইবে কনামত্তদা খণ্ডহল্লুবা যাবসু নত্তে। মথন্তগী অবোনবনি। কৈদৌঙৈ তৌগদগে খন্না খন্না নুমিৎতু লেপথোকপা শুকণ্ডম ঙমদ্রে। অকিবা অমনা মঙোন্দা চয়েৎনদুনা অদুম লৈ। মহাক্লা কির্বিবসি শিবা নত্তে, শিনবা হোৎনবগী অব্বাবদুসু নত্তে। শিববা মতুংগীনি। মসি যৌনা মহাক উশিনফমদি থোক্তবনি। অদুবু মহাক মদু উদবা ঙমদে, খন্দবা ঙমদে। শিবগা নবক তাবা, স্বর্গ কাবগী ৱাদি খনবু খল্লুদ্রে। যমবাজনা মাবু চৈবাক পানবগী মবম ওইবা যাবা থবক অমত্তা তৌখিদ্রি খঞ্জবিপোৎনি। ৱাফম অমনা হূ চাবগবু ওইবে, থৌবী য়াল্লগবু ওইবে, মথন্তা শিজাখিবা কনামত্তনা ফজনা ঙাঙনবিদে, শোন্নবিদে। মসি মহাক্লা তাব উববা ৱাফমনি। হিংলিঙৈদতা নত্তনা শিবফাওবদসু মাবু কবেম্মবিগদৌবিবা মী ওইবা হাযবসিমক মহাক তশেঙনা তৃক্কৎচবকই। অকির্বাসসু মসিদগী পোকখিবনি।

পবীক্ষা ফল লাউথোকখিবদু ফনা মকুইখ্রে। থা অহুম হোঁজল্লক্কদৌবে। নোংয়াইনা মশা মথন্তা শিজবগে খল্লকখিবসু পবীক্ষাদুগীদমক্তনি। পবীক্ষা ফেল ওইবগীনি। হন্দক্কী খোঙফমসিদা মহাক শাথীনা চাং তাহৌবর্বনি। মখোয়গী লৈকায়দা মহাকপু

লাইবিক-লাইসুদা থবায় য়াওই হায়দুনা ময়াম্না নিনফুং-নিনফুং ঙাঙনবদু মহাক মশামক্তা তাববনি। লৈকায়গী মীনা মঙোন্দগী আশা য়াম্না চাউনা তৌই হায়না মহাক্তা খঞ্জকই। মঙোন্দা থাজবা থন্বা মী কয়াগী থাজবা মাঙহনবতা নত্তনা নোংযাই মশাগী থাজবা মাঙহঞ্জববা মীশক অমনি খল্লুবদা মথন্তা লৈতাফম খঙজদে। কন্না হোৎনজদুনা, মহৈ-মশিং নীংথিজনা হৈববা মচীন চৎপা মীশক অমা ওইনিংবগী অপাম্বা অমা নোংয়াইদা লৈ। মদুগীদমক মঙ মঙজবকপনি। অমুক্তা হেন্না ইকাযর্জাববদি মহাক্তা ক্রক-ক্রক য়েংশিন্নদুনা ক্লাসতা অহেনবা তান্নবিবা অরাং লৈকায়গী তম্ফামর্ণিদি পাস তৌগ্রে। মসিদনি মহাক্তা প্রোক-প্রোক চাক্লিবসিসু। মবম হাযববু তম্ফামর্ণিবু নোংযাইনা যেক্লবা ওইনা খল্লুদবা অসিনি। নোংমা তাঞ্জা য়েংলগা মতাঙ চাবা অমদা ফোঙদোক্কে খন্না তম্ফামণিবু নুংশিকই। মসিনা ওইবা তাই মহাক্তা তম্ফামণিদগী হেনবা পান্নুবিবা। তম্ফামণিনদি মসি খঙবা নত্তে।

মপুক্সিদা মায়থীবে হাযনা লৌজবগা মীওই কয়ানা সংসাব রাংমা লান্না চৎশ্রগে খন্না থৌবাঙ তৌবকপদা মশাগী পেন্দবা, অনীংবা কয়ামা চেজেৎ অমদা হেক হেক ইবগা থম্নবম্মী। অদুবু কবিনো মহাক্তা ইগদবা, কনাদবু ইদৌবিবনো? মযুমদা ফংঙি মপাগা মযাম্বগনা ঙাঙবদা নাকোং শীংজা য়ৈবদু ঙায়বে। লাইবিক পার্বিনি পার্বিনি হায়বগা সুন্দ্রংদা মোন্দ্রঙ শান্নদুনা লৈর্বিনিবু হায়বিব-ও, মহাক্তা নহানখৈ লাইবিক্তা থবায় যাওবা শাবিসিদি থবক শূনিংদবদগীনিবু হায়বিব-ও অমুক্তোইবা লোইববর্নি। মচে অবীবীদুনা খবা খীৎ হোন্ন। মখোয়গী কৈদাদুগা হায়কবর্গদি মহাক শিববা ফাওবা মচা-মনাওনি ককাইনা কপ্লিগদববু মাল্লক্তে। মদুদা খবা ফবিবা হায়ববু মমাখক্তনি, মবাযবক্তা তাইনবিদুনা মাবু খবা কনর্বিববা।

নুমিদাং ওইশিল্লক্তনি খল্লুবদা নোংয়াই তশেঙনা কি। অহীংদুমা লেনগদবদু মাগীদি অরাবা অর্মনি। মী চাকথবক্লগা পেন্দবা খোযবাঙ-খোইশাওবগী চাংদি অসুম হেনগৎলকই। বানা লেনখিবা অহীং মশীং খঙদ্রর্বনি। অসুক ব্রানা ওমচাক্লনা হিংগদবগী শক্তক শিখিবনা ফৎত্রা তত্তনা খল্লি।

ঙর্সিদি মহাক নহানমখৈগা মান্নদনা অমুক্তা হেন্না মথন্তা পেঞ্জদে। মবম হাযববু নুমিদাংব্রাইবমদা পবীক্ষা ফেল ওইমিন্নবা মরূপ অমা কিথি-কিকম তৌনা লাক্লম্মী। কবম লেপ্লি হুংলম্মী। তম্ফামর্ণগী ব্রা পল্লম্মী। কোলেজ কাগদৌববনিনা তম্ফামণিদু অহোংবা খবা লাকপা উই। মাবু মতম কুইনদগী তান্নজবকপা অতোপ্পা নুপা অমগা মবী খবা ফগৎলকপা মাল্লি সিনি। ফীভর্মসি য়ৌবকপদা নোংয়াই কৈদৌকদৌনা খল্লকই। ঙসিমক নোংযাই মাগী অপাম্বদু পাঙথোক্লগে হায়ন' চপ যুংনা লেপ্লে। আত্মাঘাট তৌদৌবিবর্নি।

মসিদা মহাক্কী থৌনা ফবদু কৈবোন-লৈকাযনা খঙজহৌবসনু মতাংগুম। মসিনা মহাক্কী মায় পাকপা অমা ওইবগনি খল্লুবননি।

নুমিদাং ওইশিল্লক্লি। পঙথেঙ থেঙদ্রি হাযববু মীদি খবা চীকথবক্লে। নোংথী নোংমংবা নুমিদাংদুদা থোক্লিবা মুশি-মুশিবা থাবল মঙালদুনা কনামগুবু অমম্বগী অকিবনা য়োংশিনখিবদি ঙমদে হাযববু অসিগুম্বা মতমসিদা লাই ফত্তবশিংদি মখে যাম্লা লাংই হাযনৈ। লাম্ভেংনগে খল্লিবা লানজীং পুবেল অমনা পিশুম শৃকথদুনা লাম্লোঙ যাংপগুম মথন্তা যাম্লা চেকশিন্না নৈনৈ। মথন্তা ব্রাহংসু হংই পাউখুমসু মশানা পীজে।

"অদুদি কৈদৌবা তাই?"

"ফবে, থৌবীগী মতেঙ লৌবদু মঙাযবে।"

"কদাযদা?"

"তুবেল মপানগী খোংনাংবটতুদা হেক্তা।"

"ব্রাংমন্দ্রনে?"

"মদুনা ফৎত্রনে?"

"কাবা ঙমদ্রদি?"

"হেবা তম্ফামণিনা হায়বদদি শম্পোৎ শাজৈমুক্তা চাউবা স্কুলগী লৈহাউ পাম্বীদুগী মশা ফাওবা শিবা চঙবা লাইবক্তা তাইনবগা কাদুনা লৈহাউ হেকখিন্দাইনে।"

নোংযাই মথন্তা তপথজবা ঙল্লক্তে। নীংজবদু থুংজবগনি অপাম্বা লম্বীদুদা চৎলগনি খন্দুনসু মোমোন নোকচবদি ঙমদে। মমাঙ শঙ্গোয় ওই, শঙ্গোল ওই তৌবদুদা চঙশিল্লে। মমাযদু ইমক মকশিনবমখে শঙ্গোলগী কোম্ফেদা পুল্লম্বা কোম্বৌবীদুগী কিশি থোকপদু অদুক্কী মতীক তহা তহাই। মনগী মঙক্তা পুল্লম্বা থৌবী হুক্তোকপদু অদুক্কী মতীক তমথীবা মী মাল্লি। মতম্বু য়াম্লা লীক্লা লীজিন্নবকই। তুবেল মপান তাবা লমজাও লৈবক তম্লা থোবকই।

নোংয়াই হৌজিক কনামত্তগী মখা পোন্দ্রবা মনীং তম্লা চৎলিবা মীশক অমনি। কয়ামুক মনীংতম্বগে হায়ববু মহাক্লা ফংলিবা শিবগী চৈবাকসি মশানা পীজবনি। মশানা য়ানসু লৌজবিবনি। অসুক মনীংতল্লবা মহাকসিনা হূবানবগী শাজৎ অমদি চৎলি। মহাক্লা চৎলিবদু কনামত্তা খঙহন্নিংদে। থৌবীদুগা লোযননা তুবেল মপানগী খোংনাংবট তম্লা লৈবক্তুদা মথন্তা খোঙথাং কল্লপ তৌনা চৎপদু অচৎ-অওক্লা উখিগদ্রা হায়বগী চিংনবা লৈ। লম্বীদুদা কনামত্তনা মাবু অথিংবা পীবক্তবা পাম্মী। কবিগুম্বা নোংদম্বা হাযবা অমা লৈবগদি মাগা অমুক্তংদি উনবা পাম্মী। ব্রাবী খবদি শাবমগে খল্লি। পেন্দবগী। মপৃক্লিং নুংশিনা চৎলিঙ্গেদুদা




কনানোমনা মাবু খঙহৌদনা কৌবকপদুদা নোংয়াই [illegible] থংই।

"নোংয়াই কদায়দনো?"

"ক-না নো?"

খোন্দা অমা তৌই। লম্বী মপান্দা হৌবিবা পান্থোক[illegible] ইতাউ তাউবদৌনা হাইবং হাইবং হৌগৎলক্লিবদু মাবু লৌবা লাক্লিবা মহাশয়দু ওইববোই খন্দুনা লব্রাই শম চপ য়ুংলুববনি। অদুবু তাইবোমচা ওইবস্মী। নোংয়াই মথক্তা হংজে— ইথক্তা শিজবগদবা ঐনা কিবিবসি কবিগীনো? কনামত্তদগী পাউখুম ফংদে। মশাদগীসু পীদে। তাইবোমচাগীদু গ্লাস অনী অহুম খক্তনা তৌবকপা চক্রিদি মান্দে। লৈয়েঙ ইফাই ফাইবদুনা ইংবাজী লোল্লিংবগী নিশা কল্লা লৈবি। নালাদসু তাকবমাল্লে মফি-মবোলদু লৈখোম লৈনাং ইতে তৈবে। তাইবোমচানা অসুম্মা তৌবমগনি হাযবা নোংয়াই থাজদে। লৈকাযগী কনামওনসু মদু থাজবোই। তাইবোমচাগী মতৌদুদা নোংয়াই ইঙক ঙকই। লৈকাযদগী মতম অমগী মবম ওকপা নহাশিংগী মবক্তা তাইবোমচাসু অমা ওইবাল্লিবনি। কনাগুম্বা অহন্নদি মচা মশূ বাবকপদা তাইবোমচাগী মতৌ তমজ্জৌ হায়নবাল্লিপোৎনি।

লাইবিক লাইশুগী মতাঙদা নোংযাইগী খঙদ হৈতবা হংফম তাল্লফম ওইজবিবা তাইবোমচানি। কনামঙনা মাবু লমচৎ নাইদবনি হাযবা ঙমদে। অদুগুম্বা হাযনিংঙাইসু লৈতবা মী অমা ওইবস্মী তাইবোমচা। নোংযাই তাইবোমচাগী মমাঙদা মতীং লৈনা লেপ্পা ঙমদে। ইকাযবসিসু চৈনা অমনি।

অমবোমদা তাইবোমচাদদি য়াম্মা চাউবা অওনবা অমা লাকল্লে। লৈকায়গী মীনা মাবু মমাঙঙৈগী অদুগুম্মা উবিবগসু ঙসিদি মহাক অদুগুম্বা মফম কর্নশিন্দুনা কৈবোন-লৈকাযবু মীনম্বা তাইবোমচা পামদ্রে। মহাক অওকপা মীনি হায়বা মশানা শুকযা য়াজদ্রবা মীনি। মশাগী অশেঙবা মশক্তু উৎনবা হোৎনবদা তাইবোমচানা লৌবল্লিবা খোঙথাংসি মসিনা ওইবা তাই।

তাইবোমচানি মখঙলবদুদদি নোংয়াই মাগী ফিবেপ খূদিংমক লোৎশিনখি।

"তাইবোমচা কদোমদগীনো? ওস্তোক্রা থাজদনা?"

লৈযেঙ ইফাই ফাইবদনা তাইবোমচানা হায়বকই, "উম' ঐসু থাজকদে। অদুবু ঙসিদি থাজবে। থাজদবা ময়াম অমা পুল্লিদা হেক হেক থোক্লকপসিদা নঙসু থাজবা তম্মু।"

তাইবোমচাদু অমুক ফমথল্লে। নোংয়াই তাইবোমচাদগী নাম্থোকপা পাম্মী অদুবু ঙমদে। ফীভর্মসিদা কমদৌনা মথক্তা হুন্দোক্লমগনি। মহাক্লা ব্যবহাব তৌজবিবা লৈকাযগী

ময়াম্বনি। নোংযাই মাগী অনীংবদুসু পাঙথোক্তবা যাদে খল্লিবনি। ময়ূম ফাওবদং খ
তাইবোমচাদু থিনবিবল্লগে খল্লে।

"তাইবোমচা যূমদা পোৎথাকনবা তৌর্বসি।"

তাইবোমচাদু মথন্তা চৎপদা মঙম শান্দবদগী নোংয়াইনা চিংবোই-থাংবোই চৈঙাক ওইনা লেংগোল্লদুনা লাকই।

ময়ূমগী থোঙ্গাল মপা যৌবকপদা তাইবোমচাদু ময়ূম চঙসি মযাদ্রে। তুবেল মপান্দা মযামগী হকচীক লাংফমদা চৎসি কল্লা হাযবি। নোংযাই শাউকবসু ঙমদে। ব্যবহাব কাযনিংদে। খন্দি খল্লি নোংয়াই— ঙসিসু তোক্লেদনা ।

তাইবোমচানা যামন্দদুনা তুবেল মপান যৌবে। ঙাইহাক ফম্মিন্নবে। তাইবোমচাদু কবি কর্বিনো মবী মখোঙ শম্নদনা পংঙাঙদা ঙাঙবা হৌবকই।

"নোংযাই, নঙদি ঐ শিবে হাযবা তাবমখিবোইনে। ঐ শিববনি। ঐ অশিবনি।"

নোংযাই শ্বায লাউই। ইপা পাখৎনা মমীৎ লংখৎলকই।

"কাবনোদা তাইবোমচা?"

তাইবোমচা মখা তাবকই, "ঐ শিবগনি হায়না ইশানা চিংনবক্লির্বাস কূইবর্বান। ইশাসি শিনম নল্লকপা ফনা কূইবে।"

নোংয়াই অকিবা মানবা খোঞ্জেলদা হাযবকই, "হেবা, ওপ্নোক ওপ্নোকপা। হাযহৈদেদা তাইবোমচা?"

"অশেংবনি, ঐবু থাজৌ।" সি হাযবগা তাইবোমচা কবিগুম্বা অমদা য়াম্না লুনা খনবদৌনা পিশূম অনীদু শূকথবগা হাযবকই, "লংজা কার্কশিংদু ঐগী লুতোন লাক্লা লাক্লা খোংঙি। ঐগী অকোযবদা কোযপাই পাই। ঐঙোন্দা ওর্মাশাল্লি। মায-মীৎ, কোক লূ, নাক-যেৎ, তুং-মাঙ মফম মবাঙ অমত্তা খঙদে। ঐনা চৎলিবা খূদিংগী মখোয়সু ঐবু তান্নবকই। ঐতবু ফংনবা তোৎনবদা মখোয মশেলমক্তদসু চীকখাযনৈ। শোযবোই, ওইবমগনি। শাহিং চাবা জীব ঙাক্তনি। শাক্কিনা পীবিবনি।"

নোংয়াই তাইবোমচাবু থেমজিল্লি।

"তাইবোমচা হিংলিবর্সিদি? কোয়চৎ চৎলি, শিদ্রিনা?"

চিংনবা অমদি লৈ। হাযবিবসিমক তাইবোমচাদা থোকপজাৎলা? জীবশিংসিনা শিগদৌবে হায়বা হান্নন খঙলজাৎলা।

তাইবোমচাগী মতৌদুদা নুংঙাইতবা পোক্লগসু নোংযাই নোক্লিংবা অমা ফাওবকই।

শক্তাদি নাতে ইচা চাদবা, ইচেং চেংলদনা য়েংবদা চবী তৎপা মানবা অদুক নহা ওইনা হুকখোইজৈদৌনা কোল্লবা তাইবোমচা খোঞ্জেলদি য়াম্না লূম্মী। লুচিংবা অমগী ৱাঙাঙ ঙাঙই। থৌনা ফবা মাল্লি। ঙাঙবা-শকপদা মীবু হেক্তা চিংশিনবা ঙম্মী। অফবা ৱাখল্লোন শাগৎলি, শৈবেং মতেক-মতেক মানবা ফজ্জ-ফজবা অচুম্বা ৱা য়াম্না ঙাঙঙি। ইীবম অযাম্বদা মবৈ যেৎকল্লি। চৎনবীবু কবেম্নে, আইনবু যানিংদবগুম তৌই। অদুবু কনামত্তনা তাইবোমচাগী মৱাদি লৌবিদে। মসি মহাক্কী অৱাবনি।

তাইবোমচানা মখা তাবকই, "নোংয়াই ঐনা অচুম্বনি খন্দুনা অবানবা মযাম্মা তৌপ্লে। অদুনা ঐনা শিবগী দন্দী ফংখির্বনি। মতম অমদা ঐনা খল্লম্মী অচুম্বদি লেম্না মাঙবা য়াবোই। ফোংনসু লৈতে। লাযনসু ফংদে। থিগদবনি, মদুগীদমক খাঙবা কনগদর্বনি। অদুবু ঙর্সিদি থাজবসিনা ঐবু মীনমবিবম্লে।ঐনা থাজকাববদু অচুম্বা ওইবমদ্রে।"

নোংয়াইসু তাইবোমচাগী মতেং পাংশিল্লি, "খঙদ্রেদা তাইবোমচা, হৌজিক্কী মতমদা অচুম্বা অফবা হাযবদু মীওইববু কবেম্নদুনা লোৎত্রববা কবিনো? অদুবু তাইবোমচা অচুম্বা হাযর্বাসনা মাঙপ্পির্বাস মী মবক্তনি।"

"যেস, যেস!" হাযবগা তাইবোমচানা নোংযাইগী মখূৎ শোক্তুনা ৱাফমদু যানিংবা উৎলি।

নোংয়াই নোকপা নত্তনা কবি উপায় লৈ।

তাইবোমচাসি মপুঙ্গিবু মায পাকপা অমনি হাযনা লৌবা ঙমজ্জদবা মীওই অমনি। হৌজিক তাইবোমচা মোবেদা কাববাব মচা মচা তেক তেক চৎলি। তাইবোমচানা সবকাবগী থবক থিবম্নসি অঙকপনি। কবি কবিনো যাম্না কন্না তান্নবম্মী। কোর্যাথি থিবম্মী। মসিনা মহাক্কী লাইনীংসু ওইবম্মী। মতমদুদা মহাক অফংবা থবক অমদা হেক্তা পেম্হোক্লগেদি খর্নখিদে। থবক মচা মশুদি তৌনিংখিদে। চীলহাও থিখি। মসি মহাক্কী লায়নানি। অফবা অচৌবা পামদবা কনা লৈবগে? মশীং খঙদ্রে তাইবোমচানা যাওখিবা ইন্টবভিযু। থবক্কী চাংয়েং খূদিং মহাক তম্নলাইগুম মথি ফোংঙি। অমদা মাযথীববসু অমদা অমুক লেপ্তে। অদুবু মানা নীংলিবদুর্মদি ওইথোক্তে। ইমপ্লোযমেন্ট একচেঞ্জদু মাগী য়াকাবুং ওইবল্লিবনি।

পোৎথা-পোৎথা নোংয়াইদা পীবিবা তাইবোমচাগী ভাষণদু মখা চৎথবকই, "নোংযাই, নঙ ঐগী চে মযাম যাওবা ফাইলদু খঙঙিদনা। ফাকপদদা খূৎনাং চাববনি। মপূম থীৎলবনি। থবক্কীনেনা কৌবির্বশিংদুনা মাবু ফাকই, চিংঙি, কোয়েং য়েংঙি। হঞ্জিন হঞ্জিন পাই অদুগা হায়, 'ও ফর্ষ্ট ক্লাস, ভেরি গুড।' মসি ঐবু কবেম্নবা নৎত্রা? তমথীদবা?অচৌবা

মীনম্বনি।"

নোংযাই ভূমিন লৈ। তাইবোমচা মাগী মতমগী লাইবিক ফবশিংগী মবক্তা অমনি। মসিদনি মহাক্লা নাপল কাবিবসু। মহাক্লা কণ্ডাওননা কোযচৎ চৎলিবা, কাইদোংফম খঙদ্রবা উচেকতৌনা কোযপাই পাইবিবা, মহাকপু ব্রার্হল্লিবস্ নাপলসিননি।

নোংমা নোংযাইনা লাইবিক তাকহনবা চৎলুবদা তাইবোমচাদু থবক্কী ইন্টর্বভিয়ু অমা যাওকবগী হল্লকপদা ঙাযবম্মী। পোৎথাবম্মী। মাগী মার্ক-শীট, সর্টিফিকেট মযামদু নোংয়াইবু যেংহল্লি। মযামদু ফাইল অমগী মনুংদা হাপ্লগা যাম্না চেকশিন্না থমজৈ। কবিগুম্বদা মথানুংদা চেৎনা কোল্লগা মদুগীদমক চাউথোকচৈ। মহাক্লা মদু মহাক্লা থেংনবিবা লাম্দগী খুৎলায়নি হাযজবদু নোংযাইসু কাউদ্রি।

তাইবোমচা নোংযাইবোমদা ওনশীল্লকই। উইবি উইবিবা মমীৎতু নোংয়াইদা নুংশিনা য়েংই। অদুগা হংই, "নোংযাই নঙ পবীক্ষা ফেল ওইবে হাযবা নৎত্রা? মদু ফববনি। খঙলমদবা অমা নঙ খঙলেদনা? নঙদৌনা তৌবকপদা ঐদি মদু খঙলমদে।"

নোংয়াই মমায-মমীৎ ইমক মকশীন্না মবাল যাজবদুনা তাইবোমচাদা হায, "তাইবোমচা লাইবিক তম্নসি অবাযবা থবক ওইবমদ্রে।"

তাইবোমচা নোকফেৎ তৌনা হাযবকই, "লাইবিক তম্নস ব্রাবনি, তম্বা লোইবগস্ বাবনি। অদুবু নঙনা খঙগদবদি মাযথীবগী অবাবসি থৌনা ফর্বশংদনা খাঙবা ঙম্বনি। নঙোন্দদি কবি অহোংবা লৈ?"

"খঙদে তাইবোমচা, পুন্সিসে চবক চহীং ইনাই নাইবদৌনা তৌবে। ঐ কফা চুববনি। অহীং খুদিং বাখলগী লংলা লংজাল খাদংমক যেংশিন্নদুনা চযেংনাখবদা নোংঙাখিবা কবিগুম্বা কালদা খঙহৌদে। লংলা লংদ্দিন খিফম খঙদনা হকাম বা-ব্রা চল্লগা অমুক হৌগৎলি। অহীং নুংথিলগী খেন্নবা লৈবক্তবশুম তৌই। কৈদৌগদবনোসু খঙদে। ব্রাখল পীকাশল্লকই। ইশাসি নাউশোন্নবকই। শিখিবনা ফবদ্রা খল্লে।"

"উম, অদুম্না হিংবা তম্মু। পুন্সিদা মদুগী চন্নফম যাম্না লৈবনি।"

বাহৈ খর্বসি হাযবা কালদা তাইবোমচাদু যাম্না পেঞ্জবা মওংদা মঙক নোম্মী। নোংযাইনা অসিগুম্বা বাহৈ তাবা ফংজবিবসি তাইবোমচাখক্তদগীনি। অতোপ্পা কনামগুদগী তাবা ফংদে। অসিগুম্বা ব্রা তানিংলকখিবনি।

তাইবোমচানা হাযবকই, "পোইনাইদবা তাইবংপানসিদা লৈবিবা খুদিংমক্কী অবোযবা অমমমদি লৈদনা? ঐনা শিবমদাইদা ঐ অদুক্কী মতীক ব্রায। কিসু কিখি। শিদনবা ঐ

কোয়চেন চেনখি। অদুবু মতম্মা ঐবু চবম মেৎখিবনি।"

নোংযাই তূমিন লৈ। তাইবোমচানা মুশি-মুশি থোক্লিবা থাদুদা মমীৎ কূপ্তবমখৈ য়েংদুনা লৈবদু থম্মোয়গী নুংঙাইক্লবদু মথন্তা ফাথজবগুম তৌই। অমুক হায়বকই, "লাকনি খঙনা খঙনা লাকহন্নিংদবা নুমিৎতু লাকই। অথৌবা শাশেমথাঙনা শদূম মচেৎ মচেৎ ককথবকপগুম ঐগী পাম্বৈনি খঙবম্বা দিগ্রী মযামগী শক্তাকচে ময়ামদুনা ঐঙোন্দা চোপ-চোপ য়ানশিল্লকপগুম তৌই। খাঙবা ঙম্লক্রদুনা ঐনা শিবা নুমিৎতুদা অমাং-অশোয় ময়াম য়োল্লগা চেশিংদু ইথ্বোল হাংমা লান্না হুন্দোকখ্রে। মদুদদা ইশাসি খংয়াং য়াংবোই নীংই। হাই শংই।"

হাফমসিদা কবি নোক্লিংবা যাওবনো তাইবোমচাদূ মথন্তা শিথ শিথ নোকই। নোকপদু হঞ্জিল্লকপদনি মশানা মশাবু কবেম্লজখিবদু।

"মতম অমদা ঐগী আশা লৈবম্মী। আশানা ঐবু বলিগী হামেঙগুম কোযচিং চিংদুনা চৎলম্মী। চৎলিবা লম্বীদুদা ঐ হিংগদৌবগুমসু খল্লম্মী। মবমদি ঐ হিংনীংই। মতমসিগী ঈশিং নুংশিৎকা চূশিন্নববা মী অমগুম মী মবক্তা লৈনীংই।"

নোংযাই কবি তৌগদবনো খঙদনা তাইবোমচাগী হাবীদু অসুম তাবি। তাইবোমচা মপৃক্লিং নুংশিবকই।

"কনামগুনদি ঐবু ইম্বোক্তে। তাম্বোবক্তে। অদুবু ঐ ঙসিদি লমজেল তান্নবিবা ঐগী মকপ মপাঙাশংগী মবক্তা থৌনা লৈনা চঙশিনবা ঙমদে। ইশা ইথন্তা নাইতোম তাজববা অশিবান ঐ। অদুবু পুন্সিদা হন্দক মপোকসিদা কযাবক হন্না শিগদগে হাযবদুমদি ঐ খঙদে।"

থাখিবা চাবী লোইশিল্লক্লবা স্প্রেংগী মীদৌনা নোকপগা ভাঙবগা, অমুকসু কপ্লম্বা তাইবোমচা তূমিন লৈখ্রে। নোংযাইসু কবিগুম্বা খবা খনবগুম তূমিন্না লৈ। অচীকপদুদা নোংযাই মথন্তা মওল মওল খল্লি। হংনংলম্বনি— তাইবোমচা নঙনা অসুম্না তৌববা কবিগীনো?

হাহংসি হংদ্রিভৈদা নোংয়াই তাইবোমচাদগী পাউখুম হান্না ফংবগুম তৌই। নোংযাই মাযথীবা নৎত্রগা মায় পাকপগী খেন্নবা হাহম্বোক খঙলক্তবগুম তৌবকই।

কবিগুম্বা হাখলগী অন্না-অনা অমত্তা ফাওদ্রবদৌনা তুবেল মপানগী তিংথৌ মথক্তুদা তাইবোমচা নীংঙাইদনা লোংখ্রাক লোংনা তাদুনা লৈথোকখ্রে। স্বব ফাওবদি হোল্লি। নোংযাই তাইবোমচানা প্রকৃতিগী মতম্বাক্তা মঙ ফাওবা মঙদবমখৈ তূমথখিবদুগী খুদোংচাবদু

লৌবা ঙমদে। মাগী অনীংবা অপান্বদু পাঙথোকপা ঙমদে। মানা আত্মাঘাট তৌগে খল্লিবা খোংনাংবটতু পঙলাপ লাপ্তুনা হৌবি। মাবু কবেম্নবকপগুমসু তৌবি। তাইবোমচা শেন্নবদা মানা পুবকপা থৌবীদু মফম খঙদনা তাহৌবে। অমুক হন্না থিকগে খল্ল্রে।

থেঙজিল্লকপদুদা নোংযাই তাইবোমচাবু হৌদোক্লে। নিশা লৈবনা মবৈ-মবা খবদি তৌবি। নমদুনা চিংখৎলগা লেংগোল্লদুনা তাইবোমচাগী মযূল্লোমদা হল্লক্লে। তাইবোমচানা হাইবদা নোংযাইগী মশাসু হাইবি। কাতু-কাবন চৎপদা লম্বীদু থুংই। লম্বীদা ইপূ তোলেন থেংনৈ। মাইবা শাবা চৎলুবগা হল্লকপজাৎনি। মুশি-মুশিবা মঙম শান্দবা থাবল মঙালদুদা লেংথৈনবদা মুন্না য়েংলম্মী অদুগা হাযবকই, "নোংযাই নঙসু ইবোমচাগা পাকল্লা, অনৌবা তমখৎলকপা ওইবিনি।"

নোংয়াই কবি হায়গদবনো খঙদে। শাউনীংবনা পিং লাউই। অদুবু শাউগদৌবিবসি কনাদনো? নোংযাই পাউখুম পীবমদে। কবিমত্তা হাযবমদে। ❑

# অশোনবা

নোংমদা চীক্ল-চাযনবা ঙমদমখৈ চৎলিবা খ্বাইবম্বন্দ কৈথেলগী মীবক্তুদা চৎলমগদবা মাগী মক্নপ-মপাঙ, খঙন-চান্নবা অমদি মাবু খঙবা মীওইসি কয়ামুক ওইবমগনি। মখোয়দু কনা কনাদি ওইবা যাই। নুংতিগী চৎপ্রা? কনানা কবি নুমিৎতা চৎকল্লি, কবন্থা মতমদা চৎকল্লি ..?

"ঙসিদি থবক চৎলবোইদ্রা?"

মহাক খুমদে। মাগী নুপীনা মখা অমুক তাবকই, "নোংঙানবদগী থবক চৎলিবনি হাযদুনা চৎখ্রগা নুমিদাং অথেঙবদা নবোল লৌবা য়াদবমখৈ হল্লকপা থবকসিবু কবি থবক্লো?"

মহাক খংশাউ শাউগৎলকই, "নথৌ লৈব্রা? চৎনিংলগা চৎকনি, চৎনিংদ্রগা তোক্কনি।"

ফমুংদগীনি মহাক্না হায়বক্লিবদু। নোং ঙানখিবা ফনা কুইবে। মাগী নুপীদু মখা তাবক্তে। খোঙথাঙ কল্লপ মখোল থোক্লা, ঙাও ঙাওদুনা থোকখি, "শিকি অমা কান্নবসু নত্তবা। লৈতবনা থাঙনা লেনবদা ঈ থোক্তবা হায়বদু যৌবে। মীগী শেন্দোন্না খ্বাও কোয়বে। লৈকায়গী দুকান পোৎ শোংফম লৈবক্তে। শূনীংদবগীদি থবকসু লৈতবনি।" অয়ূক্কী

কোল লীক, ব্রাইবম শেংগল হাযবদুমদি কোল লীক থেংগাইনবগী অহৌবা মখোলদুনা খঙহল্লকই। মদু মহাক তাশীন্নদে।

ঙবাং।

অযৃক্তু ফনা ফজনা ঙল্লি। যাহৌবগনি। খ্বাইবম্বন্দ কৈথেলগী শামু মখোঙদুদা মহাক্না লাকখিবদু। অকৃবা থবক অমা লৈবগুম মহাক তগা তগা লাকখি। মফমদুদা অচৎ অওকশিংনা চৎখিবা, অদুবাইদা লৈবিবশিংদুনা তৌবিবা, ঙাঙন শক্লাবিবা ময়ামদু যেংদুনা অর্মদি তাদুনা তৃমিন্না লেপ্লম্মী। চুম্না তাবা নৎত্রগা যেংবদা নত্তনা মাগী কোক মনুংদা চনৈনদুনা লৈবিবা বা মযাম অমসু মথঙ মথঙ চিংথোক চিংথোক্তুনা খল্লম্মী।

মীতোপ অমত্তা চঙলুবা যাবা নত্তে অদুবাইদা। ইত্তক তৃকথবম্বশিং ফক ফৃক হৌগৎনবক্কনি। ওমশীল্লক্কনি, "থবক লৈব্রা? কবি তৌসিগে?"

যানবগী মতুং ইন্না কোযপু পুবা যাবা অতেবা খুল্লক্কী হূইগুম মানা মানা থোকপা চৎনখিনি। নোংমদুগী পৃকচাক ওইবা যাবা থবক ফংজবে খঞ্জবগা।

চৎখিবনা চৎত্রবসু চৎহৌদবশিং অমুক হঞ্জিল্লগা ফমগনি। অসুম ফম্মা'। নূংগী মৃর্দুবু কোযনা খাজীল্লিবা যোৎকী শম্বলদুদ' তোংবা যাও ঙাবা যাও। লম্মাঙনববা অমগুম। তৃফক তুফাই চন্না। নোং ফৃং ঙানবদগী নুমিৎ খম হেক তাবা ফাওবা। নোং চুববসু, নুংশা শাববসু। কুচু কুমেন থোক ওনবমখে। মখোয ফমগনি, লেপকনি, ঙাইগনি।

শামু মখোঙদা তুম্পক তুম্পক নোং ঙাম্ব্রোবকপদা মখোযসু হেক্তা লৈবম্মী। অম্মাৎ অকায হুন্দোকফমদগী হুন্দোক্লবা চেগী উপু, পোলাং অমনবা, ডচেৎ ব্রাচেৎ, পোৎথা পোৎকুম মবক্তগী খন খন্দুনা মৈ থাবগ হেক হেক তীকই। অঈংবা খাঙঙি। চেদা বিডী কোন্দুনা থকপা য়াও, খৈনী নোইবা যাও মখোয মশেল ব্রাবাদি লেপ্তে।

নিংথমথাগী লৈচীল মবক্তুদা ঈংবনা মচীনবান মুশুক মুবমখে, মখদাঙ কপ কপ লাউববা অঙাংশিং মহাবাণী থোংগী বেলিংদা শেম্বাং তোংবগুম তোংলৈ। মফি ফৃবিৎ অপাবা মতৎ অমমমদুগা নুংশা যাইগদবগী নুমিৎ থোবকপা ঙাইবা নত্তে। চৈবাপ মমাঙদা থাবগদবা পেসেঞ্জব গাড়ীশিং তাইগৎলকপা লুপ্লিবনি।

বস হেক লাকপদা অঙাংশিংদু হূপচীন্নখিগনি। বসতুনা ট্রাফিক পোইন্টগী খবা তপথবকপা তাঞ্জা যেংলগা চোংশিন্দুনা নপখিগদৌবিবনি। মহাবলী উবক্কী যোংনাওগুম। চীৎ চা, চীৎ চা। নংহৌদবা খবা গাড়ী মনীংদা শেকপী যানবগুম য়ানখিবদু অউবশিং কৃম্মে ওইনা য়েংনৈ। গাড়ী মথক্তুদা মাগী মাগী পোৎযোম কনশিন্নে। পুগদবগী, থাংগদবগী।

ঙায়োনবীগী ঙারুবাক, তিন, লল্লোনবীশিংগী কোবী-খামেন বোরা, মনা-মশীং থুমোক তাপ তাপ পায়নৈ। নিংথমগী অঙ্গীংবা চগুদে। বন্দ নুমিত্তদি ছুটি। উপায় অমা থিবা তাই।

মী তিনখৎলকপদা ফুট-পাঠ মথক্তা লম্বীগী মতাইদা অয়ুক অগুনবদগী মনা-মশীং, অশং-অমান য়োল্লম্বশিং, অচৎ-অওক ঙাইরম্বা রিক্সাশিং ট্রাফিক পুলিস লাকপদা কায় কাযদুনা চেন্নে।

খূরক হাঙদবমখৈ লেঙ-লেঙ চৎলিবা মীয়াম মরক্তুদা অচৎপা দুকানশিং কোযচৎ চৎলি, লম্বী সড়ক্তা, কৈথেল পোৎলক্তা। খোঙমোজা য়োনবা, বেগ য়োনবা, কেলেণ্ডব য়োনবা। শান্নপোৎ য়োনবা। অচা-অথক, ক্বা, চুকপ-বিড়ী-মৈখেৎ। উপু মচা অমা মঙক্তা যাল্লগা কোয়পু পুবা কোয়হা হাবা। অচৎপা দুকান।

মখোয় ঙবাংগীদমক ব্রাদে। হযেংগীসু খল্লুদ্রি। লুরিবসি হৌজিক্কি। থেংর্নবিবসি হৌজিক্কী লাননি। মখোয় হৌজিক্কী লাম্মীনি। থৌনা ফৈ। মখোয়না পুন্সিবু নোংম-নোংমগী দাউদা শিন্নথোকই।

"ঙবাং কমদৌই?"

"ঙাইবা তল্লক্তুনা চৎলেদনা। খূৎ হাঙলগা অদুম হল্লে।"

"মদুফাওবা ফরবনি," অমনা হায়, "খূৎলামখা ফৎত্রসু ঙন্তা হলহৌবা য়াম্না ফৈ। বাজার কোম্বিং তৌই। কাঙজেবুংদা লোইনা হোইজিল্লগা নুংশাদা মী যাইফৌ ফৌবদু ঐখোয়সু নংলুববনি। নুমিৎ তাবমদাইদা থাদোকই।"

ব্রাবী শাবদুনা লেপ্লম্বশিংদু গাড়ী মচা থৌবা অমা লাকখিবদুদা হোৎচিন্নখি। হাযনৈ, "ঐ চৎকে।"

"ঐসু য়াওগে?"

"মানা হানবনি, নঙ লৈহৌ।"

"করি! নখৌ করি লৈদনা...!"

পুল্লাঙ লাঙঙি। মখোয় মশেল কুক-কুক ইন্নে। নুপাদুদা নকশিনবা তান্নে। ময়াম তুং ইন্দুনা য়োমশিল্লিবদুদা মহাকসু য়াওকবনি। অফিং-অফাই ওইনা হূৎ লৈথোবকই। ফৎ হাইদোক্তুনা খবা লাপ্না য়াওদবা শানা লেপ্পী। ময়ামদুদি লাঙলি।

"উৎসবকী কোল-লীক ফেঙগদবনি। মী অনীখক।"

খূদক্তা শারাক ফবা মখোয় অনী চোংশিন্দুনা গাড়ী মনীংদা নর্পখি। উদনা চৎথ্রবদি ফত্থনিদা খল্লম্বদুনা গাড়ী থৌনা থৌনা মঙোন্দা কৌবম্বদু মহাক খংপ্রেক খংঙি।

"কৈদৌবল্লিনো?"

খংহায় খংজিন্দা হায়দোকখি, "এ' মী অমা সুম ঙাইবল্লনি।"

"কমদৌবি? নুংঙাইবিকো। চৎলুখিগে?"

মহাক মঙক্তমক নোল্লগা, নোক্লিংদনা নোকফেৎ তৌনা লৈগৌই।

যক লাউনা শাগৎলক্লিবা নুংশাদুদা মমায় ওর্নাশন্দুন' শামু মখোঙগী চেক্লা চনখৎলবা ফম্বাক্তুদা ফমথবকই। নুমিৎ খূদিংগী মরূপ্তু অসুম্না মী থিবা লাক্লিদ্রা? খঙদে। হযেংসু লাক্তদ্রা'? মদুসু খঙদে। তম্বা ঙমদে। লাকপসু যাই, লাক্তবসু যাই। উৎসবপু নুংতিগী কৎকদ্রা? কনানা খঙনি, অতোপ্পা থবক অমমুক লৈবল্লবদি। ঙসিবুদি শম্মাদা লীৎহৌবে। তিন্নবিবদি মাদসু নত্তে।

ওফিস কাবা, স্কুল কোলেজ কাবা, কৈথেল কানবকপা মতমদদি লম্বীদু অদুক্কী মতীক চিল্লি। গাড়ী থৌখিবনা থৌখিবা, খোঙনা চৎপনা চৎপা। পূম্মমক শামু মখোঙদু খেৎ-খেৎতুনা চৎনখিবগুম উই। কনামত্তনা মখোযবু হন্না যেংলমদে। মখোযবোমদা যেংশিল্লম্বকা শংদবমখৈ মানা মানা থোকপা অদুম চৎনখিবা ঙাক্তনি। মহাক্কী মীৎমাঙদা মখল কয়াগী মীওইশিংনা তহা-তহা চৎখিবদুদা মমায থাঙ্গৎতুনা তোযনা যেংলম্বদুমদি য়েংনিংলক্তে। অচৎ-অওকশিংদুনা মাবু শকখঙনবা অমগুম মুন্না মুন্না য়েংলক্লবোইদা নীংলকই। অদুরাইদা লেপ্পিবশিংদুনা মবাল লৈববা মাগুম লৃকথ-লৃকথ লৈনবম্বগী মবম মহাক খঙলমদবনি। শামু মখোঙদু মশক খঙলকপগুম মহাক মমায়দু লৃকথখি।

অরাং দুকান্দা, ধর্মশালাবোমদা আলু বোবা, চেঙ হৱাই বোবা থাংলুবা, ঠেলা ঈল্লুবা। কংলা পাৎতগী ঈশিং দ্রম অমা অনী হোল্লগা হোটেলশিংদা থাকববু কবি লৈবা থবক্লো? পার্কিংদগী কৈথেল পোৎলক্তা, কৈথেল পোৎলক্তগী পার্কিংদা পোৎ চৈ পুথোক-পুশিন, থাংদোক থাংজিন তৌকবদু কবিসু নত্তে। অচৎপা দুকানগী থবকপু খূৎ চঙবা, রাখল থাদনিংঙাই ওইবা থবক্লা?

চবাম-চদৎননা ফম্লম্বদগী ফৃক হৌগৎলকপদনি মনাক্তা লৈবম্বা অহল অমনা হংলকখিবদু, "চৎলগেবা?"

মহাক খুন্নমদে। কবিগুম্বা খবা খনবা মাল্লি। অতোপ্পা অমনা ওক্লগা খুমখি, "হায়গুমদনা, থাজবক্লে। নুমিৎ আ যৌদ্রে।"

"ঙাইবা তাবনি," অহন্দুনা হায়, "চাকশেন ফাওবা ফংদ্রদি লাকপগী কবি কান্নে।"

খোঙথাঙ কল্লপ তৌনা মহাক হল্লকখি। নুংশিববা মরূপ-মপাঙ খঙন-চান্নবশিংদু

করিনুংগী তিন্নজরুবনো য়ৌবকই। মখোয় তিন্নরুবদু মাগী পুন্সিদা করিগুম্বা খোঙথাঙ অমা শোয়প্ত্রবগুম ব্বাখল খন্না খন্না মহাক শামু মখোঙদগী অসুম থাপতোরকই। মৃর্ত্তিদু তাম্না লৈহৌই। য়াম্না লাপ্না। □

# মীরোং

মখোয় অনীনা ঙাঙনবিবদু ঐগী বানি। ঐগী মবমদা। মসি থোক্কানি খন্দুনা লৈথোকচকুববানি। নংহৌদে।

অহৌবগী ৱাবীদুবুদি মখোযগী লনাইগী ওইবা বানি।

"তলব হেনগৎতবগী থবক লেপ্পগী ষ্ট্রাইকস কর্নাশিল্লক্কদৌবি।"

"খবসু তৌবা ফবে। পোৎ চৈনা নোংম নোংমগী তাঙবা হেনগৎলকপাসদা শীন্নবা কবিমত্তা কোন্নদ্রবনি।"

"অদুনি।"

"হন্দক্কী মতাঙসিদা থবক্তগী পোৎথাবগী মতম শাংদোকতন্নবগী ৱাফমদুসু খন্নহৌবা ফৈ।"

"সবকাবসিসু মনাদি ফজনা কল্লে। হেৎয মাই হাযদে।"

পীফম থোকপা কযা পীথোকপা ঙমদবা সবকাববু চৈবি। ফম্লাইবশিং লৈবাক্কী মপী-মপা ওইবদা মতীক চাদ্রে লাউবি।

ইমুং মনুংগী ৱাবীদগী থেদোবকপদা মখোয় অনীনা ঐগী ৱাবীবোমদা ওনশিল্লকখিবদু কবম্না মতাঙদগীনো খঙহৌদ্রে। অ ওইননা ঐগী ৱাবীদা ফজনা চৎথবকই।

মখোয়না পুথোবকই ঐগী লাইবক, ঐগী লম্বী, ঐগী পুন্সি। অসিদা নত্তে, ঐগী মাযথীবা, মায়পাকপা— শুবে। ঙাইহাক্তংদুদা মখোয অনী অসুক্কী মতীক থবক চিনবা মাল্লি। ঐগী ব্রাবীনা মথৌ চিলহল্লি। ঐগী তঙ তাদবা, কাং-খোং চাইবক্লিবা পুন্সিগীদমক মখোয অনী লাঙতক্লে। ব্রাজৈ।

ঐগী অফবা ঙাক্তনি মখোযনা পুথোবকইবদু। মখোয়না ঙাঙনবিবদুমুক ফবা মী অমদি ঐ ওইদববা খল্লি।

ঐ অসুম ভুমীন্না তায। লম্বীদদা ঐখোয অহুমখক্তনি। ব্রাবাদুদা ইশাগী ওইবা মত অমতং পীনবা ঐগী থৌনাদি লৈতে। নক্সা চৎমিয়ববসু অচৌবা পল অমা লৈবগুম ঐ মখোযগী মবক্তা যাওবা ঙমদে। ঐ মখোযগা চৎমিন্নবি হাযবা মখোয খঙজদে। ঐনসু খঙহন্নিংদে। খঙখিদবনসু ফৈ। কবিগুম্বা খঙলম্লবা অতোপ্পা ব্রাবী পবীং অমদা চৎলম্নসু যাই। ঐনা মখোয পুদুনা চৎলি, মখোযনা ঐগী বাবী পুদুনা চৎলি।

ঐ মীবোৎনি। তঙাযফদবনা ইশানা যানা লোৎখি। ইবালদি লৈতে। ইবাল হাযবা ঃবগদি ঐনা মখোযদগী লোৎলগে খনখিবদুনি। লাম্লবগী ব্রা ঙাক নত্তনা ঐ লোৎখি।

ঐগী ফীভম্মসি কনামত্তদা খঙহন্নিংদে। চৎলিবসি ঐগী অপাম্বা লম্বীদু নত্তে। অদুবু ঐ চৎলি। মখোযগা চৎমিন্নে। চত্তবসু যাদবা। দল্দীনি। মীগা মীমান্নবা ঙমদবগী ইশানা পীজবা দল্দী। পুন্সিদা কনামত্তনা পীদবা চৈবাক কযা, চৈথেঙ কযা ফংঙি হাযবসি ঐ ঙসিতমক খঙজবকই।

মখোয অনী ঙাঙনৈ। হৎনৈ। মদু ঐগী মবমর্দনি।

"মাগীদু অদুম যাখিদ্রমালে?"

"উম। হৌজিকপু কাব তৌবিবগে মাবু?"

এঙোল্দা কযাবক হংগ্নবা বাহংনি। পাউখুমসু কযাবক পীগ্রে। পাউখুমদুদা কযাবক ইশাসি শোম্বহনজগ্নবনি। ঐগী পাউখুমদা মখোযসু অপেনবা হাযবদু ওইখিদবনি। ব্রাহংসিগী পাউখুম ঐগী ওইনদি ঙসিসু অহোংবা লৈতে। অসুম লৈবি ঐ।

মখোযগী ব্রাবীদুগা হাযকব্বদি ঐগী ডায়রী মখোয়না পায়বদু মঙায়। শোক, তাবীখ, নুমিৎ থাদনি পল্লবক্তবা। মথঙ-মথঙ ফাক্তোবকই।

"লৌবাক অমখক লৈজবদু বন্ধান থল্লগা মাগী থবক্কীনেনা পীকই হাযবনি। মপা চুমখিদ্রমালে। শেন্দোযনা শেন্দোয় পোক্লকপদৈ অদুম যোনখ্রে হাযনা তায। পীকবা পৈশাদুসু কুইনা নমখৈ নম্লগা মচীৎ মচীৎ হল্লক্তুনা শেনফম খঙদনা চাইথোক্তুনা লোইখ্রমালে।

মবায়বক্তা থীবিসু পৈশা পীশিল্লুবা পঙকুই কুইদনা সবকাবসু অদুম কায়প্লবনি। ওইগদ্রা ওইগদ্রা য়েংবদা থেঙথখিবা ওইবমালে।"

"পীকপ্রা, চাউব্রা সবকাবগী হায়বসিনা খর্বদি ফৈদনা। নোংজু নুংশা, ঈকং-ঈচাও যাওদে হাযবিবা।"

কবিনো হাযবিসিবো? সবকাবগী থবক তৌদ্রর্বদি হিংবা যাদ্রা? মীবু সবকাবগী থবক তৌবা তৌদবা হায়না খাযবা য়াব্রা? ব্রাহংসিননি ঐনা মখোযদগী লোৎলিবা। মীগা মীগগী মবক্তা থাক নাইবকপগুম্না লৈহন্নিংদবা পল অমা অসুম অসুম ব্রাংখৎলক্লিবসিসু মসিনা নৎত্রা?

ইনাক্তা লৈদুনসু মখোয় অনীগী ব্রাদু তাবা নগুনা উপায় লৈতে।

অমনা অমুক পুখোবকই, "কুইবে লোংমা যাম্না থাজদনা ব্রার্কশোপ অমদা থেংনবম্মী।"

মসি হাযবগা তৃমিন লৈপ্ত্রে। মখা তাবক্ত্রে।

নীর্শিংলকই। মাগী গাড়ী যাদদুনা ঐনা শেম্মিখিনদু। পৈশা পীবমগে তৌই। মদুদা ঐ হৈনদবা ফাওই। মহাক্তা মাগী বেগতুদগী চাম্মচৎপী অমা শৎতোবকপদু ঐঙোন্দা কা হেন্না ফবক তাশিল্লকপগুম তৌই। অচোযবা কাযকদৌদুনা হেন্না তনখ্রে। ঐ পৈশা লৌহৌদে।

নুমিৎতুমক্তদনি ঐনা ব্রার্কশোপতগী তোকখিবদু। মপূদগা খৃৎশৃমলগী ব্রা খবা ঙাওনখি। মবৈ খববুদি যেৎনখি। তোকখিবগী মবমদি মদুদসু নত্তে। বাজাব হাযবেদনা মীযাম তিনবদা। সড়ক মতাইদুদা ঐনা চমোৎননা লৈবদু থেংননিংদবা মী যাম্না থেংনৈ। মরূপ-মপাঙশিংদগী ঐ লাপথোকপা পামখি। মখোযদগী খৃৎশৃমল ফংহৌদবগী ব্রা ঙাকসু নত্তে। ঐঙোন্দগী অদুগুম্না আশা তৌদবা কযামা ঐ মফমদুদা থেংনৈ।

মখোয় উবগা ঐসু পূক্লিং হেক হেক শোম্বুবকই মান্নদবা এযাম মবক্তা হিংবা তল্লকই। পামজবা লম্বী অমদা কনামত্তগী ব্রা তাদনা কনামত্তগীসু খন্দনা ইথন্তা চৎখিবনা ফবদ্রা খল্লকপা মতাঙসু য়াওপ্রে।

নুমিৎতুদা মহাক্তা ঐগী মবমদা হংঙি, "কমদৌবি? 'সম লৈবনা যাগদৌবিব্রা?"

ঐবু শোম্বদনবা পূক্লিং থৌগৎপিখি। মরূপ ওইবগী হৌনশা মহাক ঐগীদমক ব্রাখি।

"নঙবু কবিমত্তা হোৎনদ্রববা? খবদি হোৎনর্সি। মতম লৈবিঙৈসিদা। পীকপ্রা, চাউব্রা, চীলহাও থিকবনু। ঐখোয়সু অঙম্না মতেঙ তৌবক্তনি।"

ঐগী তুংগী পুন্সিনা ইমম মর্মাশিল্লকপদু মহাকসু উখিবগুম তৌই।

করিনো ঐনা খুমগদবা? মানদি করি পাল্লমগনি? থোক্লগদবসিনা করি? ঐ ব্বাদু কোইথোকলুদ্রে।

"খঙদ্রেদা ভায়, দাউ অমা ইয়া য়াদ্রি। তৌফম খঙদদনা অরেম্বদা লৈদৌ শরূক 'সুম য়াওশিল্লম্বনি।"

"হৈবু হৈনরিব্রা তৌরিসিবু'?"

"এ! হৈনরক্কদৌরে।"

'দাউ য়াবা ঙাইবা' হায়বে ব্বানি। ঐ দাউ য়াবা ঙাইখিদে।

ইতাউ তাউবা পুন্সি অমদা করি তৌগদবনো খঙলক্লবা ঐ মায়থীবসু কিরকখি। অমুক হন্না মাযথীবা অমা ওইনিংদ্রে। নীংহন্নরকপগী মরম অমসু মসিনা ওইরকখি। মতমদুদনি ঐনা মীগা মীগগী খেন্নবা খঙজরকপদু, পুন্সিবু লাইবক্তা অসুম তাইনখ্রসিরা খল্লকখিবদু।

অঙাং ওইরিঙৈ, লাইরিক তম্মিন্নরিঙৈদা মখোয় ঐগা য়াম্না নক্লরম্মী। ঐখোয় পূল্লম্মী। পূল্লপ পূল্লপ চৎমিন্নবম্মী। ঙসিদি লাপথোক্লবকপগুম তৌরে।

হূইবী অমগী চাগোক অমত্তগী মচাশিং তোঙান-তোঙানবা য়ূমদা থুংলবদু নীংশিংলকই। খবা অমনা অমাং-অশোয় চাদুনা লেনবা, মদু ফাওবা করিগুম্বদা মপূক থনবা ঙমজদবা। খবা অমনা ইনাক খুনবা মপূগী মোম্পাক মোন্দুম মথক্তা শা মতূম ফাওবা নিংঙাই তৌরগা চাবা।

ঐ মসি থাজে। মতমনা ঐখোয়বু তোঙান-তোঙানবা লম্বীদা পুর্বসিদা ঐ য়াদবা ঙমদে।

মখোযনা নংহৌববোই মতাগুম মতমবু শীংনৈ। মখোযগী পুন্সিদি অদুক্কী মতীক তহা তহাই। মথৌ য়াম্না চিল্লি। অদুগা ঐদি তন্দে-মান্দে চৎলি। মতম লেনবা তম্মী। মতমনা চৎখিবদা থোকহন্নিংদবা থোক্লকপদা থাজবা, ওইহন্নিংদবা ওইবকপদা ইথস্তা ব্বারৌজদবা তম্মী। ইথস্তা চাংয়েং তৌজে পুন্সিবু শান্নপোৎকুম।

ব্বার্কশোপতা থেংনখিবা নুমিৎতুগী পাউ তম্মী অমদুদা।

"হামেঙদৌনা মকোয়কাসু চরন চরন খাক্লদনা, মশা পূম্না থাউথী ইতে তৈবমখৈ য়াম্না থৌনা ফবা শাহৌবনি। নোকফেৎ নোকফেৎ।"

মাগী ব্বাহৈদু ঐবু করেম্নবনি হায়না ঐ খন্দে।

ঐ অহোংবা অমা ঙাইরিবনি।

অহোংবা! চৎনিংবা লম্বীদা হেক্তা চৎলুবা ঙমদবা। য়াসু য়াদবা। মসিদৈ ওইরকপা

অহোংবা। ওইহন্নিংবসি হেক্তা ওইথোক্কে। অদুনদি অতোপ্পা লম্বী অমমুক য়েংফম থোক্কা। মসিনা ফৎত্রা? নৎত্রগদি হিংবগী অর্থ কবিনো?

মোমোন মিনোক্কী মায়খূম অমা উপ্তুনা ঐ ইকায়বা খাঙখি। নীংহন্নবদি উৎখিদে। মদুনা মহাক্না ঐঙোন্দা থম্বা থাজবদু লৈখ্যা তানা মাঙখিগদবদগী খবমখৈদি কল্লমগনি।

ঐনা হায়খি, "তঙ তাবা মফম অমা খঙ্গাদ্রফাওদি হোৎনবা লেপ্পা যাদ্রি। নুমিদাং যুমদা হল্লগা অঙাং মযাম অমমুক লাউর্কখিদোইনি। ট্যুশন। থবক্তি চিল্লে, অওইবদি অমত্তা নত্তবা।"

মহাকসু হায়বম্মী, "সুক্লাক লাক্তবদৈদি খবা লাকপদুনা ফৎত্রা? খবদা ওইবসু মেন্নবিদো।"

চৎন-চৎনা মখোয় অনীনা ঐবু লাইবক্তা ঈনর্শিল্লি।

"মবায়বক্তি লৈতবজাৎন। তৌকবা অমত্তা নাতে চাখিদবনি।"

মখোয় অনী তূমিন লৈর্নখি। লৈফম থোকই। ঐ খঙাঙ। ঐ শোৎথহৌবে। তূম্লে তূম্মিন্নবম্বা, চাবে চামিন্নবম্বা, মরূপ অমনা ফীভম শোক্লা শোৎথহৌবদা কনানবু নুংঙাইগনি। মতেং পাংনিংলমগনি। শৌগৎনিংলমগনি।

ঐ মখোয়দা যেৎনিংদে।

মখোয় ঐগীদমক ব্রায। মীৎকূপ্তুদা ঐবু নুংঙাইতনা শোন্নে।

ঐগীদমক কবিসু তৌবা ঙমহৌদে হায়দুনা মথন্তা নিংদোন পোমজবগা ঐবুনা লাইবক্তা ঈনর্শিনবিবর্স্বদি ঐ পামদে। য়ানিংদে। ঐ লাইবকপু থাজদে। লাইবক্না মীওইববু হেক হেক কবৈম্লে হায়বা মখোয় খঙদবা মাল্লি। ফববসু লাইবক, ফৎত্রবসু লাইবক। অওন-অওন চাবা লাইবক। নোক্লিংই। পুক্সি হায়বসিদা মীগা মীগা ব্রাবী খেন্নে। ব্রাহন্থোকসু খেন্নে। খেন্নফমসু থোকপনি। হিংমিন্নবগসু মফম মতম মান্নদে।

মখোয় লাইবক ফৈ হায়বদা ঐ যেৎলুবা ঙমদে। ঐবু লাইবক থী হায়বদি ঐ য়ানিংদে।

চুম্মী, লাইবিক তম্বা লোইশিল্লকপদা বাবা লৈখিদ্রে। কুইনা নাবম্মী। লায়েংবমক্তদা অবৈবা মাল-চাং ফাওবা কাযথোকখি। থব্রাযদুতংদি কলহৌবা যাত্রা হায়দুনা হোৎনকবনি। কনবসু ঙমহৌদে। অনাবা হোৎনবদা ইশাগী ওইবা ফিবেপ অমত্তা মতম চানা শেম্বা ঙমহৌদে। বাবাগী ফীবোই যৌদ্রিঙৈদা ইমা অমুক ওপবেশন তৌই। শিনিংচিৎতা হিংহৌই। হৌজিকসু শোলি-মালি হিংলি। ইম্থোল ফাওবা মচেৎ অমা য়োনখি। অদুদৈ ইমুংগী ভাব পূম্বা ইথক্তা। সবকাবগী থবক খবা য়াগদ্রা হোৎনকই অঙম্বশিংদা ঙাঙনকই। মখোযগী

অনীংবা থুংহনবা ঙমখিদে। পেলহনবা ঙমহৌদে। অদুম তোকহৌই। মতাঙদু ইমুংগী ফীভম য়াম্না চাদবা মতমনি। পুন্সি হায়ববু মসি নংত্রা? হোৎনফম থোকপনি। অকা-অকৃম নাইবদুদা অবা-অনা পোক্লকপনি।

ঐগী মাঙগ্রবা আশাগীদমক্তদি মখোয় পেঙ্গদে।

"মহাক হান্নগা মান্নদ্রেবু। চন্নফম খঙদনা মাঙখিবসি ওহ্বোক্লা পাম্মুদ্রে।"

ঐ মমাঙঙৈগী ঐদুদি নৎত্রে। মখোয় খঙহন্দনা ঐ অবোনবা লম্বী কয়ামা চৎখি। রানা হজীবা শৃবগা ওক্তবা ওক্তবীশিংগী মবক্তা পোৎথাই। পুন্সিবু কাউথোকপা তম্মী। হৈননবা হোৎনখিদ্রবস্য শিবা ঙাইনা হিংবা পুন্সি মবেল অমদা ঐ হৈনবকপগুম তৌখি। অসুম্না অসুম লের্নাখিবনা ফবে খনখিবা মতাঙসু লৈখি।

উপায় লৈতে খঙবনা মখোয়সু কয়াবক শৌগর্ৎপিবকখি। মাম্নৌ হায়বদি যাদে। খেন্নবা মযাম মবক্তা হিংবা ঙন্নক্তবা ঐ লোৎখি। হৃবান লীচৎ চৎখি।

মীবোৎ ওইবকপা কুইদ্রিঙৈ, নোংমা অহল অমনসু লক্লবকই, "অঙাং নঙ হেনমল্লে। মানমনখ্রে। নহা নত্তদৌনা।"

ঐনসু ফাগী তৌকই, "কৈদৌএগে ইযাম্বা, শিদা নাদ্রগা লোইবে।"

তঙাযফবক্লবা মী অমনা ইকায় ইকি রাংমা লানখিবদু ঐগী পুন্সিনা ঙসিদি তম্বিববে। লানবা ঙমগদ্রা খল্লম্বা পলশিং লানখিবসু খঙহৌদে।

অচৌ অশাং উনবমদাই, হাযজ-নোঙ্গ চৎলমদাইদা শেংনবা ফীজোল লৈতদনা ইমান্নবাশিংদগী রাযবদা রাজখিবদুগুম ঙর্সিদি ঐ রাদ্রে। মিংশেল যেংবগী মথৌ তাদ্রে। মখোযনদি মসি খঙদে। লৌখাঙ ফৃবীৎ অমনবদুনি লীৎলিবসে। ফোৎলে খঙনবা মঙংদা চাউফোৎ চাউফোৎ ফোৎলবা খোঙ্গাওর্দুনি উাপ্লবসি। মিনুংশিগী মীৎযেং খবা ফংগদ্রা খল্লুবনা? তৎলি তৎলিবা হ্রায শেন্দলগী মথক্তা উাপ্লবা খোঙ মোজাসি য়েৎকা ওয়গা মচু মান্নদে। নোংখাঙ চাববা, তৎথবক্লবা পাযাগী টুপী অফনবী। ফ্রেম নাকল অমা তেকপদগী থৌবীনা কোক্তা পুল্লবা অমম্বা আনোক। অদুগা মাযখৃমফি। সিফাইগী চৈ কযাবক চাক্লবসু ঐ মাযখৃর্মাফসির্মদি থাদোক্তে। মসিমক্লা ঐ লোৎপা ঙম্বনি। মীযাম্না খঙবিবা ঐগী মিংসু অদুম হোংত্রে।

"বিক্সা য়াবে, শ্বাইদা খাম্মো।"

অফিং-অফাই ওইনা ব্রেক খংফা ফাবদুদা ঐগী বিক্সাদু লান চৎলিবা শগোলনা খোংবদৌনা মখোল হৌনা থোকই। নাহেবসু মাল্লি।

মখোয় অনীমক কূমথখি।

“কয়ানো?”

“তবামগুাদি চৎনবনি।”

“কদাযদৈনোদা সে, মগুাসে লৌবো।”

“অদুদি তামনখ্রে।”

ঐ যানিংদবা উৎলি। মস্তিক্লফমদি থোক্তবনি। মতম ফবা ওইবগদি খবসু ফদৌবা। তম্বা গুমদে গুসিদি। থেগুজিল্লক্লে। নুমিৎ তাপ্রে। তগুাযফদনা চেগু কিলো অনীগা গুা থুমযাকপী খবগদি পায়নিংগুি। গুল্লিথৈ, দুকান থোগু লোন্নথ্রিথৈদা।

হেক থোবকপদৈ ইবুংঙো খবনা সীট ফক্লগা পুবিখিদুনা কোয়তান তান্নকবিবনি। অয়াওবা খবদু কৎলল্লগা থাদোবকপদা মগুাযবি। ওম্ভোকপা ধমনি। মীৎ কোৎথোক্তেদনি খাক্লিবা মখোয়না। ফুবিৎখাউসি পূমতেং হেক তেংগুি।

খুদোংচাবসি মখোযদগী লৌগে খল্লুর্বদি নত্তে। তাঞ্জানননি। থৌবক্লিবা লম্বী লমশাগুগা হায়কববদি মযাম চৎনবিবদুদগী হেঞ্জিন্দববা হায়নদি খল্ল। মখোয়নদি মদু খগুদে। অমবোমদ' ঐ নুমিদাংগী চবা লৈহৌথ্রি। নুংতিগীগা মান্নবা যাদে। পূকদৌ শকক ঐনা তাথোক্লমদবনা ফবে খল্লুই।

অমনা ফেনজিল্লকই, “যাবো? পগুলাপ লাপ্লসু নত্তে।”

ঐনা হায়জৈ, “খীৎতংদি হাপ্লিবম্মু।”

মাসু শিখাগু খাগুগুি, “হাপ্লা গুম্মোই, হাপফমসু থোক্তে।”

অমনা অমুক যৈশীল্লকই, “মতেক্তা চোপমনথ্রে। শিকি অনাদা চোপ্লসি, শিকি অনাদৈ হেন্না ফংদবনি।”

“মবম চাদনা অহেনবা পাপ্লা হায়ববু অমত্তা ফংদা তোকচনি।” হিসাব কূপশিল্লকই, “ঐখোযনা লাক্লিবসি কিলোমিটব কয়ানো? কিলোমিটবদা লুপা কযা চৎলি। ম্যুনিসিপালিটিনা লেপ্লা মমলদা শাবা তাবে।”

ঐ খুমদে।

অমনা শমজীল্লকই, “বা মখা তাবনু। পীবিবসি যাববনি। নপাঙ্গলনা চৎপদুদা য়াম্না য়েংবিবজাৎনি।”

লুপা মগুাদুগী মথক্তা শাথীনা মল্লবা লুপা অনী চৎপী শেগায়বা অমা হাপ্লিবম্মী। নিংগুাই তৌকবগী। অনী চৎপীদু চৎকদ্রা চৎলোইদ্রা তম্বা গুমদ্রি। ফবক তাবদগী য়াগুবকপ্রা

করিনো মখায় চৎপী অমগা ভিক্কারীদা কৎপদৌনা খূবাক ময়ায়দা লংশিনবিবম্মী। মদুমগা লৌশিলহৌবে।

ফবে, সি মঙায়রে, থোকঅ-থোকঅবা!

মখোয অনী লৈবক্তুদা হাইজিনখি। ঐগী বাবী পুদুনা চৎখি।

মায়খূমফিদু হাইদোক্লগা হুমাং তৈথোক-তৈথোক্লা ইথম্তা খলহৌই– শোৎপা য়াবা দুকান কনা কনা লৈ। হাংবু হাংলমখিদ্রা। হযেংদি বন্দনি হাযবগুমসু তৌই। ❑

## লীপুন

য়ূমদগী ইমানা তপ্পকপা মনা-মশিং খবগীদমক কৈথেল পোৎলক অদুদা ইথন্তা চৎপনি। মনা-মশিং যোনবী ইমা ইবেল, ইচে ইনেম মযাম অদুগী মবক্তান। মখোয় কনানো কবিনো ঐ থোইদোক্লা খল্লুদে। মখোয়গী মমাংদা থাবিবা পোৎশিং অদুখক্তদমক ঐগী মীৎযেংফম ওইকই। লৈব-যোনবগী অব্বায-অথূমদা মফমদু পূল্লাং লাওই।

ইখঙ-খঙহৌদনা কনানো অমনা কৌবকখিবদু ঐবু মাল্লি। ঐনা খঙম্ববা খোঞ্জেল অমনি। ইফিং ফিংননি। অমুক্কসু কৌবকখি, "ইবুংঙোমচা, কদাযদনো নঙবু।"

ঐসু হঙ্গৎনা যেংলুই। হেন্না ঙকখ্রে। ঐখোয়গী ইতৈমা অহল ওইবম্বদুদা। মহাক্লা নত্তনদি ঐঙোন্দা অসুম্না কৌবিনিংঙাইস্ লৈতে। মহাক মথন্তনি ঐঙোন্দা অসুম্না ইবুংঙোমচা হায়না মিংগৌবিবসু। মিংসিদগীসু হেন্দবনি। মহাক্লা অসুম্না ঐবু কৌবিবদা নুংশিবগী সুব অমসু যাওই হায়না ইথন্তা খঙ্খিবসু লৈখি। ওম্বোক্লা থাজখিদ্রে। কুইনা উনখিদ্রবগী তুংদা ঙসি কৈথেল পোৎলক অসিদা ইথা থাজদনা থেংনববি। কৈথেল ফম্বী ময়াম মবক্তা নহা ইওই ওইনা মহাকসু য়াওবল্লি। পুঙ্গি শিন্থা শাববী থৌনা ফবীশিংদুগী মবক্তা মহাকসু অমনি তাক্লি।

ইতৈমনা কৌবকপা খূদক অদুদা ঐ খুম্না ঙমখিদে। নুংশিবা, নীংশিংবা কয়ামা খূদক্তুদা

ঈগৌরক্তুনা ঐবু থূমহৎখি। থাজদবনসু পীক থনখি। ঐনা করিমত্তা খুমখিদবদু মহাক্লা য়াম্না ফত্তনা নৎত্রগা লান্না উরমগনি নীংদে।

"করি নৈবা লাকপনো নঙবো?"

"মনা-মশিং খরা সুম য়েংলম্বনি। ওম্থোক্লা থাজখিদ্রে। কয়াম কুইরে ইতৈমা কৈথেল থোকপা?"

"ফনা কুইরে। ঙাইখো, চঙলকখো। সে! সিদা ফম্লো লাউসে।"

মচীন্দা ঙাঙন-ঙাঙনা মাগী তাশিল্লম্বা ফিদাদু শৎ তিংথোকই। কৈথেল পোৎলক হায়রেদনা, চিনখ্রবা নৈনফম ফাওবা নৈতবা মফমদুদা ঐবু মনাক্তা কৌশিন্দুনা ফম্লবনি হায়দুনা থুমোক পোলাংনচিংবশিংদু শৎ-শৎ তাশিন খোমজিল্লি। তাঞ্জাদুদা মাগী লোকনৈ মপুন্দু নৈগদবগী হংলরবদু মমলকা ইঙাঙ ঙাঙনদনা কয়ানো খরা হেক থল্লম্মু হায়দুনা পীথোকখি। পোৎ নৈবা লাক্লিবদু মঙোন্দা থোইদোক্লা মরূ ওইদবগুম তৌই।

ঐ ঙাইহাক পল্লম্মী। করিগীসু পল্লোই। করিগীসু মনাক্তা চঙশিন্দুনা ফম্লোই। ঐগী ইতৈমনি। কুইরবনি ঐনা মাগী মনাক্তা অসুম্না ফমদবা। কুইরে ইতৈমনসু ঐঙোন্দা চাবা রানসি, শিংজু চাসি হৌখিদবা। ঐগী অমোৎপা ফিরোল শূবী চাম্বিখিদবা। ঐগী কা শীৎপী শেংবিখিদবা। কুইম্রে। মতম অমগী অদুগুম্বা নিশাদু কাউশিল্লক্রে। লাপ্পবা হায়বদু অদুম ওইখ্রে।

অতোপ্পা শাগৈ অমগী নিংঙোল মানা ঐখোযগী য়ুমদা মৌ অমনি হায়দুনা লাক্লম্লগা কয়াদা চেৎননো মহাক্লা থম্মোয়গী মবী অমনা ঐখোয়বু পুনশিনবিরম্বা। ইচে নৈজদবা ঐগী ইচেনি মহাক। ঐগী ইতৈমসুনি। পুক্তি ঈচেলদা মানা মানা থোকপা তাউথনখ্রবগী তুংদা ঙসিদি ঐখোয় মীৎকৃপ অসিদা মীৎকৃপ খবদংগী ওইনা অমুক পূল্লরি। অমুক উনবরি। কয়াদা তমঙমখিদ্রবা মীওইবগী মপোক্লো?

ইতৈমগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা ফম্লুই। মতম্বাক্তগী চহীমুক্কী অঙাংদুনা ঐবু মূনা-মূনা য়েংলকই। ঐগা মীৎচান্নরুই। ঐনা মখজাইদা হাইফেত্তং শীক্লদুনা লক্লরুই, "করি মিং কৌই নঙদি?"

কপ্পা নত্তনা মরোল ফাওবা থোক্লিবা অঙাংদুনা করিবুদি খুল্লক্কনি। অদুবু ঐ পাউখুমদি ফংই।

"সনাহল কৌই হাযযুদনা ককামচাদা।"

অঙাংদুগী মমায়দু ঐঙোল্লোমদা ওনশিনবিরকই। ঐগী মীৎনরা খঙদে, ওম্থোক্লা

মবূক-মপাউ ফনা উই। নুংশিবা অমা লৈ। অদুবুদি তাদদুগী মচানিদনা। অঙাংদু ঐবু উবগা নোকফেৎ নোকফেৎ তৌবকপগুমসু তৌই।

"কমদৌবি? ইমা বাজীদি অনা-অয়েক যাওদেদনা?"

"থোইদোকপা যাওদে," ঐনা খুম্মী।

"ফৈ, ফৈ। অহল ওইশিল্লকপা হাযবসিদি নাবক য়েল্লকপা তম্বা ঙমদবনি। চেকশিল্লু। চেকশিন্না শেন্নৌ। মপূক্লিং নুংশিহনবা যাদে। নঙদি কোলেজ লোইশিল্লব্রা?"

"লোইশিল্লক্লদৌবে।"

"ফবে ফবে। কন্না হোৎনৌ। শাংনা তমথদ্রবসু বি এ ফাওবদি লোইশিল্লু। থবক চীলহাও থিবা য়াদে। তাঙ্গাবু ফংলবদি সিফাইবু ওইববসু হেক্তা হোৎচিলহৌগদবনি। হৌজিক মতমদদি সিফাই নৎত্রবদি অতৈ থবকসু লৈত্রেদনা।"

তাঙ্গাদুদা নাকলদগী ফম্মিন্নবী অমনা হংলকই, "কনানো মাদি?"

ইতৈমনা খুমখি, "ইনাওনুপানি।"

"চন্দ্রগা মশক মান্নদেনা।"

মপুন মচা-মচা শেমদোক্লিবা ফদিগোম মপুনদু পুন্ন পুন্না ইতৈমনা হায়খি, "উম, মান্নদবনি।"

নুপীদু মাগী পোৎ লৈবা লাকপদুদা মমায ওনশিনখি। মখ' তাবক্লে। ইতৈমনসু রাফমদু তেনশিনখ্রে।

"তাদদি কমদৌবি? কবি শূবি?" ঐনা হংই।

"লৌ-শিং খবা হোৎনবিবদু ঙায়দনা। কবিবু শূকনি?"

"ইবেম্মদি চাউবৈনি?"

"চাউবে, ক্লাস ফাইভ তম্লে। মবমকা মোকপ্রপোৎনি। ঐঙোন্দা ইমাদগী হেঞ্জপোৎ নত্তে। মপাগা মবৈ য়েৎনবদা ঐখোয অনী মীচঙ হেক্তা ওই, নুংঙাইপ্রপোৎনি।"

মী খবা লনবা তাঙ্গাদুদা ইতৈমনা হায়, "কবি চানি তৌবিসিদি, কবি চাসিগে?"

অঙাংদুদা 'সে ককামচাগা ঙাইহাক শান্নবম্মু' হাযদনা অঙাংদু ঐঙোন্দা পীশিল্লল্লগা ফূক হৌগৎখি। চা-বোবা য়োনবীশিংগী পবেং অদোমদা চৎখি। ঙাইহাক লৈবগা চাগা পাফবগা পুদুনা লাকই। হাযবৈ, "চা থকসিসে। বোবা থাদহৌদ্রি। লোইবগা পুবকউ হাযবম্বনি। পাফবসি হান্না মহাও যেংউসে।"

ইতৈমগা ঐখোয় অনী চা থকমিন্নে। পাফব চামিন্নে।

মমাওঙৈদা ইতৈমনা ঐখোয়দা মৌ অনৌবী ওইনা লাকপা কুইস্ট্রিঙৈদা নুমিৎ খুদিংগী ঐনা চারা বানবদু য়াওগদবগী ঐগী স্কুল ছুটি থারকপা ঙাইরম্বদু নীংশিংলকই। চা থক্ল-থক্লা মমাওদা পোৎ লৈগদবগী লেপ্পরিবা অদুদা ইতৈমা মায় ওম্মোকখি। মশুং-মশুং খায়দোক্লবা মাইরেলদুগী মমল ঙাঙনরি। ওম্মোক্লা হৈ-শিংনা য়োল্লিবা পোৎয়োননি। তরু-তরু, তনান-তনান্না। হেক য়েংবদা মহাও লৈগদবা মাল্লি। অউবশিংদা লৈনিংবা পোকহল্লি।

অঙাংদুদা ঐনা পাফর মচেৎ অমা ইনশিনবিরুবদু ইশু শুগৎলকই। মতৌদুদা ইতৈমনা নোক্লদুনা লক্লে, “ইস, ককামচাগী অচাপোৎসি হাওইহে।”

ঐসু নোকই মতৌদুদা।

“ইবোয়াইমদি কমদৌরি?”

“ঐখোয় তয়াইগী বাবু,” ঐনা খুম্মী, “হামু-হামুনি, থকপ-চাবা ইহন হন্দে।”

ইতৈমনা নুংঙাইতনা শোল্লকই, “খঙদেনে মদুনা তৌদৌরিদুনা। খরা হনবদি ফব্বর্বনি। নতৈমা য়াইমগা ইমাগা থরুম তৌনবদি খরা ফরব্রা?”

“তোঙান চানরবনিনা চীক্লবা খরদি ফরে। ওনশিন্নদ্রবনিনা।”

নিংঙোল য়াওদবা ইমুংদুদা মৌ অমখক লৈবদুনা অহলশিংগা তোঙান চানরে তাবদা ইতৈমদু ইঙক ঙকই।

“ও! মখোয় চাকখূম তোঙানম্লবোরে। পৈশা নুংশাকাদি খর-খরা অদুম খাইরকপ্রা?”

“খাইরকপসু য়াওই, খাইরক্তবসু য়াওই। ঐখোয়নসু থোইনা হায়রুদ্রে।”

“বাজীগী পেন্সন খবদুনদি কোন্নব্রা?”

“কোন্ননবা শীল্লে।”

“ফৈ, ফৈ। ইমাদি হান্নদগীসু লীক্লা শীজিন্নবা হৈবনিদা। মতম অমদদি ঐঙোন্দসু চেকশিন্দে, লীকশিন্দে, হৈ-শিংদে হায়দুনা য়াম্না চৈজম্রপোৎনি।” ইতৈমনা মখা তারকই, “চাক-ঈশিংদি ইমানা অদুম হোৎনরে। নুংতিগী।”

“অদুদা তারেদনা,” ঐনা হায়, “মরক-মরক্তা ঐনা পাংবিবসু য়াওই। নহাল নোংমদি ইমাগা ঐগা মোম্পাক ফিদক্তা কাম্মলগদু শূমিন্নরিঙৈদা ইতৈমা য়াইমদু নুংঙাইরক্লমালে চঙশিল্লক্লনা মহাক শূবিরগে হায়দুনা শূবিরম্মী।”

“খঙদ্রেদা, নখোয় নতৈমা য়াইমগী বাসি। মপাম ইনাকখুনবীনিনা ঙাঙন-শক্লবা ইয়া যাদবদুদা তৌরিবনি। য়ান-য়ানবা চৎনবদি ফদৌনি।”

ইমাগা ইতৈমা য়াইমগা মোৎ মান্নদবদগী ঐখোয় মবি মঙাখক চাবস্না যূমদুদা চাকথূম অনী থোকখিবদু ইতৈমনা নুংঙাইখিদে। যূমদুদা ইচাই চাইবা মানবা অমা উবিবদু মহাক তাবদা পেঙ্খিদে। পেঙ্গদে হায়দুমঙাই মহাক্না য়াওকবা ঙম্বদি নত্তে। ওইসু ওইদ্রে।

ইতৈমনা ঐঙোন্দা ওনশিল্লক্লুনা হায, "অদো ইবুংঙোমচা নঙদি ঙাওশিন্নবা যাদেকো। জ্ঞান তাগদর্বনি। নাতে চাদবা মী তিন্নবা য়াদে। উবেদনা নখোয নতৈমা যাইমগী মতৌসে। যূম-কৈ পানবা তহা তহাবা য়াদে। অচুলশিং নীংথিনা তান্নবগা তৌগদবনি। ইমা-বাজীগী হিংহৌবিবা আশা হায়ববু নঙতা মঙায়ববনি। মদু নঙ খঙগদবনি।"

ঐ কবিমত্তা খুন্নুদে। তূমিন্না তাদুনা লৈ।

ঐগী যূম পানবগী ব্রা হৌদোবকপদা ব্রাফম অমা ইনৌ নৌনা নীংশিংলকই। নোংমা নুমিদাং অমা চাক চামিন্নবিঙেদা ইতৈমনা ইমাদা ঐগী লুহোংবগী কুজবা য়াজগে হাযখি। মতমদু ঐদি অঙাং ওইরিবনি। ঐখোয ইমানা 'ইচাতোম্বগীদি ঐনা য়াগদর্বনি, নঙনা যাগে হাযবগ ইবোযাইমগীদা ওইনা যাবো' হাযখিবদু ঐ কাউদ্রি। লুহোংবগী কুজবা য়াবা মুন্নবদু মতম মতমগী খন্নবসি হায়দুনা লৈখায় তাদনা অদুম্মক লৈখ্রবাব। মতম অমদা ঐগী লুহোংবগী কুজবা যাগনি হাযবগী লৈখিবা থৌনাদু ইতৈমদা ঙসিসু লৈবিদ্রা? থাজদে। থাজদে হায়বসি ইতৈমনা মথন্তা মচীন্দা শোঙ্খিবদুনা তাকই, 'খঙদ্রেদা ইবুংঙোমচা তৌদৌবিবসে? ঐখোয়না হেক চঙশিল্লকপসু ঙমদর্বাসিদা।"

ইতৈমদু মথন্তা ঐখোযদগী লাপথোকখ্রববা? মহাক ঐখোযদগী লাপথোক্লগে খঙ্গবব্রা? খল্লমদবসু যাই। অদুবু মহাক্না খন্দ্রবসু, ঐখোযনা মাবু লাপ্না ইনথোকখিদ্রবসু মীগী মীৎযেংদদি শোযদনা লাপ্না উবমগনি।

মসিবু লাইবক্কী বা হাযবদুবা? ঐখোয মীওইবনা লাইবকপু থাজদে হাযদুনা ফনা কন্না শীংনদুনসু, পুক্সদা থোক্লবিবা থোকহন্নিংদবা মযাম অসিদগী ঐখোয় কৈদৌঙেদসু নাম্থোক্লুনা চৎখিবা ঙমদে। মসিদনি ঐখোয়না হঞ্জিল্লক্লুনা ইশানা ইশাবু লাইবক্কী মনাই ওইহঞ্জবিবা।

ঐখোয তাচৌদু লৈবন্নদবু অসি থোর্কখিগদ্রা? ঐখোয়গী ইমুংদা ইতৈমগী থৌনা অসুক থীনা মযেং তাপ্নিবসি তাফম থোকপ্রা? সংসাবসিগী মতীক লৈবে হাযবা কনানা নৎত্রগা কবস্না পোৎশক্লনো ঐখোয়বু অসুক য়াম্না লাপথোকহনবা ঙমগদবা? পূম্নমকসিগী দায়িত্ব কনানা ওইগদৌবি। কনাসু চোংথোকপিবক্রবদুদদি ঐখোযবু, ইতৈমবু, ঐখোয় পূম্নমকপু লাইবক্তা ইনশিনবিবস্না নৎত্রা? ঐখোয ইতৈমা লাইবক থীবী হাযবদু ওইহৌই।

মতমদু ঐ হায় স্কুল কাবে। মচা নিংঙোল যাওজদবগী মমৌ লাকপদা হৱাওজবা হায়রেদনা, কোকহন লাইহননি খঙ্বা মচাগী মমৌ ফংজবগী ইমা বাজী ইবাঙ লাওলি। ইতৈমা অনৌবা ফংজবগী এঙ্লাং মথেল অনৌবা চাবগী মহাও হন্দ্রি ঐসু, ঐখোয় তয়াইসু। অনৌবা পুল্সি অমগী মহাও তংজবদা ঙায়বিবনি ইতৈমসু তাচৌসু।

নোংমা ইখঙ খঙহৌদনা খুদোংথীবা থৌদোক অমদা ঐখোয় তাচৌ লৈখিদ্রে। থৌদোক্কুনা ইতৈমবু মৈবক্তা লংশিনবিবম্মী। ঐখোয় পৃম্নমকসু মৈচাক্তু ফংখি। অৱা-মৈশা খাঙখি। মৈচাক হেন্না ফংখিবা, মৈশা হেন্না লাংখিবনা ঐখোয় ইতৈমনি। তাইনফম খঙদবা, খাঙবা, পুবা-থাংবা ঙমদবা অৱাবা অমনি।

ইতৈমা মথন্তা লম্মাঙনহৌই। ৱাখলগী পোৎলূম পুহৌই। তবক-তবক মথন্তা নাইতোম তাহৌই। মতু-মমান ইপোন পোলহৌই। কযাদা কনম্ব্রবা শাফূনো? ইতৈমা অৱাবগী ঈপাক্তা ঈবাক্লুহৌই মথন্তা।

ৱাখলগী পোৎলূম পুবদগী তুবোই ঙাম্লোইনববা ইতৈমা নাউশোন্নবকই। ফগৎলক্দ্রা খন্নবম্বদগী ওয়  তৈনবদা লায়না লৈববা মীগুম নোংম-নোংমগী শোঙ্গিল্লকই। চান্নলা লায়না ওইবকই। হকচাঙগী ফীভম শোকচিল্লকই।

অহল লমনশিং খন্নবগা নোংমা মপামলোমদা মতম খবা লাযেংলুগনি হায়দুনা চৎখিবা নুমিৎতুদগী ইতৈমা ঐখোযদা অমুক হন্না লাকখিদ্রে হাযবা য়াই। ইতৈমা মশানদি অমুক হল্লক্লবোই খঙনা নৎত্রগা মদু খন্দুনা চৎখির্বদি ওইবম্লোই। ঐঙোন্দা ফাওবা মতম খবা লৈবগা লাক্কনি হাযবম্লিবনি। পুল্সিবু তম্বা ঙম্বা, লাইবক্লা পুবা লম্বীদা চৎখিবা তাবা নৎত্রা?

ইতৈমা মপামদা লৈখিবদু ফনা কুইম্রে। মবক্তসু ঐখোয়দা শুক্লাক লাক্তবদি নত্তে। লাকই। অদুবু লাকই হাযবদুমঙাই মঙোন্দা কবিগুম্বা অমা ইৱাৎ ৱাৎপা নৎত্রগা ইহাঙ-হাঙবগুম্বা অমা অদুম ফাওবদৌনা তৌই। মচী-মচীদা উংদুনা হেক-হেক লৈ। নীংশিং পোৎলূম কযামা পুদুনা কপ্লুবা মানবা ইতৈমগী মাযথোঙদু মহাক্লা ঐখোযদা লাকপা মতমদা ঐনা কযাবক উঁখি।

কবিগুম্বা মতমদা ইতৈমনা লৈকাযগী ইচে-ইনেমশিংদা ৱাবী শাবম্মী হায়, "অসোমদা লৈবে লৈফম খঙদে। সোমদা হেক্তা চৎনিংলকই। সিদা লাক্লে পোত্থাফম খঙদে। নীংশিংগনু যাদবা মযাম অমা হেক্তা নীংশিংলকই। চৎম্ব্রগা ফগদ্রা খন্দুনা অসোমদা অমুক হেক্তা চৎলি। খঙদে কয়াম কুইননো ঐনা অসুম্না লেনবা ঙমগদৌবিবা।"

ইতৈমগী মতৌদু যেংবা ঙমদবা কযামা মতাক্তা কপমিন্নখি। উপায লৈতনা। উপায

হায়বা তাবগদি কপমিন্নবা অদুনি।

নোংমা ঐখোয় ইমাগা বাজীগা য়াম্না চীক্লা ব্রা অমা তান্নবম্মী। মদু ইতৈমগী মবমদনি।

ইমানা হায়, "ওসাই কৈথেলদা মনম্মদুগা থেংনবকপদুদা হায়বকপনি নুপাদুগী মচেগা মতৈমগনা কন্না তকশিল্লক্লি হাযবম্মী।"

"কমদৌবা মীদা জাৎনোনে?"

"মবম মোকই, ফৈ হাযনৈ হায়। মখোযনসু হান্নদগী মশক খঙবা মী ওইবমাল্লে।"

"মাগী হান্নগী নুপীদুগী মচা-মশূগাদি থল্লমদবা জাৎলা?"

"মচানুপী অমদি থল্লম্মালে। চাউবে স্কুল কাবে হায।"

"খঙদেনে কবিবু হাযদৌনো। মপাঙ যাওদবা মপূ পান্দবা হায়বসিসু নুপী ওইবীগী পুক্নিদদি অকন্বা ব্রাফম্নিদো। নুপীমচাগীবু কবি মোৎ লৈ হাযবগে?"

"মশানদি যানিংদবা মাল্লি। অসুম লৈজখিগে হায হাযবি। সুম লৈবনদি যাবোইদো। য়ানিংদে হাযদুনসু মশা নহানি। তুংগী পুক্ন যাম্না ব্রাৎলি, মদুগীসু খন্দবা যাব্রা?"

"ফনবনি হায়দুনসু মশানা যানিংদবা মফমদুদা চৎলু হাযবসু হাযমনবা থোক্লোইদ্রা? অমবোমদা মবাযবকসু থীববীনি। ব্রাব যাবা বাজববীনি। যানিংদবা, পামজদবা মফমদা মহাক নুংঙাইবা ওমগদ্রা? ঐখোয়গীদি কবিসু হাযনিংঙাই লৈতে। মশানবু যাববদি কবিসু কাযদে। ফগনি খনবা মানা অপাম্বদুদা অদুম চৎচখিসনু। কমদৌনি লাইবক্লদি ঐখোয়গা পুল্লু তমদ্রবনিনা।"

ব্রাফমসি হায়বগা বাজীদু মপি তৈথোকখি।

খবা লৈবগদি ইতৈমা অতোপ্পা শাগে অমগী মৌ অমুক ওইব্রে। ঐখোয়গী কবিগুম্বা খবা মাঙজখিবগুম, মবম চাদনা মীনা লৌখিবগুম পুক্লিংদা ফাওখি। মহাক ঐখোয়গী ওইদ্রে হায়না ব্রাজখি। ঐ কপখি। তাচৌবু কৌজখি। অদুবু পুম্নমক অবেম্বনি। অহাঙবদনি। কনানা তাবিগনি?

মতমদুদা ইতৈমনা লৌখিবা ফিবেপ্তু ওসিদি অচুম্বনি খল্লক্লে।

ইমুং-মনুংগী ব্রবী শান-শানা, হৌগ্রবা কযামা নীংশিংদুনা ঐসু কৈথেল পোৎলক্তুদা ইতৈমগী মনাক্তা ফনা কুইনা ফম্নুবে।

ঐনা হংই, "ইতৈমগী মনা-মশিংশিংসি ইম্খোলদগী ঙাক্তবা?"

"ইম্খোলদগীসু যাওবে। চীংদগী চীংমীশিংনা পুবকপদগী তীকহৌবসু য়াওবি। ওল্লিঙৈদা মখোয়দগী লৈহৌবসিনা খবদি কান্নে। খুল্লক্তগী তীকপবুদি।"

নুমিৎ তাশিল্লক্লে। অসুম ফমদুনা লৈথোকপদি য়াদবনিনা ইতৈমদা চৎলগে হায়কই।

"ঙাইখো, ঙাইহাক্তং ফম্লম্মু। কবি কবিনো খীত্তা যেংলুখিগে, কুইবক্লোই," হায়বল্লগা ইতৈমা অঙাংদু পোখৎলগা হৌগৎখি। ঙাইহাক লৈবগা লাইরা মপুন অনীগা অরাথবী অমুনবা ফজঞ্জবা অমগা পুদুনা লাকই।

ইতৈমনা লাইরা পুবকপদুদা ইমানা কৈথেলদগী লাইরা লৈবকউ হাযদুনা তপ্লকপদু ঐ খঙনীং নীংশিংলকই।

ইতৈমনা হায়, "ইমাদো লাইরা কংসু য়াম্না পামজবনি। হোবেল মশানা ফজনা শেমজবগা চাজবসনু। অরাথবী অমুনবসিনা বাজীগীনি। নঙগীসু অমা খল্লুদনা, ঐগীসিদগী? কবিনো চানিংবা অমা।"

"ঐগীদি য়াবেদা।"

ইতৈমনা ঙাঙ-ঙাঙদুনা চেখাউদুদা কবি কবিনো, মবোয মপুন, ফদিগোম মপুন্দু মাগীদগী পঙহাপ্তা হাপচিল্লি। মদু ঐঙোন্দা পীবগা হায়বকই, "চৎলো সে, থেঙত্রনি। মর্মশিল্লকদৌবে। অতৈদা অমুক পল্লুবনু। যুম য়ৌনবা চৎলুকো।"

ঐনা অঙাংদুদা লুপা মঙাদং পাযহল্লম্মী। চৎলগেসু হায়বম্মী।

"যাবে, যাবে পীবল্লনু।"

অঙাংদুসু চান্নলা মখূৎ মচাদু তিংথোবকই। মতৌদুদা ইতৈমসু নোক্লুনা লৈহৌই। চৎলগে হায়বল্লগা ঐ অদুম লাক্লে।

ফনা শাংনা লাক্লে। চৎন-চৎনা পূক্লিং নুংশিবকই।

ঐগী খোঙথাংদু অসুম চৎলম্বদগী তপথবকই। তুং হন্দুনা ইতৈমগী মায়কৈবোমদা অমুক্তং হন্না য়েংলুই। পোদোন মঙালদুনা ইতৈমবু ইঙান ঙান্না উহল্লি। মাগী কৈথেল পোদোন্দু ঐনা চুখৎপিবম্বনি। মনমদা পোবিবা অঙাংদুগী নিংঙাই থেম্ন-থেম্না পোৎ যোলহৌই। নুংশিৎ লাকপদা পোদোন্দু মূৎখিদনবা হায়দুনা মখূৎনা খঞ্জিল্লি। মাযথোঙদু অমুক্না হেন্ন-হেন্না তশেং তশেংলকই। মফম মতমগী অকনবা নোংলৈনা হুম্বদা মূখৎপা ঙমখিদ্রবা পীকত্রবা, মুৎলি-মুৎলিবা মিনুংশিগী মঙাল মচা অমত্তং ইতৈমগী থম্মোযদা ঙান্দুনা লৈহৌবিবদুমত্তংদি মতম চুপ্পগী ওইনা মূৎহনবিদবা। ❑

# মীৎয়েং পনখে ব্রাংমা

অযূক্তা চাকঙন চাবগা লৌবুক্তা চৎলমদাইদা মেমচৌবীনা মচানুপী খবা চাউবীদুদা শিন্নবম্মী, "ইবেম্মা, চাউবসে পৃথ্বীবোমদকা চৎখিনিকো। শেন্নৌ। শুমাঙদবা মাঙ্গোলদবা অদুম শান্নহল্লু। চৎথোকহনগনু। নুংথিল নখোয়না ইকজবদু মাবুস খবা যাওসিয়ু। মকোক মক্কাদু খবা লুথোকপীবম্মু। চমোৎ-চমোৎ লৈহনগনু। নুংশা খবা লৈথবল্লগা চবা ব্রালহল্লু। চাক চাউ যাহৌদবনি। মথন্তা থাদোক্কনু। নীংথিনা লোয়্নৌ...।"

অযাম্বা মতমদা য়ুমদা লৈহৌগদবা মীদা মচানুপীদুগীদমক্তা শিন্নবা য়াবা ব্রা পৃম্বা শিন্নবল্লগা মেমচৌবী, মাগী নোংমগী ওইবা শিক্ষাগীদমক চৎখগনি। পোইনু চীংজিন মতমদা লৌবুক্তা অদুগা অতৈ মতমদনা চীংদা নৎত্রগা পাংতা। কাঁবগুম্বা কালদদি য়েল্লাং কেংঙোই য়োনবা, লৌবুক্তগী খূল্লকপা থবোই য়োনবা কৈথেলদা চৎপসু য়াওই।

হৈনিংবা নুমিৎ থোকলুববদি মচেশিংনা চাউবদু মকে হেক হেক শেম্মী। হৈবোই হৈতবোই য়েক্লিবা মীৎকী কাজল, লাইবক্তা নল্লিবা বিন্দি, তূমতক তৌবা নাতোম্দুদা অঙৌবা চন্দন। অদুমক পকই। মনাম তাববা মশমশিং অদু বেনি লোনশিনবীববদি অমুক্তা হেন্না মশা খীংনা উই। অদুবু অদুগুম্বদু মঙোন্দা কবিমত্তা দবকাব ওইদবগুম, চাউবনদি কবিসু থৌওইদে। মঙোন্দদদি কেবা মৌবগী অর্থ ইগোক থোক্কে। মতাক্তা নীংলক-নীংলকপা অদু

তৌদুনা মানা থোকপা অমা অদুম লৈ। মমীৎ অদুনা তবঙদা য়েংদুনা নৎত্রগা কবি হায়বিবনো খঙদবা মবোলশিং অদু লোল্লদুনা, মখূৎ-ও মশা-ও। চৎনিংবদা চৎলি, ফল্লিংবদা ফম্মী। তূম্লিংবা মফমদসু তূমথোকই। তৌনিংবতা তৌই মহাক মথন্তগী সংসাব অমদা।

চাউবনা মেমচৌবীগী মচানুপী য়ায়মনি। মীবোল অদুম তাবকখিদ্রে। ৱাখল শোইনাইববী হায়বদু ওইবে। মমা পুক্লুংদগী শোয়বক্লবনি হায়। পীক্লিঙৈদদি খঙলমদবনি। কাফৈ-কাফৈ চৎপা ঙম্লকপগী অদুৱাইদা অঙাং অতৈগা ইমান মান্নদবদুদা কবিনো হায়দুনা অখঙ অহৈশিং তান্নকবনি। ডোক্টবশিং অদুগা থাজনবগী মতুংইন্না মাইবা মাইবীশিং তান্নকই। কান্নখিদ্রে। শাংলবা চহী তবামাথোই-নিথোইসি খবা খৎনা খবা লাউনা য়াওন য়াতামিন্নদুনা অদুম্মক লেল্লক্লি।

অঙাংদু মীওই মীতৌদি ফৈ। মশক মতৌ ৱাংতে। নুপীমচা অমগী অৱাংপা মঙোন্দা কবিমত্তা লৈতে হায়বমক য়াই। ৱাংলিবা হায়ববু মীওইবা অমগী লৈফম থোকপা জ্ঞান লৌশিং অদু মহৌশানা মঙোন্দা মতীক চানা পীবিবক্তবা অদুতনি।

চীংজিন মমৈ ওইবকপনা মেমচৌবীনা লৌবুক্তগী থবক খূৎথাবকপদু ফনা ঙম্লি। নুংশাদি লৈথখ্রে হাযববু নুমিৎ তাখিদ্রি। লৌবুক্তগী হল্লকপদা চাউবদু লৈবক মচীনগী দুকান মমাঙদুদা থেংনৈ। ইৱাউ ৱাউখৈ লেপ্তুনা লৈবম্মী। কবিনো চেদা য়োম্বা মযোম মচা অমসু পাযবম্মী। হাংদোক্তুনা য়েংলুবদা অচাপোৎ খবা ওইবম্মী। মেমচৌবী খঙই— দুকান মপূদুনা পাবববা নৎত্রগা অচৎ-অওকশিংনা পীবিবন্না অমা শোযদনা ওইবমগনি।

মমাঙদা থোকখিবা নুংঙাইতবা থৌদোক খবদগী মেমচৌবীনা অসিগুম্বসি কযা পামজবক্তে। অদুনা যাবিবমখৈ কনথোক্লবসু হোৎনবনি। অদুবু পামজদে, তৌহন্নিংদে হায়দু মঙায মচানুপীবু মখোঙ-মখূৎ পুন্দুনা থর্ম্বদি ঙমদর্বাননা অদুম মতৌই। পূমথীং থিংলুবা ঙমদে।

অমুকখক শুমাঙদা অঙাং মযাম শান্নবিবদুদা মচানুপীদু যাওবমদবদুদদি কদোমদা চৎশ্রবনো হাযদুনা থোঙ্কাল্লোমদা তহা তহা চেঙ্গোবকপনি। লৈবক মচীনগী দুকান মমাঙদুদা মচানুপীদু লেপ্তুনা লৈবা উই। মেমচৌবী খঙই— অতৈ অঙাংগুম মমিং পন্দুনা নৎত্রগা ইঙ্গিৎ তৌদুনা মাবু কৌকবা যাবোই। মখূৎ খূদাং পাযদুনা াচংদুনা পুশিল্লকপা নত্তনা।

দুকান মনুংদগী কবোক মতুম অমা হুই য়েনদা থাবগুম মচানুপীদুদা লংথোবকপদু মেমচৌবীনা মচানুপীগী মনাক্তা লেপ্লুবদুগা তাঞ্জা হেক চান্নকই। দুকাল্লোমদা যেংশিল্লুবদা উবকই নহা ইওই ওইনা মবূক থোল্লবা দুকান মপূদু ইহা হাদনা গাদিদা ফল্লি।

ইকাই নুংশি য়াম্নে মেমচৌবী। অঙাংদুনা কবোক্তু খুনগে তৌবদু হোৎচিন্দুনা খাল্লুই। অঙাংদুনদি খুনগদবগী হোৎনৈ। শিখাং খাঙই। তাইনফম খঙলক্তবদগী মেমচৌবী অঙাংদুগী মনমদা খূবাক্লা অমুক অনীবক শেৎ-শেৎ থাবম্বদগী হেন্দোক্তুনা মনাক্তা তাবম্বা চৈ অমনসু লাম লামদুনা কল্লি, "নথীবোংদু কয়ামুক যাম্না চাবা থকপা ফংদ্রে নঙ।"

অঙাংদু ফ্রিং ফ্রিং চোংবমখৈ কল্লী। মচানুপীদু মশা শাগন লাক্তুনা চিংদুনা পুশিল্লকই মেমচৌবী। কবোক মতুমদু অদুম তাদুনা লৈহৌই। দুকান মপূদুনা র্কবি খল্লমগদবগে হায়বা মেমচৌবী কবিমত্তা খঙদে।

অঙাংদু শুমাঙ মতোন্দা পদ্রাক থাদৈ, "কোক হেক শিখিবসু নত্তা, নঙগী হাক্তক্তা মীবা মৈশা যাম্না লাংগদৌবি ইবেম্মা।"

ব্রাহ্মৈদুগী লোইশিল্লকপদদি খোঞ্জেল নীক্লকই মেমচৌবী। অঙাংদুগী খুবোমদা কল্লাক্তা তাবিবা চৈফমশিং অদু উকবদগীদি মাগী মীৎকী পি অদু অফা অপুন অমত্তা যাওখিদ্রে।

নুমিৎ অদুদগী খঙখিবগুম তৌই মেমচৌবী মীওইবগী ওমখৈ নাইবা, পনখৈ লৈবা মীৎযেং অদু। মদুগীদমক মহাক অকিবা ফাওই। পূক্লিং নুংশিবসু ফাওই।

নোংমা মচানুপীদুনা মীগী উৎসবকী হুন্দোক্লবা লৃখাক্লা মবক্তা ফমদুনা চখোম চখোম হুক্লম্বদুদদি মেমচৌবী কবিমত্তা হাযখিদে। মনাক্তা হূই খবসু লাশিং অদুবু লেক লেক্তুনা চাবম্মী। নুমিত্তুদদি মচানুপীবু নীংথিনা থেল্লদুনা ময়ূমদা পুবকখি। অদুগা ময়ূম হেক যৌবগা মখূৎ মশাদু হামদোকপিবগা মচানুপীদুদা হায়খি, "চাবা হেল্লবসু, ইমানদি অদুগুম্বদু পীজনিংদেনে ইবেম্মা।"

মচানুপীবু অতোপ্পনা র্কবি ওইনা উবমগদগে হাযবা মথন্তগী অকিবা, চিংনজবা অমা মেমচৌবীগী পূক্লিংদা মতম চূপ্পদা লৈ— কনানা খঙনি মীওইর্বদি হঙ্গোই চাউগল্লি। মচানুপীনা মবম ওইদুনা কনাগুম্বা অমত্তদা অযেৎপা ওইহন্নিংদে। অদুনা মাগী পাল্লবা সংসাবদুদগী মচানুপীবু খুবৈ অমফাওবা হাইদোকহন্নিংদে। মাগী সংসাবদুনা মচানুপীগী সংসাব হাযবদু ওইহন্নিংই। মসি ব্রাংমা হেক লানখিবদা ওইবক্কদর্বশিং অদুতবু খল্লুবদা মেমচৌবী কবিগুম্বা কালদসু মথন্তা হেক হেক লম্মাঙনৈ।

লৌকাবকপদা মচানুপীদুবু মখূৎ শল্লদুনা মমা মচা য়ূমদা চঙমিন্নবকই।

ময়ূম হেক যৌবগা মেমচৌবীনা মচানুপী অহন্দুদা চৈবা হৌবকই, "অঙাং শেন্নৌকো হাযবগা কৈদৌ লৈগে? ইব্রাউ ব্রাউখৈ সডক্তা থোকহল্লক্লিাসবু। ইক লুথোকপীবম্মু হাযবসু

তাদে। চারাদি ঋানম্ভবরা?"

মচানুপীদুনা খুল্লকই, "হৌজিক্তা স্বায়দা শান্নরম্বনি। ইরুজবিগে হায়বসু য়াদে। চারাসু ঋান্দ্রিবনি। ঐসু পৃষ্টী অটৌবদগী নুমিদাংগী চাকথুম ঈশিং শোকলুবা হল্লকপদা ঙায়রি।"

মথক্তা ঙাঙদুনা লৈহৌই মেমচৌবী, "ঐনা লৌ হেক কুমথিবদগী কনামক্তা হন্না য়েংবিদ্‌বনেবা..."

তৌববুদি চীংজিনগী লৌ কনশিল্লকপদগী হৌথিবা চয়োল অমা অনীদু মেমচৌবী মচানুপীদা ওনশিনবা ঙমখিদে। করিগুম্বা কালদদি লৌ লিংবগী থুল্লংদু ফাংনমল্লক্লুনা লৌবুক্তা চাক পুদুনা চাবা ফাও য়াওরিবনি।

মেমচৌবী লৌ কুল্লবগী লৈখোম লৈনাং ইতৈ তৈরি। লৌ লিংবা চৎলুবনি। মচানুপীদু ইবাউ ঋাউনা লৈবন্বদুদা নুংঙাইত্রমাল্লে মাবু হান্না লুথোকপিনবা শেম শারম্মী। "ইরু লুজথোকসি ইবেম্মা। নফি নরোলকাদুনা মোৎলিবা। ঐনগা থবক কনবনে। মীনা নঙবু হঙ্গোইনবা তারে। মনাক চঙহন্লিংলরোই।"

ঙাঙনা ঙাঙনা মচানুপীদুগী লীৎলিবা মফি ফৃরিৎতু শৎ হুক্তোকলুই। অদুগা ফ্রং-ফ্রং কনথোকই। মচানুপীদু মশা খজীক্তং থূপচিঞ্জনা লেপ্লি। মেমচৌবী ইঙক ঙকই। অমুক্তা উপ্রিদ্রিবগুম মচানুপীদুদা ঙাইহাক শংত্রিক য়েংদুনা লৈরুই। মতমগী ঈচেলনা নমখায়রক্লুনা মশক তাকচরক্লিবা হকচাংগী কয়াংশিং অদুগা লোয়ননা হোংলক্লিবা মচানুপীগী ফীভম অদুনা মেমচৌবীদা হায়বকপগুম তৌই— ঐসু নুপী অমনি।

কুইনা মীৎচান্নরুবা ঙমদে মেমচৌবী। খৃৎলৈ থুনা অমুক মচানুপীদুগী মফি-মরোলশিং অদু শেৎচিনবিবম্মী, "ফিকা কোন্না শৃরসি। নমায়-নমীৎ, নখোঙ-নখূৎ অসিদং হামদোক্লগা তোক্লসি।"

নুমিদাংগী চাক থোংলি মেমচৌবী। পংলাপ লাপ্তনা ফুঙ্গা মনাক্তা মচানুপীদু ফক্লাংদা ঙারগা উইরি। মুৎশি-মুৎশিবা পোদোন থাউমৈগী মঙালদা উবিবা মচানুপীগী মায়থোঙদু মথোৎ কারক্লি হায়বা মেমচৌবী ঙসিদা খঙলকপগুম তৌই। মঙাল নাইরক্লি।

কদোমদগী হুমজিল্লকখিবনো খঙহৌদবা শাহুম অমনা মেমচৌবীগী মকোক মনুংদা হুৎচিল্লকই। নৈশিল্লকই। মচানুপীগী মায়থোঙদু 'পীক্রু অঙাওবী' ওইনা উরকই। কনানো অমনা হায়রকপগুমসু তৌই, "পীক্রু অঙাওবীদু মমা ওইদৌরেয়ে। তৃক্কচৈদা মীওইবসে। করম্বা মীথিবোংনো...।"

মহাক্কী মচানুপীদু মমা ওইগদৌবে হাযবকপগুম মেমচৌবী স্নায় লাউই।

মেমচৌবী মচানুপীদা অমুক য়েংলকই। মাদি হান্নগুম ফক্লাংদা ঙাদুনা অদুমক উইবি। তুমীৎ-কাঙনা চীকপদগী মকোক্তা, মমায়দা, মশাদা হাক্কচবা হোৎপগুম মখুৎনা মবক মবক্তা খোংলি। মচীন অদু চপ চপ শাযবি। মহাক উইবি।

মেমচৌবী, ফূক হৌগৎতুনা মচানুপীদুবু খূদাং পাযদুনা চিংদুনা পুবগা ফমুংদা তূমহল্লম্মী। কাঙ্খলদু থাবম্মী। নীংথিনা যেপশিনবিবম্মী।

হঞ্জিল্লক্তুনা থোংলিবা চাক্তু লোইশিন্নবা লাক্লে। মঙমদি ইশান শান্দবগুম তৌই। কবিনো খঙদনা চপ-চপ লেপ্পী- হূই-যেন মচীঞ্জাক থাবগুম মচানুপীদা অচা অথকশিং লং লংদুনা পীবম্না খূৎশিংনা মচানুপীবু লক্ক-লক্কদুনা মখূৎতা পীবা হৌবকই। নুংঙাইববা মশান্না অমগুম। অদুদগীদি নিশা পাল্লবা মানবা, অবাম যৌবাংবসু মানবা মীওইবগী মীৎশিংনসু মচানুপীবু লোন্না নৎত্রগা ফোংনা যেংবা হৌরকই। ঙসাই ইকজবমদাইদা উখিবা মচানুপীগী ইকোক কোকপা শক্তম অদুনা মীৎশিং অদূগী মমাঙদা নীংঙাইদনা লেপ্পি। মহৌশাদগী মবম ইখঙ খঙদনা হাই হুন্নিবা মচানুপীগী মখূৎ অদুনা মীৎশিং অদুবু মনাক্তা কৌবগুম তৌবকপদু মেমচৌবী খংপ্রেক খংই।

অফববু ওইববসু ফত্তববু ওইববসু মীওইবগী মখল অমত্তগী মীৎয়েং অমত্তা মেমচৌবী পান্নক্তে। অদুনা মীৎযেং ব্রাংমা লান্না কদাযদনো অমা মচানুপীদুবু পুদুনা চৎনিংলকই। যান্না লাপ্পা।

নুমিৎনা তবং তবং হুন্দোবক্লিবা অযুক্তুদা চাউবদু মাঙ্গোল দাবিদা মখোঙ যাম্বুবদুনা ফপ্লি। মেমচৌবী, মচানুপীগী মশা পূম্বা খূদৈ মতূপ অমনা নীংথিনা য়েৎশির্নবিবোই ইনর্শিনবিবোই তৌবিবম্মী। মাগী পূক্লিংনদি মচানুপীদুদা হার্যবিবগুম তৌই- নঙগী তবাববা চীনবানগী মকমদা লোৎলিবা অত্তৌবা যাতোন্দু উঙ্গন্দুনা কনাদসু নোক্লুগনু। তক তকবা নমীত্তুনা কনাদসু অর্থ লৈনা য়েংলুগনু। নঙগী নিংশা স্ববদু হঙ্গোর্যনিংঙাই ওইসনু। নশা পূম্বা হযীংনা ব্রা ব্রা ইনসনু। মীৎশাংতনা যোল্লবা নঙগী মীৎযেংদু ত্থিংচাবা ত্থিংচাবী ফাওবা কিসনু। নঙগী খূজিলদু কৈগুম্না চাওসনু। কবিগুম্বা নঙনা ইমাগী মাঙ থাদুনা চৎখিবা ঙল্লবা, ইমানা নঙবু মথঙ মপোক্তা মী ওইনা অমুক পোক্তনবা চক শাবিগনি।

মেমচৌবী মচানুপীগী মনাম তাববা মশমশিং অদু কাটিনা জবৎ জবৎ চল্লা হৌবকই। ❑

# মমশিল্লকপা

ট্রাফালগর কন্সট্রকশন্‌গী অনৌবা শাগৎলিবা বিল্ডিং অদুদগী নোংমগী থবক খূৎ থারদুনা রেশমাগী মমানা ভিঃ টিঃ (ভিক্টোবিয়া টর্মিনস) য়ৌরকপদু মমশুক মমশুক তৌবে। ষ্ট্রীট-লেম্পশিং, অচৌ-অচৌবা দুকানগী থাউমৈশিং, নুংথিলগী মতমদা তুমপক তুমপক লেপ্পল্লবা মথোল কয়া লোঙবা অন্নাংবা দলানশিংদুসু মৈঙালশিং অদুনা অমম্বদুদা মাগী মাগী মশক তাকচরকই। অহল ওইজরবসু বোম্বে শহর মতম মতমগী ফিজোল শেৎ চাবদুনা ওষ্ঠোকনা মশা খীংনা উই। ঈবাং তৌবা অহলগুম।

নুংশা খ্বর ফাওবা মরাঙ কায়না হোনফম লৈতবমখৈ নমশিন্দুনা লোকেল ট্রেনদা চিন্না তোংলকপদু ষ্টেশনগী প্লেটফোর্মদুদা খোঙ হেক থাংথবকপদগীদি ফুনগৎলম্বা পূম্বা ইয়াঙ য়াংই। হিংলদৌবগুম খল্লি।

নূং-চেক হোনবা, মাল গাড়ীদগী লৈঙোই কোৎথবা, মদু বিলামাতিগা কাংক্রিক্কা য়ানশিন্নদুনা অমুক থীৎপা, অথীৎপদু য়ূমথক তান্না অমুক পুথৎপা। নোংমগী মনুংদা পূংশিং কক্লা নুপা-নুপী খায়দবমখৈ শূরুবা থবক অদু খূৎ থারকপদদি মশাদু তপ তারে। ইচোক চোকথরে।

ষ্টেশনদুদা, মীপূম খূদিংমক অমনা অমবু হন্না য়েংনদবমখৈ মানা মানা থোকপা

চৎনখি। খুদিংমক তহা তহায।

লোকেল ট্রেনদগী হেক কুমথবগা বেশমাগী মমানা ষ্টেশনগ চিনথ্রবা মীবক অদুদা মঙক থাঙ্গৎ থাঙ্গৎতুনা যেংলিবা, মীবক খায খাযদুনা প্লেটফোর্ম তবামবি মঙাদু শীনবা থুংনা কোযচৎ চৎলুবিবদু বেশমাবু থিকবিবনি। ঙসাই ময়ুক মমা মচাদু মফমসিদা কাযনখি। নুমিদাংৱাইবমদা মফমসিদা অমুক থেংনাস হাযনখি। চৎলমদাইদা মমানা চেকশিন্না শিন্নখি— ট্রেন তোংবদু চেকশিল্লু। দাদা অমদগী দাবা অমদা লানবদু নখুৎ নশা চেৎনা পাযবগা লাল্লু। ট্রেনদু চৎপা হৌববদি মদুদা তোংখৎপা নত্রগা কুমথবা তৌকগনু। নংহৌদ্রবসু মথঙগী ট্রেনদা চৎপা যাই।

মমাগী ৱাদু তাবগা চহী তবেৎমুক্কী হৈ শিংবীদুনা মমাদা হাযবন্মী, "ঐনা হেন্না খঙজে ইবেন্মা।"

অদুক চাউথ্রবা ষ্টেশনদুদা বেশমাবু উবক্কুবদুদাদি মমাদু নুংশাথীবা অমা ফাওবকই কদায তান্নবু চৎথ্রবজাৎনোনে? নুংতিণীাদ শ্বাইদা শান্নদুনা হেক হেক লৈবর্স্বন।

মচাগী মাযকৈ যেংনা অসুম চৎপদা ষ্টেশনণী অচৎ অওর্কশিংনা ২ক্লবা কেঞ্জেন পানবা ঈশিং তাফম অদগী মনাক্তা কোক হেক লেপ্লুই। মযাম কব কব ইংবমখে ঈশ থকপনা থকপা, পাত্রদা ঈশিং যাবনা যাবা তৌবিবা মনক অদুদা মহাকসু হাৎচন্দুনা ঈশিংদু ফাওর্বদি মপূক পেন্না থকচিল্লে। মাগী খান্দিগী ঈশিং হাপ্লবা পাত্রদসু লৌথোক্কনা মদসু ঈশ শীক থগা হানজিল্লে। নুমিৎ চুপ্পা হাজিবা শকবণ অবাবদ হৌজ্জবা ফওবকপ ন হৌই

লাক্কদবা অমদি চৎথগদবা ট্রেনশিংগা পংফমর্নাচ বা লাইথোক্কবদশা মথ ন মানন অদুনা মফমদু পুন্নাঙ লাঙই।

ইওবাদগী লাকপা গীতাঞ্জলি এক্সপ্রেসনা থুংবা প্লেটফার্ম অ দ মদ কুাল মযাম হোৎচিন্নখি। ট্রেনদুনা হেক থুংলবগা মদুদা ভোংলকপা মীশিং অদ ও ব নখো হৈদোবকপগুম থোক্লবকই। মীবক্তা অঙাং খর্বাদ টখির্বন মখোযসু ৱাপ্লানামদ হন্দুনা চৎথ্রণা ষ্টেশন ৱাংমা লানখ্রে। বেশমাদ যাওবক্ত। বেশমাণা মমাদু অমুক হঞ্জিল্লক্কনা মীবক্কুদা অমুক ফমথবকই। মচাবু ঙাইবর্ম্মা।

নুমিদাংগী পূং মাপন মখাযমুক তাবকপদা যুংলখিবা ট্রেনদুদ বেশমা যাওবকই। শুমচিৎ মচাদু শেগাদা যেপ্লদুনা, তল খবগা আলু থোংবা খবণসু উনাগী প্লেটতা যোন্নদুনা পাযবকই। মশম মনাদু উফুল ও, ৱাইফুল ও ইফা যাই। শেৎলিবা ফিদুসু ইমোৎ মোৎলি। অদুবু মহাক কবিসু নাচুংবীদে। শুমচিৎ পাযবা অমোৎপা অঙাং খবসু ট্রেনদুদা যাওবকই।

অঙাং অমদি মীনা হন্দোক্লম্লবা অহাওবা ঈশিংগী বোটল ময়াম অমা খুন্দুনা পুরকই। টোটি ঈশিং হাল্লগা অমুক য়োনগনি হায়রম্মী। চোয়তি-চোয়খৎ তৌবা অঙাং অমনা রেশমাগী মশম চিংদুনা লক্লরম্লগা চেনখিবদু রেশমা লেম্না থাদে। মচীন্দা শাপ য়াওনা অকাম্বা ব্রাহৈ ফাওবা য়াওনা অতৎ অখম লৈতনা কামথোরকই। রেশমানা মচীন পেন্না চৈহৌবদু লক্লরম্বা অঙাংদুনদি তাখিদ্রে। অদুম চেনখ্রে। মীরক্তুদা রেশমাসু মশা খীংনা গম গম লাকই; মহাক খঙই মমানা মাবু ঙাইরমগনি।

ষ্টেশনগী খবর, মেগাজিন্নচিংবা লাইব্রিক য়োনবা দুকান্দুগী মনাক্তা মমা মচা থেংনৈ। বেশমাবু হেক উবদগী মমানা চৈবা হৌরকই, "হায় অঙাওবী! নঙনিনে ঐনা ঙসাইদগী ঙাইরিবসে কদায় য়ৌরুরে।"

মতীক মপা নত্তনা হৈ-শিংলবী রেশমাদু মমিৎ-ও, মনা-ও মমাদা ওনশিল্লকই, "ঐসু নঙ কুইনা ঙাইরম্মী ইবেম্মা! কুইনা ঙাইবদু তল্লক্তুনা পঞ্জাব মেল থারকপদুদা অমুক তোংলগা চৎপনিদনা।"

"কদায় য়ৌক্রবা।"

"নাশিক ফাওবদনি।"

মমা মচা উনরবদুদদি মমাদু নে তাজবে।

বেশমানা হায়রকই, "ইমা ঙসিদি ঐনা ট্রেনদা ব্রাই শীৎলিঙৈদা নুপা অমনা ফোটোকা নমখ্রিপোৎনি। নুপাদু য়াম্না ফবা মাল্লি, ঐঙোন্দা লফোইকাসু চাও হায়দুনা পীবম্মী।"

পাউদু বেশমানা মমাদা হরাওনা তম্মী। মমানদি করিসু থৌওইনা তাবিদে।

রেশমানা অমুকসু হায়বকই, "ইমা, ঐদি দাদবগী ষ্টেশনদা তৃম্বা ঙম্মোই হায়রিসিনিকো। কাঙ য়াম্না চীকই।"

ঙবাং অহীং মখোয় ভিঃ টিঃ ষ্টেশনদা লেকই। খবা নানবা ষ্টেশনগী শরূক অদোমদা তৃম্বনিনা কাঙগা চীক্তবদুদা রেশমাসু তৃমশিৎ ফানা তৃমজখিবা মাল্লি।

মমানা হায়বকই, "ভি টিদা তৃম্বদো নুংদি নুংঙাই হায়ববু পৈশা তিংইনে। নঙ খঙহৌদ্রা ঙরাং থানানা ষ্টেশনদা তৃম্বা লাকপা ময়াম তানখাইবদো।"

"ঙবাংগী মপৃক য়াম্না ফবী নুপী থানাদুদি। মঙোন্দা হায়নসি।"

"মঙোন্দা হায়নবা হায়বসি লুপা তরাদি তিংগদৌরিবনি।"

রেশমা তৃমিন লৈখ্রে। মমাসু ঙাইহাক তুমীন্না লৈ। মমানা খল্লি— লুপা তরা

তিংবদুনবু হেন্না ফবব্রা ? দাদব ষ্টেশনগী নুমিদাং দ্যুটি তাবা মকোয়কা থেক্কৎপমখৈ চোম্বা থানাদু মীৎয়েং অমা ইতৌ-তৌই।

বেশমাগী মমানা হায়বকই, "ঙসিনা লুপা কয়া ফংলক্রুবা?"

"লুপা কুন্নিথোই।"

"পীবকউ কদায।"

"ঙম্মোই কৈসু," বেশমানা হাযবকই। "নখোর্যাস লৌশিনখ্রগা সুকশিং শিংলক্তে। তুংশিল্লগা মমীৎকা কৃপ্পা লাইখিদু অমা লৈদোইনি। লুপা নিফুমঙা পী হায়।"

"লাইখিকা লার্যবি," মমানা চৈবকই, "নপাগী ঈদাক লৌখিদৌবিনি।"

"যুঙাওবগীবু কৈদৌবৈ ঈদাক লৈগদৌবিবা। মাগীদি যু ওইনা লৈবীযু।"

মমাগী ৱাদুদা বেশমাদু ফেৎ হাযদোকখি।

বেশমাহোয়গী যুমদি জালগাওদনি। মযুমদা মাগা থংনবা চহী তবামাথোইমুক্কী মচেদুনা মপা অনাবদুগা চহী অনিমুক্কী মৌপ্পাদুগা শেন্নহৌবি। মমাগা মহাক্কনা বামু কাকাগী মতুং ইন্দুনা ট্রিফালগব কন্সট্রক্শনগী থবক শৃরুবনি। বামু কাকা মখোয় লৈকাযদগীনি। খুৎশৃমল যান্নদবদগী মাদি অতোপ্পা থবক শৃফম অমদা হোংখ্রে। বেশমাগী মপাদু বিক্সা থৌবম্মী। অদুবু চৌখিবা থা খরসিদি থৌখিদ্রে মশা ঙমলক্তবদগী। বিক্সা থৌবিঙৈদদি নুমিৎ খুদিংগী নুমিদাংদা মপানা যু ঙাওদুনা লাক্লগা মমাগা খৎনবদু বেশমাসু খঙই। মপানা বিক্সা থৌবা তোকখিঙৈদগীনি বেশমানা ট্রেনদা হৈ শিংনা চৎপা হৈবকখিবদু। ঈবমসিদদি মচেদগী মহাক্লা হেন্না খঙই। বোম্বেবোমদা চেনবা ট্রেনশিংদা মহাক ইতৎ তত্তনা তোংদুনা চৎলি। কবিশুম্বা কালদদি মহাক ট্রেন মথঙ মথঙ তোংদুনা অসুম চৎখিবনা নাগপুর ফাওবা যৌকবা যাওই। মাগী শুমচিৎ মচাদুনা লমজিংদুনা। চেল্লিবা ট্রেনগী অমোৎপা দাবাশিং ৱাই শীৎল শীৎলদুনা। ৱাই শীৎপা হেক লোইবগা, স্লীপব ক্লাসকী পেসেঞ্জরশিংদগী পৈশা নিবদু মাগী মথৌনি।

"নঙবু পৈশাদু পীশিল্লকউদা।" মমানা হাযবকই।

বেশমাদু শিখাং খাঙই। মহাক ফংলকপা পৈশাশিংদু পার্যশিন্দুনা অদুম লৈ। পীথোবক্তে, "ঐদি ঙম্মোই হাযবিসিনি।"

শাউনিংলকপদগী মমাদু বেশমাদা খুৎপাক্লা লাম লামদুনা অমুক অনীবক শেৎ শেৎ থাবকই। মচীন্দা ঙাঙবদি লেপ্পে। "চাক্লা চাক লান্নকপদা। নথীবোংদু কনানা থাকই নঙ।"

বেশমাদু পেবি পেবি তৌদুনা লৈ।

মমা মচানা ঙাঙনবিবদু ষ্টেশনদগী খবা মতাই ওইবগ তৌনা লৈবা, পোৎ পুবা গাড়ীশিংদগী থাংথবম্বদা ঙাযবিবা পোর্শেং লৈবিবা অদোমদনি।

বেশমাগী মমাগী অশাওবসি ঙসাই থবক শৃফমদগী হৌগ্রবনি। মুহোবিদুদা পৈশা খবা পীবিযু হাযজখিবদু ঙসি হূমনি শুবে। পীনিদমক হাযবগা মতম থাদুনতা লৈবে। পীবদি শৎ হেক পীথোবক্তে। তৌবগীবুদি মখোযগী পৈশাদু নুমিৎ তবানি তবানিমুক পূনশিল্লগা হেক হেক পীবনি। মমাঙদর্বুদি নুমিৎ তবানিদু ঙাইবম্বনি। অদুবু হুন্দক্কী চযোলসিমদি ঙাইবা ঙম্লক্তে। যূমদা লৈহৌবা বেশমাগী মপাগী হীদাক্কু ঙসি নোংমা নীনিসিদা শোযদনা লোইথোকখ্রগনি। তঙায় ফদনা মদু পীকদবা যাদে।

বেশমাগী মপাগী অনাবদু ডাক্টবনা টি বিনি হায়। হৌজিক হৌজিক ডোক্টবনা হায়বা মতুংইন্না হীদাক চাবি। হীদাক্কু চাবা হৌখ্রবদি মখোযনা চাও হাযবা মশীং অদু শুদ্রিফাওবা লেপ্পা যাদে হাযনা ডোক্টবশিংদুনা কন্না শিন্নবকই। নৎত্রবদি মমাঙদা চাখিবা হীদাকশিংদুগী কান্নবা ফংলোই হাযবকই। চয়োলমুক্কী মমাঙদা লৈখিবা হীদাক্কু লোইগদবা ঙসি নীনি হুর্মনিতা ঙাযবল্লগনি। মসিগীদমক বেশমাগী মমাদু পাখৎচৈ। চাবা হৌকববা মপাগী হীদাক্কু মবক্তা লেপহন্নিংদে। অদুনা অযাম্বা মতমদা মমাগী মনাকোংদা বেশমাগী মপাগী লোক খূবগী খোঙ্গেল অদুতবু তাদুনদা লৈ। অমুকসু খল্লি— হৌখিবা নুমিৎ খবনিসিদা মযূমদা লৈহৌবা বেশমাগী মচেদুনা শোৎচিল্লমগদবা দুকানগী পোৎশোৎনা কযাম য়াম্লমগদবা।

থবক শৃফমদগী ঙসিসু পৈশা পীবক্তে। ঙসিসু ষ্টেশনশিদা লেকপা তাবি। পৈশা ঙাইবর্দনি মমা মচানা ঙসি নীনি-হূর্মনি ষ্টেশনদা ফাইদুনা লৈবক্লিবদু। কবিগুম্বা মখোযনা পৈশাদু পীথোকপীবক্লবদি ঙসি নুমিদাংবাই থেঙলবসু থেঙনা মখোযগী খুঙ্গংদা অফংবা ট্রেন অমদা চৎখিগে খল্লম্বনি।

বেশমাগী মমাদু ঙাঙনা ঙাঙনা মাগী ফিবোল হাপ্পা খাউদুদা কবিনো অমা কন্না থিবি। অসুম থিবম্বদগী খবগা হেন্না ইফিং ফিংনা খাউদু মথক মখা ওম্থোকপমখৈ ফাক্তোকুনা থিবা হৌবকই। অথূপ্পা ফির্শিংদু কনথোক্কুনা ফাও যেংই। বেশমাদা হংলকই, "ঐগী পৈশা হাপ্পা বেক মচাদু উব্রা ?"

বেশমা ইঙক ঙকই, "উদেনা।"

মমাদু ফূক হৌগত্তুনা ঙসাই মানা চৎলুবা ষ্টেশনগী মফম খূদিংমক শীনবা থুংনা অমুক চৎলম্মী। বেশমাসু মমাগী মতুং ইল্লম্মী। ঈশিং থকফমনচিংবগী কাচিন ওইবা মফমশিংদুদকাসু চঙদুনা যেংলুবে। উদ্রে। বেগতু তাহৌব্রা, মীনা শৎখিব্রা অমা তৌবে।

কদায়দা থিকনি। থিকফম খঙদ্রে। মমাদু অমুক ঙাঙবা হৌবকই, "ফবেনেসে! নথীবোং চাবাদু হেনবা তাবে ঙসিদি।"

লুপা কুম্থ্রাতবেৎমুক য়াওখি বেগতু মাঙখিবদা। বেশমাগী মমাদু মকোক পাযদুনা চিন্তা তৌনা ফম্লি। মহাক্কা বেগতু অবোযবা ওইনা পাযখিবা মফমদু নীংশিংনবা হোৎনবম্মী। নীংশিংবা থোক্তে।

"ইমা ঐগী পৈশাসিদগী তল খবা লৈকবসি।"

মমা মচাদু ষ্টেশন মনুংদা লৈবিবা তল যোনফম অদোমদা চৎলম্মী।

বেশমানা হায, "যেকম তলসু চাসিবা ইমা!"

"কবিগী য়েকম তলনো। পুবি খবা চাবগা লোইবে।"

বেশমাদু তৃমিন লৈশ্রে। তল লৈবগী অবেম্বা পৈশাদুদি থাদোক্তে। মমানসু পীযু হায়না তক্লক্তে। মমা মচাদু তল খবদু চামিন্নবে।

মতমদু নুমিদাংগী পূং তাবামাথোইবোম তাবে। ষ্টেশনগী চীক্লা চাযনবা ঙমদবমখৈ চৎলম্বা মীযামদু চাং য়াম্লা হুম্থ্রে। লোকেল ট্রেনশিং লেপখ্রে। ট্রেনশিংনা চৎখিগদবা অমদি থুংলগদবা মতম লাউথোক্লমবদু তৃমিন লৈশ্রে। খবমখৈদি চীকথবকলে হায়ববু মী পূমতাক তাকপদি নত্তে। কুলিশিং অযূক ঙন্না চৎখিগদবা পোৎ পুবা ট্রেনশিংদা পোৎ চৈশিং থাঙ্গৎলি। মৈনা পূমঙান ঙান্না থানদুনা লৈবিবা ষ্টেশনদু নুংথিলগী মতৌগুমই। অসিগুম্না ষ্টেশনশিদা মীনিন খবা নেমথবিবসি নোংঙাল্লমদাইগী পূং অহুম ফাওবদনি। মদুদগীদি লাঙবা অমুক হৌগৎলক্কদৌবিবনি।

খবব থাদুনা তৃম্বা যাও, মাগী মাগী পোৎয়োমশিংদা ঙাদুনা উইবা য়াও, তৌবিবা মবক্তুদা বেশমা মমা মচাসু যাওবি। লৈমায়দা মখোযগী চাদবদু হেক্তা থাজিল্লগা তৃম্বনি।

মী চীকথবক্লবদুদদি ষ্টেশনগী খাগী শেৎপা নুপা থানা, নুপী থানাশিং উবক্লম্মী। মখুত্তা লীচৈ অমমম পাযবদুনা ষ্টেশনগী মফম অয়াম্বদা চাইথোক্তুনা লৈবি।

খাগী মচুগী সাড়ী শেৎপী অমা লীচৈ অমা পায়বদুনা মীবক অদু তম্না চঙশিল্লকপদু কনাসু কবিসু হাযনদে। মানা মানা থোকপা লৈনৈ। নুপী থানাদুনা বুর্খা উপ্পী মখোয অহুম তৃম্নিবদুগী মনাক্তা চঙশিল্লক্লগা হৌদোকপগী মওংদা লীচৈদুনা পোপ পোপ ফূবদুনা মফমদুদা মখোয তৃম্বা য়াবোই হায়বম্মী।

নুপী অমনা বুর্খা হাইদোক্লগা হাযবক্লম্মী, "মী অতৈসু তৃম্নিবসিদি?"

"ঝা মখা তাগনু। তৃম্বা য়াবোই হায়বিসিনি। নখোয ঙবাংসু তৃম্বা নৎত্রা?"

বুর্খা উন্নীশিংদু কান্নববোই খঙলবগুম ফৃক ফৃক হৌগৎনদুনা মখোযগী থাবল্লা ফিশিং হুগৎলদুনা চৎনখি। নুপী থানাদু ঙাঙ ঙাঙদুনা লৈহৌই, "হুবানবা, হুবানবীশিংসে।"

অদুদগী নুপী থানাদুনা ফমদুনা ঙাইবা যাও, ফি থাদুনা তূম্বা যাও তৌবিবা মীবক্তুদা কোযনা যেংবা হৌবকই। মনাক্তা তৃল্লম্বা নুপা খবদুদসু কবি কবিনো হংলি। নুপাশিংদুনা মঙোন্দা টিকেটর্নাচিংবা পুথোক্লুনা উৎাল। মফমদুদা যাবেক্লীবশিংদু নুপা নুপী খাযবা জাৎ নত্তে। মানা মানা থোকপা অফং অফংবা মফমদু মাগী মাগী হেক্তা ওইনৈ।

নুপী থানাদুনা বেশমা মমা মচাগী মনাক্তা চঙশিল্লক্লুনা বেশমাগী মমাগী মনক্সন্দা চৈন' কক কক থিন্দুনা হৌদোক্লম্মী। মতমদুদদি বেশমাগী মমদু, থবক শূকবগী বাকবদগা কন্না তমর্গখিদনা থৌওইনা তাবমদে। তূম্লিংবগী মযাযনা কনবনা মখূৎনদুম চৈদু ঈনথোবকই। বেশমাসু ঈশি শিনা ত্তাল্ল মমাগী মনাক্তা।

মখোযগী থৌওইদবা মত্তৌদদা নুপী থানাদুনা বেশমাগী মমাদা চৈনাখোল ফাওনা ফবক্লম্মী। তম্লম্বদগী খংপ্রেক খংনা বেশমাগী মমাদ হৌগৎলকই। নুপী থানাদুগী লীচৈদু তাপ পাযকই। চিনফংনবকই, "চুম্লা চুম্লা হাযবা যাদ্রা চিংচা কোৎচাবী।"

"হংদাই কোৎচাবীকাইদনা"। তং শোক্লবা নুপী থানাদুনা হাযবকই অদুগা বেশমাগী মমাগা মশমদু খুবাম থল্লা তাপ পাযবদুনা চিংলকই, "নঙ হৌজিক ওফিসতা চৎকদবনি"

অমাদুগী অবায় অখুমদা মফমদু পল্লাং লাঙলক্লে। অনকপদা লৈবম্বা মী পূম্মক প্রচীকপদ থগাইবকপদুদ্দি ইঙক ঙক্কা যেংনবক্লে। মখোযদা ওনশিল্লক্লে।

বেশমাগী মমাদু মশম ফোইাববদ খাঙদুনা লৈবা ঙল্লক্লে। মশিঙ্গা ফৃদোবকই। কপ্লম্বদু অশাওবদনা নমহৎখিদনা নুপী থানাদুগী মশমদু লাম্লম্মী। খূৎপায চেৎনা পাযবম্মী।

বেশমাদু ইফং ফংনা হৌগৎলকই। মমীৎ মনা চপ যুংবমখৈ মমাগা নুপী থানাদুগা মশম ফোযনবদু চপ লেপ্তুনা যেংদুনা লৈ। বাবিনো খঙদনা খোঞ্জেল হৌনা কপ্লকই।

নুপী থানাদু বেশমাগী মমাগী মশমদু থাদোক্লগা মাগী মশম ফোযবিবা খূৎ অদুদগী নানথোক্লবা হোৎনবকই, পাক চেক নানথোকপা ঙমদে। বেশমাগী মমাসু হন্দে। খূৎপায চেৎনা পাযশিনখিবদু মফম চানা পাযখিবা মাল্লি। মচীন্দা লিল অমোমগুম খূ-খূ কাম্মী। তাঙাদুদা নুপা থানা অমগা নুপী থানা অমগা চেনশিল্লক্লম্মী। মখোয অনী চঙদুনা বেশমাগী মমাগী মখূৎতু থাদোকহন্নবা হোৎনবদু ঙমদে। অনৌবা চঙলকপা নুপী থানা অদুনা বেশমাগী মমাদা লীচৈদুনা চৈফম নাইনা মখোল থোক্লা কল্লম্মী। "থাদোক্লবদি" হাযদুনা মহাক যাওনা মশম অদু ফোযবীবম্মী। উপায লৈতন' বেশমাগী মমাদু থাদোবক্লে। খোঞ্জেল থোক্লসু

কপ্পী। মশম ফোয়গ্রবা নুপী থানাদু ইকাই-নুংশি য়ান্নবা মফি মরোলদু শেমজিল্লি। রেশমাগী মমাওদা নুপী থানাদুনা অতোপ্পা নুপা থানা অমগনা রেশমাগী মমাবু মশম লাক্কুনা চিংলগা ফূ-ফূদুনা পুখি।

মখোয়না হীপ্লম্বগী চাদরশিংদু লৈমায়দা নৈশিন্দুনা লৈহৌরি। ফি হাপ্লকপা খাউদুসু মনাক্তা তাহৌরি।

মখোয়গী মতৌদুনা অনকপদা লৈরম্বা ময়ামদু কূম্মৈ ওইনা য়েংনৈ। কনামত্তা করিমত্তদি হায়নদে।

মমাবু চিংদুনা পুখিবা মায়কৈ অদু য়েংদুনা মশম-মনা ইফা ফাবমখৈ মীরক্কুদা রেশমাদু ফনা কুইনা কপ্লম্বনি। করি খল্লক্লবনো খণ্ডহৌদনা কপ্পা তোকখি। মাগী অমনবা ষ্টতুগী ফূরিংখাউদা মখূৎতু হূমজিনখি। মাগী য়াওরিবা পৈশাশিংদু পুথোক্কুনা অমমমতা ওইনা মশিং থীবা হৌরকই। শেল ময়েক অচোয়বশিংদু মখোল থোক্লা থেঙ্গাইনৈ। লৈমায়দা তারিবা ফিশিং অদু খোমগৎলগা মখোয়গী খাউদুদা হাপচিল্লি। অদুদগীদি শীস্থরিবা মপিদু তৈথোক-তৈথোক্লদুনা মমাবু থানাশিংদুনা চিংদুনা পুখিবা অদোমদা তবি-তবি চৎখি। মহাক কনাদসু হন্না য়েংলমদে। ❑

# লমশি অমগী তম্নাই

“কবি’?! মীচম হাৎপা! চিংনৈ হায়দুনা...?”

“মদুনি ঐনা হংলিবসু। ব্রাহংসিগী পাউখুম ঙাইহিরিবদি নঙ ঐদা নত্তে,” মখা তাবকই, “শিফম থোক্তনা শিত্রবা কনামত্তা হল্লক্তনা ব্রাকৎলদে। ব্রাফংনরমদে। মসিদনি আঁশিবনা লাল্লিবসু। লানফম থোক্তা’? ব্রাকৎলমদবসি মখোয়গী মরালনি।”

“কবি’? আঁশিবনবু ব্রাকৎলি হাযব্রা’’ ওহ্বোক ওহ্বোকপা!”

ইচীক চীকই। উচেক ব্রাযা ফাওবা খোংদবদৌনা তৌই। লৌবুক লমহাঙ পূম্বা মক ইকোক কোকই। লাম্মৈনা চাকখিবগুম অরাপ্পদা উরিবা চীংশাংশিং কুচু-কুমেন ইথোক থোক্তনা ফগৎলকপা ঙাইহিরিবা অনাবগুম ইতৃক তৃকথে। লৈকংলাগী মতৌগুম।

মাগী অবোন অথৃপশিং অমত্তা খাক্তবমখৈ ওথোরকই, “ঐগী নুপী ওক্তবী ওইরি। যুয়োনবীনি। দরকাব লৈরবদি য়ু নত্তবসু য়োল্লি। মদুমদি শেল্লেপ য়াওদনা তৌবা শেন্দোং লৈত্রবা কারবারনি। মদুগীদমক মরু কয়ারক কোকস্ত্রে। মাগী মিনোক অমা, অর্থ লৈবা ব্রাহে খরা নৎত্রগা অরোনবা মীৎকৃপশিং পৈশাগী পৈশা ঙাক্তনি। অচঙবা নুপীনি। পৈশা তানবদংদি ওকপা নাইদ্রে। অদুনা ময়াম্না মাবু ওক্তবীনি হায়নৈ।”

লোইবা নাইদে মচা মশৃগী অমুক, “নোংমা নীনিগী মমাঙদা স্কুলগী য়ুনিফোর্ম

শেংলগা লাইবিকথাউদা যু পুবম্বগী নিশা বন্দ কাওবুনা ফাখিবা অঙাংদু ইচানুপা অতোম্বনি। পীশক পীক্লিবনি। নিশা বন্দ কনশিল্লকপদুদা উপায় লৈবক্তদুনা মমা ইবেম্মদনা শীনবিবিবনি মমা মপাদা নম্ভনা মপূ মবেন ফাওবা মংফমদগী বোংশাক্লগা চীনগনবী ময়াম্মা চৈবিখিবদো।"

মখা চংথবক্লম্মা, 'ইচানুপা পৃংকব চাউবদু হবানবা খবা হ'গা হৈবে। যম্লোন্নবগা শম্বলদা পানবা খো ক্রম মাইবেন, থবী লোয়া খবা খবা হেকপদগী তমখৎচবকপনি। কম্না হোৎনজদুনা লৈকাযগী ভানু যেন শৎপা ফাওবগী পানা যজনা যাবে। দূকান অশোন অনা ফকপা গুন্নে। শগুন তৌবা যাওবদংগা ভমজবর্দ ওস্তোক্রা নুংঙাইদ্বগনি।

"ঐনা নোক্লিংলবদি," বাশি যাম্ম কংবা মিনাক মশং অমও নোকই, 'হবানবগী হ্বানফমদা হবান্নবা পোৎ চৈ থল্লিবা মহেম্ম অদুং অদু ভম্বা পোৎশিং অদু ঐগী ইচাশিংনা অমত্তা খাক্তনা হ্বাল্লি। মদু মখোযনা হবানফম ... থল্লি। হবানবব ব্যাত ... তৌদবগী '

মফমদু মৈনিল লৈবদৌনা তৌই। লম্বু লম্ম শাবা ... অম কাওবক্লম্মা, ... কদোমদগানো মৈশা কাওবক্লিলাদ "

কুচু কুমেন ও ইফেৎ ভাইবমখৈ হামচৎনবকা তাশবা নাবা মাযখোঙ অদুনা যম্মা ... হৈবগী মতৌ উৎলদুনা হাযবক্লম্মী, '... ম্লি । সংস্কাব লোইখিবদা ভাগ্নবি। সেব যাওবম্মশংদু হন্নখিবা কুইখিদ্রি। ফোং ফোং শাবা মীশি ঊমগী মৈনিল লৈনিবা ম ফম্ম। নঙগ্ খওইদনা থোক্লিবা মীশি মীনাশিংস। অদুনা। পাথবাড়ি নোংমদি যাম্মা চাউবা মংফম অমা ওইগদৌবিবনি।"

"মংফম ।"

'কিবন্না' কিগনু। থৌনা ফবা তম্ম এখোয় হৌজক যাম্মা থৌনা ফগদবা মতাম্মি। মীওইবনা থৌনা ফবা তম্বাসি মংফম্মু শীংনবা তম্বান। অচম্বগীদমক মবম চানা শীংনব ভম্নদূবু থৌনা ফম্ন হাযনবদাই। মংফমগীদমক কিবা হৌনদ।

মহৌশানা পীবা তিংবগী মতম লোইববা অশিবা কযামা মফমসিদা লাকই। মংফমসিদা। মাগী শাগৈ নাতৈ, মরূপ মপাঙশিংনা থিল্লকই। কপ্পা কপ্পা বিদায় পীনৈ মদু মবম চায। লুবিবদি শিফম থোক্তনা শিববা মযাম অমসু মফমসিদা লাকপদুনি। মফমসিদা হিংবগী হক মৎপিশ্রবা কযামসু হেক হেক লাকই। মতম চাদনা, মবম চাদনা। হিংথৎ থৎপা, হিংমেৎ মেৎপা। মীওইবগী হকপু থোঙ্গাওনবদা কযাদা মনীংতমশ্রবা ?"

"নীংতম্বা!"

"উম নীংতম্বা।" ফম্বাক লীলা শান্নরিবা মী অমগী মতৌগুম মঙক্কা থেক্কৎলদনা কলাকাব অমগী ব্রাঙাঙ তৌই, "নঙসু খঙইদনা নীংতম্বা। ঐগী ইচাশিংদু মনীংতম্বা ওহ্নোক্লা পামদ্রে। মখোয় অদুক্কী মতীক মনীং য়াম্না তম্নিংই। মখোয়গী লম্বীদা কনামত্তনা অয়েৎপা অথীংবা পীবকপা পামদে। পীরক্তনবসু হোৎনৈ। য়েৎলকপশিংদু মখোয়না মখোয়গী য়েক্লবনি হায়না খল্লি। য়েক্লবা অমত্তা মখোয়না লেম্না থাখিদবদু মখোয়গী থৌনা ফবনি খনখি...।"

ব্রাফমদু খরা হেন্না লুশিন্না খনবগুম শূকথবদুনা মখা তারকই, "লুরিবদি নীংতম্বা হায়বসি মখোয়দা হূরানবগী অতোম্বা ব্রাহম্বোক অমা ওইরকপদুনি। নীংতম্বগা হূরানবগসি কয়াদা নক্লা লৈবল্লিবনো? মীগী মপোৎ মচৈ হূরানবদা ঐগী ইচাশিংদু অদুক্কী মতীক মনীং তম্মী। মখোয়গী সুকওই ওইবা য়াববোইদবা পোৎশিং মখূৎনা ফংনা লৌবদুদগী হেনবা নীংতম্বা কদায়দগী লৌরুগনি। নীংতম্বা পাম্বদগীনি মখোযনা হূরানবা ওইখিবসু। ঐগী ইচাশিং মনীংতম্বা ওহ্নোক্লা পাল্লক্লি। নঙসু খঙইদনা নীংতম্বগী নুংঙাইবদু।"

"হূবানবগী মনীংতম্বগা মবী লৈনবা। মদু ওইবা য়াবোই। তানিংদবা ব্রানি। মদু নীংতম্বগী ব্রাহম্বোক নত্তে। মী কবেম্নবনি। মথন্তগী নীংতম্ববু নীংতম্বা কৌব্রা? মদুদি খুন্নাইসিগী য়েক্লবনি। মখোয়দি হূরানবনি নীংতম্বা নত্তে।"

কবেম্নবা মিনোক অমা নোক্লদুনা হায়বকই, "কবিগীনো ঐবু অদুক নিন্দা তৌনা য়েংলিবা? ঐবু অদুম্না য়েংবগী মহত্তা মংফম অসিদা য়েংউ। কবি উই?"

"মংফম, মংফমদবু কবি উবা য়াই। চাকপা লোইশিন্দবা শীং, উকক-ব্রাকক, উৎ-মৈতাল, মৈচাকখাং ওইহৌরবা শব্দ-শয়াঙগী মচেৎশিং।"

"ঐ হিংফম থোক্তবা, হিংবগী হক মৎশ্রবা অমনি। ঐ হিংবগী অধিকাব লৈত্রে। হক মৎলিবা মখোয়না ঐ অফ-ফত্তগী দায়িত্বসু পুক্ষম থোক্লা?"

"অফ-ফত্তগী দায়িত্ব! হৌজিক্কী মতমদবু কনানা কনাগী দায়িত্ব পুবা ঙমগদৌবিবা? কনানা লৌগদৌবিবা? দবকার লৈতবা ব্রানি।"

ফিবৈদগী করিনো অমা লৌথোক্লগা মখূৎনা পায়বি। য়াম্না থৌওইদবা মওংদা মখূৎনা লংখৎলা ওক, লংখৎলা ওক তৌদুনা শান্নরম্মী। খূবামুংদা অমুকসু চেৎনা পায়শিল্লি, "দবকার লৈতবা ময়াম অমা ঐখোযগীসিদা লৈরে। মসিনা খূদিংমকপু মোৎহল্লে। কনানো অমখক্লসু ঐঙোন্দা দরকার লৈতবা পোৎ অসি পীরম্মী।"

মহাভাবত্তা শকুনিনা চৌবব মক্ক ওৎলগা লংবগুম পাযবিবা পোৎত্নু খুবাম অনীগী কাবক্তা শ্রু-শ্রু নৈকব্বগা পোপ লাউনা থাদবকই, "নঙগী অসিগুম্বা পোৎ অমকা মফম খঙদনা নৎত্রগা দবকাব লৈতবা মীদগা পীথোকখিবা লৈব্রা?"

কাপথোকখ্রবা নোংমৈগী মক্কনি। লংত্রিক লংই। যাম্না চেকশিন্না থম্লুবসু মাল্লি। পাযমন্দুনা তৌবসু মাল্লি।

"ঐ মসিগী মপ্ থিবিবনি। পীথোকখ্রগে খন্দনা। ঐঙোন্দদি মসি দবকাব লৈতবা পোৎনি। লংথোকখিববুদি যাববনি। অদুবু কনাগীনো হাযবা মপৃদুমত্তংদি খঙনিংই। কোযচৎ চত্তুনা কয়ামা হংলুবে। লানহৌবশিংদসু, মযাং সিফাইশিংদসু। কনামত্তনা মসি মখোযগীনি হাযবদ্রে। কনাগুম্বা অমগীদি শোযদনা ওইবমগনি। মপ্ পান্দবা পোৎ লৈবা হৌনদে।"

কদাযদগী খুল্লকপনোসু খঙদবা, শীজিন্নবসু যাববোইদবা, কাপথোকখ্রবা নোংমৈ মক্ক অমা পাযবগা অওই-ওইদা ঙাঙবা নোক্লিংবা ব্রানি।

"নোংমৈ মক্কদুগী মবমদা অদুক কৃপ্না থিগৎলিবদুবু কৈদৌনগে হাযবিবনো?"

নোকফেং তৌই, "মবম লৈ। অদুগুম্বা ব্রাহং অমা হংলকপদুনি ঐনা পান্নকপদুসু। হোয, ঐ কবিসু লৈবা মী নত্তে। মীচম্মি, ইচম চম্বা লৌমী। সুম থোকউ হাযদুনা মতাঙ অমদা ঐগী মিংসি শেগাক কাযনা চৎখি। লৈবক খুল্লক্তা, কৈথেলদা, হোটেলদা চিবোন চিবোন ঐগী মবমদা কয়ামা ঙাঙনখি। মবম হাযববু ঐনা মীশি চাদনা শিখিবা অদুনি। মতাঙ মতম চাদনা। ঐগী নুপী নৌনা লুখ্রা ওইহৌই। ঐগী অপীকপা ইচাশিংনা লমজা-শাবা।"

অশিবগা অচঙবগা উনবা। ব্রাবী শানবা। মসিবু ওইবা যাবা ব্রাবা?

"নুমিত্তু ঐ লবুক্তা লৌ খাওবি। ওম্থোক্লা হৈনিংদনা শৃবিবা থবক্লি। চমোৎনবা ইচা অহুমগা, চীনগনবী নুপীদুগা থাক্লবা হোৎনবদা লৌখাউ শেনদু হান্না লৌ মপৃদগী পৃশিন্দুনা চাথোক্লুববনি। লৈমন্দদুনা। শেল ফংনিংঙাই লৈবা থবক খৃৎশৃ জাৎ নৎত্রে। ঐঙোন্দা পানখিবা নোংমৈ মক্কদু কনাগীনো অদুম খঙখিদ্রে। মদু মসিনি।"

নোংমৈ মকদু লৌখৎলগা পাযশিল্লি। ওন-ওন্দুনা অমুকসু যেংই।

"ওযথংবা নাকমদা ফাওজিন্দুনা চঙখিবদু ফাওদোবক্তবদুদনি ব্রা য়াম্নখিবদু। ঐ অদুম শিবে। লমশি ওইহৌবে। লমশি!" ঙাইহাক তৃমিন্না লৈকব্বগা অমুক হাযবকই, "তৌববুদি নাকল অনীমক্তগী নোংমৈ কাপ্লখি। অদুবুদি লানবুংনিদনা। ঐনা মীচম। মীচম ওইবসি ঐগী ইবাননি হাযবা তাই। লানফমদবু মীচম ওইবা যাব্রা? লানফম হাযবসিদি লাম্নীশিংতগীনি। লানদদি লৌবুক খঙদে, লমহাঙ খঙদে লানবুংনি। ঐ মসি হান্না খলহৌদে। লানফমদা মীচম

ওইবসি য়াম্না লাল্লি।"

"অদুদি কনামত্তা ব্রাকৎলুদ্রা?"

"ব্রাকৎপা...!" ঙাইহাক খল্লি, "এক্স-গ্রেসিয়া পীয়ু হাযবক্তনবা ঐবু লানহৌবনি হাযবিবকই। অদুগা খবনদি ঐ মীচম্লি, লৌমীনিসিনি। বন্দ কয়া, ধবনা কয়া, ষ্ট্রাইক কয়া তৌখি। মদু উৎতা ঘী হৈবগুম থোকখি। লাউবিবা মখোয ফাওবা লাউবিবসি কনাদনো চমম্লবকখি। অসুম কুইশিল্লকপদগীদি তল্লমালে তৃমিন তৃমিন লৈনখ্রে। চেনফম লৈবনবা খঙদে মবাল লৈদুনসু মীহাৎপা অমত্তা চঙজবক্তে। ঐ কনামত্তদা ব্রাকৎতে। অশিবনবু ব্রাকৎলি হাযববা? ঐদি লমশিনি। অহিংবগী হক পৃম্বা মাঙখ্রবনি।"

মৈ ঈক্লবা লৈবাক্কী চফৃ অমা মঙক্তা পযানা পুন্দুনা ফাঁসি তৌবগুম অনেম্বা ব্রাগী শগায অমদা য়াম্দুনা লৈবি। মংফম মথক্তুদা। চফৃদুদগী ঈশিং মবীক মবীকশিং তপ-তপ তাবি। ঈশিংদু মাগী খৃবাক মযাযদা তাহল্লি। মাগী মায়থোঙদা অবাম খৌবাংবগী মমি অমসু তাই। তার্বক্লিবা ঈশিং অদুনা মাগী খৃজোক থনবদি ঙমদে। মখৃৎতগী ঈশিংদু ফৎ কম্থোক্লদুনা হাযবকই, "মসিনদি শিঙমদনা শিগ্রবশিংদুগী থম্মোযদা চাক্লিবা মৈচাক্তু মৃখৎপা ঙম্লোই।"

মংফমদু নীংথিনা লৈতেংবিবম্লবগুম উই। মচু মচুগী ফীবাল মচা-মচাশিং যুংলি। অকোযবদা প্লেকার্ডশিং, বেন্নর্বশিং থেৎলি। অঙৌবা মচুগী চেদা, অঙৌবা মচুগী ফিশিংদা ঈ মচুগী ময়েকশিংনা ইবি— 'মীচম হাৎপা যাবোই', 'মবাল লৈবা দন্দী পীযু', 'মীওইবগী হক খোঙ্গাওনবা মীওইবা জাতিগী যেক্রবনি', 'অমুবা আইনশিং খৃদক্তগী লৌথোকউ'।

প্লেকার্ডশিং, বেন্নর্বশিং অশবগী মমায অমমমগুম উহ। ইতৃক তৃকথৈ। ইবিবশিংদু মমি ইশাম শামজিল্লক্লি।

"মব্রা মপৃবোইবা লৈতবা নুপী, মপা-মমা লৈতদুনা নীংথিনা নাউকোল্লক্তবা অঙাংশিং কবি ওইবা যাই... ?"

চফৃ যাল্লিবা ব্রাগী শগাযদুগী ফৈবাদুদা মখৃৎনা খৃৎপায চেৎনা পাযশিল্লকই। যাল্লিবা চফৃদু মালংদা ফেবে-ফেবে হাইদুনা খাঙই।

থুগাযবম্লবা মৈকোয চফৃগী চেগায মচেৎশিংদু মখোঙনা কান কান্দুনা নেৎপা হৌবকই। মখোঙনা নেৎল-নেৎলদুনা শীংকৃপ শানা থুগাযবকই। মবম লৈতনা শিবা ঐ শুকয়া যানিংদে। কনানো ঐনা শিবগী দাযিত্ব...!

মীয়ামগী অপৃনবা খোল্লাউদা লাউবক্লি, "যানিংদে, যানিংদে, শুকয়া যানিংদে।"

ও! অশিবশিংগী খোল্লাউ। □

# চংখিবা

নুংথিল পোবোগুদা মহাক অদুম্না ইখঙ খঙহৌদনা লাক্কনি থাজদে। উখিদবা, মরা-মপাউ তাখিদবা য়াম্না কুইবে। কদোমদৈ ফাওজিল্লকপনো খঙহৌদে।

ঐ ইপা পাখংলি। অসুম্না মহাক্কা থেংনর্বসি মবম ইচা চাদনা ইবাল অমা লওশীঞ্জবগুম খল্লকই। অকিবা ফাওবকই। কুইনা উনখিদ্রবা, নুংশিত্রবা মাগুম্বা মরূপ অমনা ঐগীদা লাকপদা অকিবা ফাওবক্লিবসি কবিগীনো খঙদে। মহাক্না ঐখোয়দা চঙলকপদু মীনা উখি-লাকখিদ্রা হায়দুনা ঐ থোঙনাওদা লোন্না চেপথদুনা য়েংঙি।

মহাকপু ঐগী কাদা ফমহল্লন্নগা থোঙ্গাল ফাওবা তফিং-তফিং ঐনা চেহ্নোকলুবদুগী মবম মহাকসু খঙঙি। ঐগী ইতৌদুদা মহাক্না নোক্নদুনা হায়, “নুপা মাঞ্জখিদ্রেদা? নঙগীসিদি মরূপ-মপাঙনিকাইদনা নোংমফাদোক লাক্কদৌবফাও ইকাযবক্কদৌবি।”

ঐনা খুমখি, অকিবদু লোৎখি, “অদুগী রা নত্তেদা' চেকশিন্দবা য়াদবনি। কনানা খঙনি তম্বা ঙম্ব্রা?”

তম্বা ঙমদবসিদনি ঐনা কিবিবসু। মখোয তম্বা ঙমদ্রবা মীনি হায়বা মশানসু য়াজবিবনি।

মহাক লাকপদা ঐনা অসুক যাম্না কিবিবা, মীনা খঙখি-উখিদনবা চেকশিঞ্জবিবসিদি

ঐ ইশাগীনি। ইশা কঞ্জনবা। মসিদা মহাক্কা ঐবু ব্রাবৌবা ঙমদ্রিবনা, মাঙলমচৎতা মাগী মফমদা ঐ অদুক হাক্কা ওইজবা গিবা মী ওইবক্তে। মসি মহাকসু খঙই। মহাক্কা ঐখোয়দা লাকপসিদা ফাওবিবা অকিবসি নত্তনা ঐগী তোংজবা মাঙজবা কবিসু লৈতে। হংনিংখিবনি, "কৈথেন্দা লম্বী লমখাঙদা সিফাইকাদি লৈহৌদেকো।" হংদি হংলুদ্রে। তূমিন্না অদুম লৈবে। নৎত্রগাদ পূকচেল য়াম্না পীকপা তাগদৌবি।

"পোৎ-চৌদি যাওবক্লা?"

"যাওবক্তে, ইশা ঙাক্তনি। ইথন্তনি।"

এ জ্ঞান খর্বাদি তাই হাযনব্ লৈতফম খঙদবদুমা পুমকোক কোকপাদি নত্তে।

হেক লাকপগা ঐগী ওক্লোন মানবা ফমুংদুদা ওনবগা নৈবগা তৌবসি মাগী হৈনবীনি। মমাঙঙেদগী। হৌজিকসু অদম তৌবি। পোৎথাবা ওইনা ফমুংদুদা লোংখ্রাক লোংনা ষীপ্লগা অকোযবদু কোযেং যেংলুবগা হাযনকই, "ফক্লাংসাদি শকহেনবী ঙাক্তা ঙাযবেনা?"

ঐনা খুম্মী, "উম অপাম্বা যাওদ্রো, নঙগীসু অমা খলহৌবো?" ঐনা অমুকসু শেংদোকই, "ফক্লাং শেগাযবাস উদনবা হোৎনবদা চলাক জাৎ-জাৎ তৌদুনা য়েংলিবনি।"

ঐখোয অনী নোকম্মিন্নে। মী অতৈগীদা তৌকদ্রগসু মহাক্কা অসুম্না ঐগীদা তৌই।

মহাক অমনবা লাই অমদা যাম্না মুন্না যেংঙি। অযেকপানি। ষীপ্লম্বদে হৌগৎতুনা লাইদুদ যাম্না নক্লা চঙশিনাখি। কবিগুম্বা খবা খন্ন খন্না লৈকাওনা মচু মকশীলহল্লবা লাইদু [illegible] বদা মহাক মাৎ কপ্পে। মাগী মাযখোঙদা নাংশিংবগী মমি তাই। মাগী মীনোক্কু থাজদবগী মওংসান।

[illegible] নন্দনা লেবা ইতিহাস হাযনা থাবা লাইবিক অমা, মদুগী মং ক্লা নোংমৈ অমনা নন্দুনা লৈ। টেবলগী মচী অমদনা অঙৌবা খুনু অমা মতু মমান ইপোন পোন্না 'কাথ-কেকম তৌই। 'ভক্টৰি' হায়না থাবিবা মযেকাশংদু মচেৎ মচেৎ কার্যাখবগী মওংদা যেকপা খৎযেক্লি।

কবিগুম্বা শগুম অমওং ফংবদা কীন্থখুগে মতাগুম উফূলগী কুযোম অমনা লাইদুবু কূপাশন্দুনা লৈবি। ব্রাহং হংলি মিবাং চূববা কাচন্দুদা।

মহাক নোকফেৎ তেঁবগা ঐঙোন্দা ওর্নাশিল্লকই। ব্রাদি ঙাঙদনা। মহাক কবিগুম্বা খবা খঙনীংই হাযবা ঐঙোন্দা খঙহল্লি। ঐনা হায, "নোংমা নোংমাইজিং নুমিৎ অমদা ঐখোযদা নুমিৎযুংবগী বেডিও ড্রামা তানা তানা নঙনা যেক্লম্বদুনি।"

মহাক লাই যেকপা পাম্মী, যেকপা খবা খবসু হৈ।

"সিদি কৈদৌনা থম্মিবা?" মসি হাযবদা মহাক অশাওবা শকফমদি উৎতে। মহাক্লদি লাইদু কান্নদ্রবা পোৎনি খল্লি।

"মসিগী কান্নবা কান্নদবদি ঐ খঙদে," ঐনা খুম্মী, "চুম্না সুম নুংশিদুনা তৌবনি। নীংশিংবা হায়বা অমদি লৈদনা?"

মহাক মমায় লূকথখি। কবিগুম্বা খবা খনখি। নাকোযননা ঐবুদি কবেম্মে, "কবিনিনা? শেগাযপ্রো, কৈকান্নবা সিবো?"

খুনুগী অঙৌবা মচুদুমদি মৈখ্না চুশিনবদৈ মচু থোক্তনা মকশীল্লে।

"কমদৌবি। রাবী খবা তাহল্লুদনা!"

"তানিংব্রনে?"

মহাক ঐঙোন্দা লৌথূপ-লৌকোয লৈতে। হাযনীংবা ঙাঙনীংবা অথীংবা লৈতনা হেক্তা হাযদোকপা ঙম্মী। চপ মান্ননা মঙোন্দা ঐগীসু থৌনা লৈ।

মহাক ঐঙোন্দগী কবিগুম্বা খবা আশা তৌই।

ঐগুম্বা অমগী কৎথোকপা খবা দবকাব লৈ হাযনা মহাক্লা ঐঙোন্দা কথাবক পনম্নবনি। মীগী খূৎথাঙদা পাউ কযাসু থাবকপ্লে। অদুগুম্বা রাতং অমা ঙসিসু মহাক পদংগা লাক্লমগনি হায়বা ঐ খঙই। ঐনা খল্লুবদু অবানবসু ওইবমদে।

"থবক খবা তৌমিন্নসি হাযখিবদু কমদৌবে। কবি অনৌবা ফিবেপ লৈ।"

"অওইব্রনে নঙনা হাযবিসিবু?" হাযবগা ঐ রাবীদু তেনাশিন্নবা হোৎনখি। অদুবু ঙমখিদে। ঐসু ইশাগী ওইনদি ইনীং তমর্জবিবা অমনি হাযবগী নাপ্লগা লোয়নবা থৌনা অমা খূদক্তুদা ফাওবকই। মদু মঙোন্দা খঙহন্দবা য়াদে খল্লকই।

"থোইদোকপা অহোংবা লৈতে। হান্নগী হান্নগুম অদুম লৈবিসিনি।" ঙাইহাক লকক তৌকবগা য়াম্না শোন্না ঐনা অমুকসু মখা তাখি, "ঐখোর্যদি মঙ মঙবা হৈতে। আশা তৌবসু হৈতে। অমনবা য়ুমসিগী অমনবা আশাদা ঐ, থোঙ্গাল রাংমা লানখিবা থম্মোয়সিনা য়ানিংদে। চৎখিবা ঙমদে। নখোযনদি মসি পূকচেল শাকপগী মতৌনি খল্লমগনি। ঐদি নখোয়দৌনা থৌনা ফবা নত্তে।" মসি হাযবদা ইশা ইথন্তা ইকাযবসু ফাওবকই।

মহাক তূমিন্না লৈ। ঐঙোন্দা চঙলকপগী মাযথীবদু মহাক মশানা য়াজখিবগুম তৌই। রাফমসিদা মহাক মপাঙ্গল থোক্তবদৌনসু তৌই। ইকায়খাঙদগীনি মহাক্লা হায়বকপদু।

"হোযদা, ঐখোযদবু চঙশিল্লুবে তৌবনি।"

মাগী রাহৈদু থম্মোযদগী থোবকপবু ওইবিদ্রা?

মশাগী ওইবা অবোন-অথূপ খবা থম্বদৌনা মহাক মখাদি তাবক্লে। মহাক্কী ব্রাবীদা ঐ থোইদোক্লা নুংঙাইবা ওল্লবোই হায়বা মহাক খঙবজাৎনি। অদুবু ঐ মাগা ব্রাবী শাই। মাগী মবমদা খঙনিংবদি কুইবর্বনি।

"নঙবু কমদৌবিগে?"

"কমদৌকনি, থাংদোকখ্রবা খোঙথাঙনিনা সুম চৎলিসিনি।"

মসিনি মহাক্কী পাউখুম। কদাযফাওবা চুল্লিগবা?

"যুল্লোমদদি চঙলম্লব্রা?"

"চঙলর্মদ্র, চঙলম্লবোই।"

"নঙসু থম্মোযদি ফজনা কল্লেনেকো?"

মহাক নোকই। নোক্লা নোক্লা হাযবকই, "নঙবু ঐঙোন্দা থম্মোয কনবা ৩ম্মু হাযবম্বদাইনে?"

মাগী বাতাদু ঐ শ্বায লাউই। মানা হৌজিক ওইবিবর্সিগী দাযিত্ব ঐনা ওইবা তাববা চিংনবকই।

অঙাং ওইবিইঙদগী হৌনা মহাক শেংন তুবান তৌবা, লমহেন-তুহেনবা অঙাং ওইবক্লে। ঐখোযদৌনা মীঙোন্দা কক-কাক তৌবক্লে। মীঙমজদবা, মপূক্লিং নুংশিজগনবা মী ওইশিংদি থম্মোয য়াম্না চেৎকল্লি। মখোযনা থম্মোয শোক্লা লৌখিবা ফিবেপশিং কবিগুম্বদা হেক হেক খুদোংথীনিংঙাই ওই। মসি মঙোন্দসু থোকখি। ঐনা মাবু থম্মোয় কল্লি হাযবগী অথ মহাক খঙই।

মানা হায, "যৃমদা লৈবদু ঐ অফা অপৃন্নে।"

অদুবু ঐদি হংনিংলুই - ঐখোযবু কনানা ফাজিন পুর্নাশিনবগে, কনাগী মীখা পোল্লিবগে?

কয়াদা ব্রাখল থেনগ্রবনো ঐসে। হংগে খন্না হংহৌদবসিনা ঐবু কনবিখি।

মশা মথন্তগী চযেৎনবা ময়াম অমনা তুফক-তুফাই চল্লক্লবা মতাঙ অমদা নোংমা মহাক্লা হায়খি, "লৈত-লায়বগী মৈশানা ঐখোযগী ইমুংসে শান্তি লৈতে, ভায। ব্রাখলগী চয়েৎনবা মযাম অমনা ঐবু যাম্না ওৎলে। কৃফা চুবে।"

ঐ মাগী ব্রাদু তৃমিন্না তাখি। মতমদুদা থোইনা লুনসু খল্লুদে। মহাক্তি য়াম্না লুনা খল্লিবজাৎনি। "তাচৌনা মকোক-মব্ধ ইচাউ চাউখৈ থবক থিবদা পোৎথাফম খঙদবমখৈ চৎপদু ঐ য়েংনিংদে। অউনপোৎ য়াওদনা লুহোংখিবা ইচেবু নুপা মযূম্না থৌওইবিদবৈ ব্রাকৎ

ঐ তানিংদে। ঙাচেৎ-থুমচেৎকীদমক ইমানা শোৎলুবা শিংবা ঙমদবৈ দুকান্দাবগী মীচৈদু ঐ খাঙবা ঙমদে। য়েংঙু, ঐনা লীৎলিবা ফূবিৎসিফাও ঐখোয় তাচৌনা মীগী লৌপেঙ শেল হান্না লৌশিল্লুবগা লৈবিবনি, লীৎনিংঙাই লৈবক্তদনা।"

ঐ মীৎতা শং শং উবি, মোবেগী টি শার্টতু ঐঙোন্দা উৎলগা ফবিৎ অহনবা লীৎচবগী হবাওফম খঙজদবদো। অৱাবনা মকশিল্লবা মাযথোঙদুনা নোংথাঙগুম্না হাইফেত্তং ঙাল্লম্নগা অমম্বনা পাক চাউনা কুপশিনখিবদগী উপায লৈতনা ৱাজবদো। মথন্তা অমুকসু শোঙ্খিবদো— পুল্সিসে যুগোৎ কযা চাদৌ মাদ্রে।

"মদুমকসু হাযনুদা," ঐনা হাযখি, "মীওইববু তম্না ঙম্না? হোৎনবদা লেপকুমসি। পুল্সিসে অকা-অকুম নাই হাযনবিবদুনি। মীবু পুল্সি চুপ্পা ৱাদুনা অসুম লৈগদ্রনে। খাঙবা তাবনি। মসিদা থম্মোয় নৌগদবা নত্তে।"

মদুমক্তা মহাক মাগী ফিবেপসি লৌখিৱনি হাযবদি ঐ হায়বা ঙম্লোই। অচুম্বা থিবদা কয়াবক মাযথীপ্পৱনি মহাক। স্কুল তল্লিঙৈদা মাগী মতুং ইন্দুনা ষ্ট্রাইক য়াওকব্রা হাযববু থানানা কোযতান তান্নদুনা তুম্ফম-চাফম খঙখিদবা যাওপ্পবনি। যুমদা খোঙ্গীসু চাবা। নুমিৎতুদা মখোয তাচৌনা ঐখোয অনীবু থীনা চৈখি, "নমা লৈবাক নুংশিবিসি নখোয় মঙাযবেনে।" মাসু ঐসু ৱা মচেৎ অমত্তা ঙাঙনদে। তুমিন তুমিন লৈখি।

ঙসিদি মহাক থম্মোয ফজনা কল্লে। নৌথবা হৈত্রে।

"তৌজিক্তি যুমগী অফা অপূনদগী নীং তম্নবা নৎত্রা?" ঐনা কীৎ নম্মী, "মীচেন হাযবদু নখোয শুম্বসিনি।"

মহাক নোকমি নোকমি তৌদুনা লৈ। মসিদনি ঐনা মাবু থীনা চৈবা ঙমদবসু। মহাক্তা ৱাবীদু নমদুনা থদৎনবা হোৎনৈ।

"নখোযনদি খঙদ্রিবা, মসিনা ফবে খনখিবা ঐগীসু অনীংবা কযামসু লৈখি।"

"মমাঙঙৈগীদু নৎত্রে, নৎত্রা? দাযিত্ব লৈববা মী ওইববনিনা নশাগী অবোন অথূপ মযামসু লৈবম্নি হাযবা।"

বাফম অযাম্বদা ঐনা মঙোন্দা যেৎলি। যেৎনবা খুদিং ঐনা ঙম্মী। মহাক্তসু ঐনা থৌওইনা ঙমহল্লি। অতোপ্পগীদি খঙদে। ঐখোয অনীগী মবক্তদি মসিগী ওইথোকপসু লৈ।

নোংমা ইখঙ খঙহৌদনা মহাক যুমদা হল্লকখিদ্রে। মেট্রিক থাবমদাইনি। নুমিৎতুফাও স্কুল কাবম্মী। ইমুংগী মীদা নত্তনা লৈকাযগী মীশিং ফাওবা ঙক্লখি। মখোযগী ইমা যাম্না ৱাখি। মাবু থিবদা মখোয় তাচৌদু অহীংদুমা পোৎথাদে। শুকতুম তুমখিদে। ওম্বোক্তা ৱাজখি। লোম্না

কপখি। তাচৌদুনা মাবুদি লুনা তৌজবনি। মঙোন্দা আশা চাউনা তৌজবনি। মহাক কদায়দা চৎলমগনি খঙদবনিনা তাচৌদো মাবু কোয়থি থিখি।

চৎশ্রবা মতুংদা নোংমা মহাক্না পীবকপনি হায়দুনা ঐঙোন্দা চিঠি অমা লাকই। খুৎথাঙদা লাকপনি। কদায়দগী ইবকপনোসু পল্লক্তে। মতমদু মাবু য়াম্না কন্না থিনবি। চিঠিদু মৈতৈ ময়েক্তা ইবকই। "থাজবা অমা হযেংগী খুৎতা শিন্নবম্লগা ৱাহং কযাগা লোয়ননা অচৌবা মঙলান অমা পুদুনা চৎলে।" সিখক্কুং ইবকই।

মঙ হায়বসিদা মহাক্না অদুক হাক্না থাজবা থম্লগী মবম ঐ খঙদে। ঐদি মদুদা থাজবসু ঙমদে। চিঠিদু ফংবা নুমিৎতুদগী ঐখোয মাবু অমুক থিকদ্রে। কোয়থংদা হায়নবকই— মহাক্না চৎকদবা নোংমা ৱাংলিইঙদা খুনগী লাইফর্মাশিংদা ধপ থাউমৈ কৎলম্মী। লৈখিদ্রবা মখোয বাবাগী ফোটোদসু লৈ পবেং অমা শিবিবর্ম্মাকাইনসু মহৈ মহৈ পঙাঙ ঙাঙনৈ।

ঙসিদি মাগী মবমদা কনামত্তনা ঙাঙনদ্রিবসি মাগী মবমদা কবিমত্তা খঙদবনদি নত্তে। মাগী মবমদা ঙসিদি কনামত্তা কবিমত্তা হায়বা ঙমদে।

ফমুংদা উপ্রাক্না ইাপ্নগা মহাক ঐগী এলবমদু যেংদনা লৈ। ফোটো যেংনা যেংনা মবক মবক্তা মী মশক হেক হেক হংলকই। ঐনা ত কই।

"ইবেযাইদো লুহোংত্ত্রে, নঙদি তাবমখিবোই। মাগী লুহোংবগী ফোটো অমা লৈখিবনি যাওত্রা যেংঙু।" ঐনা কদাযদৈ ফৌজিল্লকাখবনো খঙহৌদবা ৱাদু তাবদা মহাক ইঙক ঙকপগুম তৌই। অদুবু থাজদবদি তৌদ্রে। হাযবকই, "কদাযদনো? ফৈ হায়ব্রা নুপাদো?"

"ফৈ হায়নৈ। খবদি অহলনি। চঁহী খবা খেন্নৈ। নহান তর্পনগী পোৎ থিনবা লাক্কম্মী। নঙ উহৌদা তৌবনি, যাম্না ফজথোকএ। অঙাং অমসু যাওত্ত্রে।"

"ফৈ। নুপীগীদি অফবা, জ্ঞান তাবা নুপাদা থুংজবদৈ হেনবা লৈতে হায়নবিবনি।"

ঐনা মঙোন্দা শাউর্জিল্লি। ঐ মঙোন্দা শাউবা ঙম্মী, "নঙদি ফত্তবনি সিনিনে।" মহাক তৃমিন লৈ। ঐনা মদুগী খুদোংচাবা লৌই, "মহাক নঙগী ওইবা য়াবোইদবগী মবম কবি লৈবম্নগে?"

মহাক মশা লীৎনবা হোৎনৈ, "অঙাং ওইবিঙৈ ভাব-মেন তাদ্রিঙৈগী ৱাদুবু অওইবা ওইনা হেক ঙাঙলদনা কৈকান্নবা।"

ঐনা ৱাফমদু লুশিলহল্লি, "ফাগী নত্তে। নঙ হল্লকখিদ্রা হায়দুনা য়াম্না হংজবম্মী। মহাক নঙবু ঙাইজবম্মনি।"

মহাক্না ঐগী বাদু য়ৈথৎলি, "তোকওবা ভায, মাগা মচা মরা লৈপ্ত্রবীদুগী বাবু। তৌহৈদে হাযনবনি।"

অদুবু ঐদি মখা অদুম চৎথবি, "অহল লমনশিংনা হাযনবা ওইবমাল্লে। নওবু থাজবক্তবদে মহাক অদুম চৎখ্রবনি।"

"মদু ফববনি," মহাক্না হায, "মহাব নুপীনি, অত্তাপ্পগী খনবা ঙমদ্রবসু ঙসিদি মহাক মচা মরাগী খনবদা বাজবমগনি। সি নৎত্রনে অহোংবা হায়বদুবো। মফম মতম্না পুবকপা নৎত্রা? মীওইবনিনা নোংমফাদোকপদি নমাংথকপগী বা নাংশিংলমগদ্রা? মদুসু নোংথাঙগুম অর্থ থোক্লল্লোই।"

মহাক নোকফেৎ তৌবকই। উপায লৈত্তবসু নাল্ল। অডা ওইবাবৈঙে ঋুল তম্মিন্নবিঙে তিন্নবকপা, পঙলাঙ লাঙমিন্নবকপদু নুংশিবগী হৌবকফম নং মদু নংথাশনবা হায়বদুনা হাযবা মহাক্না খেঙনা খঙজবকপননি।

ঐ মঙোল্লগী অশেংবা অমদি শঙনিংনা হংলুই, [illegible] মহাকপু নুংশিদে অমুক্তা হাযযুনে।"

মহাক নোকফেৎ [illegible] তৌবকই [illegible]। [illegible] অরায অখুমদুদা মহাক [illegible]।

ইতেমনা খোক্লগা পীবল্লা অশাথবা [illegible] 'অসক কুইবাস নবা নপাউকা অমত্তা [illegible]

ইতপ [illegible] খুন্নকই, [illegible]"

"নঙনা লোৎলিবাস কনাদৈকো [illegible] মহাক্না [illegible] দ্রিহৈদ ঐনা অমুক শমাজল্লি, "[illegible] নঙ [illegible] মদা [illegible] নবা খাদংগনি। [illegible] থেংনব্রা? নঙ কদাযদা [illegible] অনা [illegible] পাউ [illegible]। [illegible] মহানি। ঐনা ইশাগা ওইবা বা [illegible] হাযব [illegible] পাউখুম [illegible] লৈতে। মরূপনি হাযবে ঐনি, [illegible] মবমদা কাবসু [illegible]।"

[illegible] ইবায [illegible] হাযবগা লোইববদুবো। মতুংদা হংলক্লবসু খঙদে হাযযু।"

মহাক্না মসি হাযদনসু ঐনা [illegible] হায, "মহাক্না চৎখ্রিবাস অচৌবা কৎথোকপা অমগা লোযননি [illegible] নখোয়গী ইমংগা ইমাহোয তাম্চীহোযনদি নঙগাদমক চাউথোকচনা ঙমদে।"

লুনা খন্দনবুদি খুল্লকই, "চৎলনি ইতৈমা।"

ঐনা হায, "লেকপ্লসিদনা?"

"মদু হেক্তা যাবা নত্তে।"

মহাক থম্মোয কল্লি। কনখিবনি। ঐগীদা নুমিৎতু লাংবনগী নুংশা খাঙমিন্নখিবনি।

অঙাং মচাদৌনা ঐখোযগী ইশ্মোল মন্তোনগী পৃথ্রীদুদা ঈকজমিন্নবদা ঈবোযমিন্নখি। ঈশিং মনুংদা নমশিন্নদুনা শান্নমিন্নখি। পৃথ্রীদু লৈনাঙ তাখি। ঐখোযগী ইতৌদুদা ইমানা নোকখি। মখোযগী মীৎতদি ঐখোযসি ঙবাংগী ঙাখানি। ইমাগী মিনোক্তু থম্মোযদগীবা? ঐ চিংনবা ঙমদে। নোংমা ইমানা ঐঙোন্দা লোন্না মাগা তিন্নবা যাবোই হার্যখি।

নোক খেদুনা শান্নমিন্নবগস্ ঐঙোন্দা অর্চানবা, অফা অপূন্নবা, অকিবা অমা লৈবদৌনা মকা লামজদ্রিবসি কবিগীনো মহাক খঙলমগদ্রা? ঐসে কযাদা শোল্লিনা।

কুইনা উনকদবগী হৌনশা, লৈইনাইদবা ব্রাবীগী ঈচেল অমদা মাসু ঐসু চেহুমিন্নখি। মমাঙগৈগী নুমিৎশিং নীংশিংহনখি।

নুমিদাংব্রাইবমদা ঐখোযদা চবা ব্রানমিন্নবগা মহাক্লা চৎখিবদু মাগীদমক তঙাযফদবনি খল্লগা চৎখিবনি। চৎলমদাইদা মখোযগী ইমুং কমদৌব অনা অযেক যাওদব্রা, তাচৌ কবি শ্যাব, ইচেগী মচাদু কযাম চাউবে হংলম্মী।

ঐনা হায, "খঙনিংলবদি যুমদা চংলম্মুদনা।"

মহাক মযূমদদি চঙলমদ্রে। চৎলমদাইদা এখোয বাবাগা ইমাগস্ খুকল্লল্লগা চৎখি। ইমাদি লোন্না কপখি।

ঐ মহাকপু চৎর্থান্নংখি। নুমিৎ ওদ্রিতৈদা। চৎর্থান্নংদবগী বা ঙাক নত্তনা চৎলু হাযবা ঙমদবা মহাক্লা চৎখিবদা ইশাস বাই শংদি। খংযাং যাংবোই নীংঙ। মীৎকৃপুদা মহাক চৎখিবগী নুংঙাইতবা অমদি ফাওবকই। ❑

# খোঙ্গুল

থাশি ওবাংতা ওইখ্রে।

খোঙ্গাল্লোমদগী কনানো অমা চঙলকখিব্রা? যৌ! য়ৌ! চোংশিন্দুনা খোংলিবা হূইদুবু কবিমত্তা হঙ্গোইদনা, থৌ রা ইশা শাদবমখৈ কনানো অমনা হায়খিবগুম তৌই, "লাঙগনুনে, মবাংবী। ঐবু খঙদ্রববা অমর্স্থাসদা?"

নুমিদাং থেঙজিল্লক্লে। ইমুংগী মী পূম্নমক পোত্থানখিদুনা যুমদু ইচীক চীকই। হূই খোংলকপদুনা অচীকপদুবু থুগাইবক্লি।

ইবেথোইদি তূমদ্রি। কেলেন্দব ফাজোক্কুনা কবিনো অমা যেংলম্বদগী মপানদা হূইনা খোংলকপদুদা মনা থাঙ্গৎতুনা তাবি। হূইগী খোঞ্জেল মবক্কুদা কনাগুম্না অমা গপ-গপ লাকপগী খোঙউপ মখোলদু অসুম নকশিল্লক্কুনা মাঙ্গোল কাখৎলক্লগা লেপখিবগুম তৌই। কিথি কিকম্লনা খল্লকই ইবেথোই— কনাবু ওইবিগবা? খঞ্জানবিঙৈ মবক্কুদা মপান্দগী কনানো অমনা নাশোন পীক্লা কৌবকই, "থোই! থোই!. . . ! ইমা...!"

ইবেথোই ইঙক ঙকই। কুইনা তাখিদ্রবা খোঞ্জেলনি। মখা তানা খন্থবা নংহৌদে হায়দোকখি, "তয়াই, ওম্ভোক্লা থাজদনা...?" অকিবা ইয়াও যাওদনা মচীন্দা শোন্দোকলুই, "ঐখোয় তযাই লাকএ।"

মানি মহাক ইবেথোইগী মবুং য়ায়মনি। বোয়াইনি।

তহা-তহা চেম্ঘোক্তুনা থোঙদু হাংদোকলুই। বোয়াই ইমুংদা চঙলকই। হেক চঙলকপগা বোয়াইনা ইবেথোইদা ইঙক ঙক্লা য়েংলম্লগা হায়রকই, "করিগীনো নুমিদাংসিদবু অদুক য়াম্না কেরম্লিদি?"

ফক্লাংদা থেৎলিবা শকয়েং মিংশেলদুদা চেপথদুনা হাইফেত্তং য়েংলুরগা ইবেথোইদু ইহি হিগৎপমখৈ নোক্লকই। "ঙসাই নুমিদাংব্রাইরমদা রিতা লাক্লগা কেশনবিরম্লিনি। কোত্তবা ওইরিনি।"

মুৎশি মুৎশিবা পোদোন থাউমৈগী মঙালদা লমশাং লাকপগী ইচোক চোকথরবা বোয়াই মায়থোঙদা নীংহন্নবা অকি তুজুংবগী মমিদি তাদে। থুংলবতা ঙায়রিবা অতিথিগুম মাগী মপোৎ মচৈ, নম্বো পোবী খাউনচিংবদু মনমদগী থারদুনা, থৈদোক্তুনা চেকশিন্না থম্মী। অৱাবা কোকথোকপা, হুমাং হন্দোকপা মানবা অশাবা শ্বর অশাংবা অমত্তং হোন্দোকই, "শ্বায়সিদি ঈরাং কমদৌই?"

"ঙসি ঙরাংদি ঈরাং থোইনা লৈতবা মাল্লি।"

"ইমাখোয় পাবাখোয় তুমখ্রবরা?"

"উম, হৌদোরক্কে।"

"হৌদোকলুরনুদা তুমখ্রবদি। অনা অয়েক য়াওদবা নৎত্রা?"

"য়াওদে।"

"তাচৌগী পোষ্টিংদি কদায়দা লৈরি।"

"সেনাপতিদা। ইনম্মসু অঙাংখৈগা নহান তাচৌগী মনাক্তা চৎখিবদগী হল্লক্ত্রি।"

"বোবোদু চাউরৈনি।"

"চাউরে, ক্লাস ফোর কারে। ঙাওখ্রপোৎনি। ইনম্মগা ঐগসু মাদা শেন্নবদা থোক কূনবনি। লাইরিক্তি ফৈ।"

বোয়াই মমীৎতা অঙাংদুগী মতৌদু উরকই। নোকফেৎ তৌই। কৌরক্কদৌবগুম খল্লি— ককায়ায়! খঙহৌদনা থংনবা কারোমদা য়েংথোকলুই। কাদু ইহাঙ হাঙই। ইমম মম্মি।

করিগুম্বা বোবোদু লৈরবদি ঈরাং লাঙজরদৌনি— ককায়ায় লাকএ হায়দুনা। মনা মনিন থোক্তনবা মাদা শেন্নবদা থবক অমা ওইগদৌরিবনি। ঙসিদি মহাক লৈরমদবদুদা অমুকসু ইচীক চীকপোই নীংই।

"ঐনা য়ুমদা লাক্তবসি কুইরমাল্লেনেকো?"

ইবেথোই য়েংবদমক যেংলকই। কবিমতা হায়বক্তে।

"ঐনা মমাগুদা নুমিদাং অমা লাক্লগ্বদুদা বোবোদো ঐগী ইতুং ইনগনি হায়দুনা যাম্না কপহৌর্বনি। লম্বীদা চৎনা চৎনা ঐসু কযাদি নুংঙাইবক্তে।"

তাঞ্জাদুদা থংনবা কাবোমদগী লাক্কুনা মমানা ইঙক ঙক্লা হংলকই, "হাইমা, ইবোয়াইমা কদোমদগীনো নঙনা তৌর্বক্লিসিনা।"

"লম্বী থোক্কুনা চঙলকপানি।"

"চাকতি চাবক্লব্রা?"

"কদায়দগী চাকগবনো" শম্নাদা লৌৎখোবক্লিবনি। মাঙজৌননা পাউ খবা ফংহৌবগী লাইবক ফবনি।"

মপূক্লিং ফাথবগা মমানা হায়বকই, "খঙদ্রে, ইবুংঙো! কবিবু হায়দৌনো? নঙনদি লৈবাক্কীদমক্তি হায়দুনা কোযচেন চেল্লিবা। ইমাহোয়দি নঙগীদমক খনবদা লৈতাফম খঙদে। পোৎ-চৈসু যাওবিনিনে?"

ঙাঙনা-ঙাঙনা বোযাইগী মনাক্তা থর্মলিবা খাউদু উবকই। ইপা পাখৎনা হায়বক্লম্মী, "লাক্লবসু নশা ঙাক্তা লাকপা যাদ্রা?"

"লৈফম হোংদোক্তবা যাদ্রে। চীংলোমদা হাইগৎপা তাবে। অদুনা খুল্লক্তা ফাও ফাওদুনা লাক্লিবান।"

মমানা মিপাইজববসু অসিগুম্না থৌদোক্তি ইমুংসিদা অনৌবা অমা নত্তে।

"তৌবিবা ঈবাং, থের্নক্লিবা থৌদোক মযামসিদা মিহুলগা অমত্তা শুদ্রে ঐখোযদি। নঙবু যুমদা ফাজিন্দুনা থম্বসু ঙমদেদো।"

বোযাই বা ঙাঙফম লৈতবদৌনা তৌই। লুকথদুনা তুমৌন্না তায। অযেৎপা অথীংবা খুদীংমক মাযোক্লবগী শেম শাদুনা লৈববসু মমাগী ব্রাফমদুমদি থৌনা লৈনা শীংনবা ঙমদে।

"তযাই চাক চাখো? লাম্বনা শিবা তাবে। ঐ চাক থাগৎলুখিগে কুইবোই।"

ইবেথোই চাক থাগৎলুনবা শেম শাই। বোযাইনা খাম্মী। "অহীং নোংযাইসিদবু। তৌকবনু। ঐ কুইনা পম্ভবা যাবসু নত্তে। লৈবক মচীন্দা মখোয খবসু ঐবু ঙাইহৌবিবনি। নোংঙার্নদ্রিঙৈদা যৌনবা চৎখিগদৌবিবর্বনি।"

ইবেথোই ভাব তাববগুম অমুক হঞ্জিল্লকই। অদুগা মবুংদুগী মপূক চাউবা, অবাম যৌবাংবদুসু অঙাং ওইবিঙৈদগী খঙলক্লবনি।

মমানা ইবেথোইবোমদা ওনশিল্লকই, "ইবেম্মা, অচা-অথক কবি কবি লৈ, খবা

য়েংলকউদনা?"

ৱাখল অমা লাকপগুম ইবেথোই ফূক হৌগত্তুনা চাকশঙলোমদা চঙখি। মমানা বোয়াইদা হায়বকই, "ইবেম্মগী লুহোংবগী মতম লেপ্লবে। ৱাবোইপোৎ পুববনি।"

ৱাদু তাবদা বোয়াইগী মাইথোঙদা থাজদবগী মমি অমদি তাবকই হায়ববু থোযনা ঙকনদি থোক্লে। মখোযগী মমীত্তা অঙাং ওইনা উজবগী ৱানি, মতমদি ওইববনি। বোয়াইনা হায়, "ফবে, ফবে। নুপীনা য়াম্না থেঙবসু ফত্তে। নুপাদুবু কমদৌবজাৎনো?"

"মবম ওকই! অৱা অনা খঙবা অঙাংনি।"

অহলশিংনা ফৈ হাযবদুদগী হেন্না হংনিংঙাই লৈত্রবগুম বোযাইনসু হায়বকই, "ফবে!" মখাদি তাবক্লে।

"লুহোংগদৌবিবনি হাযদুনা লাঙলিবসি মাগীদমক তাম্বনিংঙাইদি কবিসু লৈত্রিবনি। খল্লুবগদি পূক্লিংকাসি নুংশিবকইপোৎনি।"

"কবিবু পীর্কনি হাযবগে!" মমাগী বাফমদুদা থৌনা অমগা লোযননা শীংনবা মান্না বোযাইনা হাযবকই, "অবৈবা, ইনাক কৈবাক খুনবশিংগী অউনপোৎকী হিদান্নবদু ঐখোয যাওগুর্মসি ইমা। মহাক মশাখক্তং ওইববসু থম্মোয শেংনা চৎখিবদু পাম্মী ঐদি। লমচৎ ব্যবহাব ফজবা অহল-লমন, লাই গুক মশক খঙনা থর্কাশ খাশি নাইনা সেবা তৌবাসদগী হেন্না ফজবা অউনপোৎ লৈতর্বনি।"

"থম্মোয শেংলিবনি হাযদুনা ইকোক কোক্লা চৎখিবসু হেক য়ানা নত্তেদনা?"

বোযাই, ৱাফমদুদা মমাগা শাংনা ঙাঙননিংদবগুম তৌই।

"মতম্না কবমকালদা লেপ্লববা?"

"ফাইবেনগী তবাহুমদোইনি পানবর্দনি।"

বোয়াই মখূৎ হাইফেৎ থেক্তুনা থাশিং পাখিবগুম তৌই।

ইবেথোইনা অচা অথক খবা পুথোক্তুনা বোযাইদা পীবৈ। মমাগা মবুংগনা মাগী লুহোংবগী ৱাবী শানখিবদু মহাকসু তাহৌই।

শোয়বা যাদে হাযবগী যাথংসু মানবা, ৱাবক্লম্বসু মানবা খোনফমদা খূদোম্বী শীংলদুনা বোযাই ইবেথোইদা হায়বকই, "মবম ওক্লদবনি, খঙলেদনা। ইহি তিগৎপা যাবোই।"

খোনফমদুদা নুংশিবসু যাওবি হাযবা ইবেথোই খঙই। ইকাইর্বদি মাল্লগা নোকমি নোর্কাম তৌনা লূকথখি।

তাঙ্গাদুদা মপাসু তূম্লম্বদগী হৌগৎলক্তুনা মনাক্তা লেপলৈ।

"ইবোযাইমা।"

"পাবা!"

"কবিগীনো অহীং নোংযাইসিদবু। গুল্লিডৈ, মীৎনা খোঙনা উবিডৈদা লাকপা যাদ্রা?"

"লম্বী থোক্নুনা চঙলকপনি।"

বোযাই লফা্দগী নফেই অমা শেত্নুনা চাবি। ইবেথোইনা নংহৌববোইদৌবগুম অতৈ রাবাশংদুগী নবক থৎলদুনা হায়লকই, "ওযাই, ঐ কবিনোমত্তা তপকেনা, চীংদা লৈদৌ ওইবাদ।"

"কবিনুনোনে?" খঙনি না বোয়াইনা হংলকই।

"অদুনুবো, ঐনা যাম্না পাম্বা চীংগী খ্বাংদা শাবা ফি অমা লৈ। তাঙ্গা ফংলবাদ ঐগী অমখক্তং লৈবীবকড্র।"

"কবি ফনো, ঐনা খঙগদ্রা?"

"খ৺ [illegible]। মখোযগী লৈশাবীশিংনা খুনগী হবাও কুম্মৈ মতমদা যাম্না ইনবনি।"

ঙাঙন শাঙনা ইবেথোই উপ্ হাংদোকত্নুনা এলবম অমা লৌথোবল্লগা মদুদগী ফো টো হায়মা শংদোকদুনা বোযাইদা যেংহল্লি। ফোটোদদা খুদোম্বীনা থিন্দুনা ইবেথোইনা হায়রকই, "মাসগা ফিসনি! কোলেজগী কলচবেল প্রোগ্রামদা হমাম্ববীশিংনা ইল্লকপদু যাম্না যৎনৈ। ঐদ যাম্না পাম্লুবে।"

"হায, হোয!" বোযাইনা হায়বকই, "ফংবা ওম্বা যেংলক্কে।"

মপান হায়বকই, "নঙবু চাক ঈশিংকা চাবল্লব্রা? থেঙলে পোথানবা তৌবোনে।"

লেংবাংগা খুম্না নংদুনা নমানা ওকই, "চাক চাখা হায়বসু যাদে। তৌজব অমুক চৎখিনদৌবব না।"

মপাদু তুম্নাম্না লেপ্পে। বোযাইগী খোঙচৎ অদু খঙলবগুম।

"ওযাই, নঙ যুমদা হল্লকপা শুকযা যাববোইদ্রা?" ইবেথোইগী ৱাদু ইখন খম্বহৌদনা হংলকপনি।

"কবিগীবুদি যাদদগে?"

"য়াববদি যুমদা হল্লকও, যুমদা লৈবসিবা।"

ৱাফমদুদা মমাদু হেন্না থবায যাওশিল্লকই, "নখোয নতৈমহোযগী কনানো অমসু সবেন্দব তৌবে হাযনে। হল্লক্নুন যুমদা লৈবমাল্লে।"

বোয়াইগী ফিবেম্ল্ল ফজনা খঙলবগুম মপানা হায়বকই, "মদু মীগী ব্রানি মমা। হেক্তা য়াবা নত্তে। মদুনা তেন্না খুদোংথীবসু যাবিবনি। মতমসি মতম অমনি।"

বোয়াইদি কবিমত্তা হায়বক্তে। য়ানিংবসু উৎতে যানিংদ্রবসু উৎতে। তূমিন তূমিন ঙাইহাক লৈনকই।

মপান্দা মখোযগী হইদু খোংলক্লম্মী। কনানো অমা লাকপগী শমিন ফংই। মমাদু তহা-তহা থাউমৈ পায়দুনা থোকখি। হুইদুবু খার্মজিল্লি।

"কনা ওইববনো ?"

"ঐখোয, ইযাম্পগা লাকমিন্নবান ইমা।"

"ও ! নঙসু চঙলকউদনা। চঙলকউ ইমুংদা।"

ঙাঙনা ঙাঙনা মমাগা নহা অমগা ইমুংদা চঙমিন্নবকই।

কৈশুমশঙদা কনাগুম্বা বন্দি অমা উনবা লাকপা মবা মশাগী মা অমা সান্দুনা মতম লাইবে ইঙ্গং তৌববপগুম নহাদুনা বোয়াইদা হায়ই, "ইযাম্না চংনবা তৌবসি ?"

"হোয় চংলসি।"

বোয়াই ফম্নম্বদগী হৌগৎলকই। মপাগী মনাক্তা চঙশিন্দনা মখোঙ শোক্লা হবপী "পাবা, ঐখোয অমুক চংলাখিগে !"

মপানা মকোক্তা নম্থবীবদনা হায়বকই, "চংলো, চংলো। চেকশিল্লু চা দা লৈবদ হলো তেন্না চেকশিনবা মৈ কাড়নবা চাবা হংবা মেখুক্পা পক্কনি।"

লকমিন্নবা নহাদুস চঙশিন্দুনা মপাগী মখোঙ শোক্লা হবম্মী। অদদগী মথঙ মা মমাবস খুকল্লম্মী। নহাদদি ইবেথোঙদস চংশিন্দু মকমগী তৌই। বোয়াইনা থাম্মী

"নচল ওইবমগান !"

নহাদ ইচক চুব্রা হুন্দাকই।

বোযাই মগা খাউনাচংবা মপোং মচৈশিংদু মবেঙবান্দা যানখৎলদুনা লৈশংকত্রে থোঙজিন কানথোকখিগে তৌই। কাবগুম্বা অমা কাউহৌববগুম মমানা অমক ওহানা থান্নকই, "ঙাইখো ঙাইখো ! অমা বাৎলি।"

বোযাই থোঙজিন মপান্দা লেপ্পুনা লৈ। মমানা চঙশিল্লক্লুনা, "নোনথবকউসে !" বোয়াই মক লকথবকই। মমানা বোযাইগী লব্রাইদদা মনম শৎ শৎ নমথোকপী। মখা তাবদ বোযাইসু মশানা খঙনা মাগী ফবিৎ খুদাংদু তাখৎলকই। খুদাংদা মমানা অমুকসু মপানা অমুকসু ময়ানা কক কক অলম্লক চীকপী।

"যন্ত্রশিংদুদি যাওবিব্রা ?" মমানা হংলকই।

"যাওবি !"

"নোংথ্রেদুসু ! থাবা যাদে।"

নহাদুসু মমাগী মনা ক্তা চপ্তাশল্লকই, "ঐবুসু মনম নমথোকপিযু ইমা !"

"নমদাদকো ! ইচা ঙাক্লনিনে নখোযসে।"

বোযাইদা তৌবগুম মমানা নহাদুদসু তৌবিবর্মী।

ইবেথোইনা বোযাইদা খোঙ্গেল ফাজিল্লগা নাশোন পীক্লা হাযবকই, "তয়াই ! নকোযকা খাক্লিনদু কনা কাযনবগীনো ?"

"অঙাং নঙ কিন চানি।"

বোযাইনা ইবেথোইদা কিন্না শুগে মতাগুম ধমকা তৌই। ইবেথোইদু মশাদু তাশিন্দনা মপাগী মকমদা লৈশিনখি। মখোযগী মতৌদুদা মপানা অমুক হাযলকই, "ইহে ! কনি অমুক হাযনাবনো ?"

অনীমক হন্দাক্লে।

ঙাইহৌব লকক তৌকনগা ইবেথোইনা হাযবকই, "তযাই লুহোংবা নুমিত্তুদি শোননা লাকদকো। পাউ অমক থানবক্লবসু। নকোযকাদু ককথংলকও। নথক্তা লাকউ। কনানো লাযনাবক্কন, বা যাম্লদনবা।"

বোযাই ভাঙন খাঙনা খোকখি, "হোয, হোয। কবিগী লাক্লদগে ? লাক্কন।"

বোযাই চংখি।

খোঙাখবগা শুমাঙ্ত মতোন্দা অমম্লদুদা কবিশম্লা পোং অমা খুবৌনাখবগী মখোল তায।

মপানা হংলনই, "কদোরে ?"

টোর্চ কাপ্তুনা যেংই। বোযাইনা হাযবকই, "শোকোগী মিক্লা মচাদু ওইবমাগ্লে।"

"থৌনদ্রবা অমনবা ওইবমগনি।"

হাইক্লকৎতং যেংলম্লগা শঙ্গোয মচাদা চেকাশন্না থাঙ্গৎপিবর্মী।

খঙ্ঙৌদনা কৌবকপগুম তৌই, "ককাযায !"

বোযাই মযুল্লোমদাদ অমুক হন্না যেংশিল্লমদ্রে। মখোযগা হাইদুনা খোংবদু ইবেথোইনা খার্মাজনহৌই।

অমম্বদা খোঙউপকী খে খোং মখোল তায। খোঙথাংদু অসুম অসুম লাপথোকখি।

মখোয লাপথোকল্লে। মখোযগী মায়কৈদি লাপ্পা খোংলিবা হূইগী খোঞ্জেল অদুনা তাক্লি।

ইবেথোই মবুংগী খোঙচৎতুবু পন্থুং যৌবা খোঙলৌ-পল্লৌবিদবা হায়না ঈশ্বরদা নিজবগা লেমহৌবিবা অহীংদুগীদমক তৃপ্না থেমহৌই।

হীপ্প-হীপ্পা ইবেথোই নীংশিংবনা তম্নলাই শাদুনা মাগী রাখলদা মম্নি-শামি তম্নকই। মথঙ-মথঙ। অঙাং ওইরিবৈঙগী পুন্সি অমদি হৌজিক ওইরিবা। মতম হায়বসিনা মীওইববু কযাদা মান্নহল্লিরবা। অমুকসু খল্লি ঙসিগী খুন্নাইসিদা শীৎচিল্লক্লিবা অনৌবা যাওলগী শাফ্ কল্লবা নুংশিৎ অমনা হুমদুনা পুথিখ্রবা মাগী তযাইগী মায়কৈ। উনবা ফংবগী খুদোংচাবা রাৎলবা মবুংদুদা মচীনথোক্কী বাহৈনা মাগী লুহোংবগী পাউ অদু পীবা ঙমজাখবা মীৎকৃপ্পুদা ইবেথোই ঈশ্বরবুসু নীংশিংলকই — শকউদ্রবসু লৈদি লৈাবদনা।

ইশম শম্মদ্রবা বাবী কযা অমনা যেৎশিন্নদুনা মশা মবেং যাম্না লোঙথোবকই। মফাং-মফাং যাম্না খল্লি— ঙসিগী অহীংসিবু তৃপ্না যাদনা অদুমক হৌপ্রগদ্রা ?

শ্যামবুসু নীংশিংলকই ইবেথোই। নুমিত্তুসু নীংশিংলি। নিংঙাই চাউবা অমগুম ইবেথোইগী মমাঙদা লেপলে। থম্মোযগী নিংঙাই অমা পুদুনা লাকই নুমিত্তু। হাযবৈ- ঙাসদগী নঙ ইমাগী মমৌ ওইবগদবনি। ঙম্মোই হাযনা ফৎ কম্মোকপদি ঙমখিদে ইবেথোই। নুমিৎ অদুনা লমজীং ওইদুনা ঙসিদি মখোয়গী অনৌবা যুম্বাল অমগী থোঙজিন্দা লেপ্লবে।

ইবেথোই মমীত্তা শ্যামবু উবকই। কাবিগুম্বদনা শাউবা, কবিগুম্বদনা ওইনবা। নোকফেৎ তৌবা। অমুক্কা খম্বনবগী রাজবা মায়থোঙশিংদু অমমমতং খূনগৎতুনা মথানুংদা চেজেৎ কোনশিল্লুবি — নঙ ঙসিদি ঐঙোন্দগী নাম্বোক্তুনা চৎপ' যাবোই। হেন্না চেৎশিন্না পুন্নবা কুন্দো পবেং অমগীদমক থৌবাং তৌদুনা লৈববনি ঐ।

মথন্তা নোকফেৎ তৌই ইবেথোই। হীপ্লম্বদগী য়াওল্লকই। য়াওন খূদিং মাগী রাবীশিং পুদুনা চৎলি। শ্যাম্না মাবু লক্লবক্লিবোই। তৃপ্না থুগাইবক্লিবোই।

নোংমসু থেংনখি কৈথেল মচা অমদা। ইবেথোই খংপ্রেকপু খংই।

"কদায় চৎলুবনো ?"

"ইমাগা কৈথেল কাবকপনি।"

ইঙক ঙক্না ইবেথোইনা হায, "নখোযগী ফীজোলসি শেৎলবদি নখোযসি ইমান মান্নবোই নীংঙি। নশক লায়না খন্দোকপা হেক ঙমদে।"

"মসি নুপা যাম্না থোকপা ফীজোলনি।"

"উম ! নঙোন্দদি যাম্নস্ পকই।"

নোকফেৎ তৌই শ্যাম। মখূত্তা পাযবকপা কমলা খবদু ইবেথোইদা পীবশ্মী।

"ইমা কৈথেল পোৎলক্তা চঙখ্রি। থোবক্লনি। নঙগী ছুটি ফংগদবা নুমিৎ হাযবকউ।" শ্যামগী পাউখুম নংদ্রিঙৈদা ইবেথোইনা হায, "ইমা লাক্লো।"

লাপতক্লা কৈথেল পোৎলক্তগী ইবেথোইগী মমানা পোৎ-চৈ যেংন-যেংনা লাকপদু শ্যামস্ উই। চৎলগে হাযবম্লগা লৌথোকলূববা টুপীদু অমুক উপশিল্লদুনা শ্যাম গাডী পবেং থাবিবা অদোমদা চৎখি। ইবেথোই যেংদুনা লৈহৌই।

সিফাইগী থবকসি হেক ফংখিবদগী শ্যাম খুদোংচাবা মাঙহনবা ফত্তে খন্দুনা কোলেজ তম্নফাও লোইশিনখিদর্বান। ঙসিদি বব যাত্রাগী পূংফমনা মাবু ঙাইদুনা লৈবে। কনামত্তনা মহুৎ শিনবা যাববোইদবা ইবেথোইগী ববসু মহাক্তনি। কুইনদগী নীংজবকপসু মহাক্লি। মণ্ডলানসু মহাক্লি। তাইবঙসু মহাক্লি। আশাসুনি। পম্বুংসুনি। পুন্সিসুনি। কোলেজ তম্মিন্নবিঙৈদগী মচেৎ মচেৎ থোঙ্গৎমিন্নখিবা পুন্সি লৈপুলগী যুম্ফমদু ঙসিদি মপূং ফাবে।

মথঙগী অযূক্লনি।

মপান্দা যাহৌ ঙনবা উচেকশিং মখোয মশেল মবোল লোন্নবিবগুম খোঙলক্লি। লৈনম পুবা অঙ্গৈংবা নুংশিৎনা লিবি লিবি শীৎর্লক্লি। মসিদবু তেকখৎলোইদবা কবম্না নহা ওইবশিংনো। অযূক্ত ইবেথোই যম্না হৈনিংনা উই।

যাহৌবকপদা হেক মাযোক্লনা উবকই, মাঙ্গোলদা, শুমাঙদা তাবিবা খোঙ্গুলশিং অদু। খোঙউপনা নেৎলম্বগী মর্মিশিং অদু। ইবেথোই খঙহৌদনা মচীন্দা শোনখিবগুম তৌই, "তযাই !"

বৃন্দা দেবী অদু শুমাঙ মযাযদা ইশং শংনা মনা পূংনা হৌবি। মদুগী অকোযবদা তাবি ঙবাং মহাক্লা তৈথোক শেংদোকচবম্বগী খূৎকী মর্মিশিং। মদুগী মথক্তনা শেংফাত্তবা খোঙ্গুলশিং অদু। ইবেথোই খল্লকই কযাদা লাইবক ফববনো ঐসে। ঙবাং নুমিদাং তাখিবা খোঙউপ মখোল অদু তাবকই। থংনবা মীৎকূপ্তা অমুকসু মাঙখি। খোঞ্জেল অদু নোংমা শ্যামনা কৈথেল মচী অমদা কমলা পীবম্লগা চৎখিবগী খোঙথাং মখোল অদুগা ইমান মান্নবগুমসু তৌই। যেৎশিন্নবকই।

ইখঙ খঙহৌদনা মাগী নীংখাযববা পুন্সি অমা মহাক্কী মীৎমাঙদা চোংথোবকই। খংপ্রেক খংই। খোঙ্গলশিংদু অমুক উবকই ইবেথোই। লাকখিবা অমদি চৎখিবা ইযেৎ

য়েৎশিন্নবি। মখোযদি নীংঙাইদনা তূমিন-তূমিন লৈবি।

ইবেথোই কবিগুম্বা অমত্তা খনবা ঙম্লক্তে। মহাক্লা অসিমখক্তং নীংশিংলি, মাগী থম্মোযনদি হৌজিকসু হায়বি, "তয়াই লুহোংবা নুমিৎতুদি শোযদনা লাকউকো।" ☐

# নুংশিরবা মরূপকী মপাউ

কাংশি খাংবগুম পোষ্টতা খীংলকপগী মখোল তাখ্রে।

কৈথেল ব্রানা চৎলুবগা মখোয ইমাদু নমিদাংগী চাক হোবে-হোবে চাবগা অমুক থোকখি। লৈবক মচীন্দা অহীং মীৎশেল খাঙলুনবা। লৈবক মচীন্দা মৈবা পাযবী ইমা-ইবেল মযাম অমা অহীং মীৎশেল খাঙলি।

মহাক খঙই - ঙসি অহীংসির্মাদ হূইশিংনা লাক্ল লাক্লা খোংলক্কবা যাই। থাবল ফৎত্রবসু, অতিযাদা লৈচীল নোংফাই থাংলবসু থরানমিচাকশিং তগুপ তবংদ্রবসু, মালংবনা লৈনম পুবক্কবসু নৎএগা নোংলৈ-নূংশিৎপু লাক্কবসু, হূইশিংনা খোংলক্কবদুমদি যাম্না ফবে

নুমিৎতু হূই যাম্না খোংখি। নোংয়াই মতুং খবা হেল্লকপা অদুরাইর্দনি। যেনখাদ, যমগী অকোযবদা খোঙউপ বূটকী মখোলসু যাম্না তাখি। থোঙ থীল্লকখি। থংনবা মীৎকূপ্তা রাহং মযাম অমনা মাবু কোয়তান তান্নখি।

" .. নঙগা লোযনবশিংদু কনা কনানো?"

"তিন্নবা লোয়নববুদি য়াম্মী। খবা নক্লা তিন্নবদি, কোংপালদগী জিতেন, খুবাই থাংজমদগী মণিসনা, শীংজমৈ থোকচোম লৈকাযদগী তোম্বী। মৈস্নাম ওকেন, মাদি ঐখোয

লৈকায়দগীনি।"

হিসাব বয়-গুম্বা অমা পুথোক্লুনা যেংখি।

"কয়াম কুইবে শম্নবা? কনাগী খূৎথাংদগীনো?"

মহাক খংপ্রেক খংই, "কবিবো? মখোযদি ঐগা কোলেজ তম্মিন্নবকপা ওাক্তিনি।"

"ব্রা মখা তাগনু' মখোয কনাগীদা চওজফম লৌই। খূৎলায কদাযদা থম্মি।"

"মর্দুদি খঙদে। ঐদি মীচমনি। ঐ কবিমত্তা খঙদে।"

"কবিগী খঙদবা ?"

অমুকখক্তি মহাক শিবে হাযদুনা য়া যা লাউনবম্মী। সিফাইগা খূৎ থোক্লবগী থৌদোক অমদা। মদু মাবু সিফাইনা ফাকবা মতুং ইকুই কুইদননি। মাবু সিফাইনা ফাকবদুগী মবম কবিনো খঙদনা লৈনবিঙে মবক্লুদনি। মী পূম্নমক ওক্লখি– কবিগীদমক মাবু সিফাইনা ফাকবা? কমদৌনা অমুক শিববা?

মহাক শিবগী পাউ অদু মহাক মশানসু তাজবম্মী। অঙকপা মবক্তা নের্ক্লংবা অমসু ফাওবকখি। কবিনো খঙদনা মহাক নোকসু নোকখি। মোর্গত্রা চৎতুনা অশিবা হকচাঙদু মহাকসু যেংলুই। অশিবদু কোম্বেট ড্রেস শেৎলি। নোংমে মকনা পানবগী দাগফম নৎতগা দাগফম মযাম অমসু অশিবদুগী মশাদা খাম খামদুনা লৈবিবদু মহাকসু উবকই।

মহাক্না মযূমদা হল্লকপদদি, মহাক শিদে খঙন খঙনা মহাক্কী মমানা মাগীদমক ত খাদুনা গস্মোয শোক্লা কপ্পা। মচেগা মচনগদুস্ মমাং মমীৎ ইপোম পোমদুনা লৈবম্মী। অদগা মখোয বাক্কীনা মোর্গতা চৎখি হাযবকই।

থৌদোক অদুগী মতুংদগীদি মাগী মবমদা নিনফুং নিনফুং ওাঙনবা অমক হৌবকই, "মাবু সিফাইনা ফাকবদুদি মমিং মান্নবদগী ওইবমালে।"

"এ' কমদৌনা?"

'হন্দক্তা শিগ্রেদনা মমিং মান্নবা নুপাদো?"

"মাবু ফাকবদুদি কৈসু তৌবক্লা অদুদি?"

"কদাযদগী ইলেক্ট্রিক শোক ফাওবা তৌবিখি হাযনৈ। ক্লবকা মৈবা পায়বীগা লৈবমদ্রবা হিংনা ফংবগী ব্রা লৈতে।"

থাজসি কদায থাজবোইসি কদায় মহাক্লা খল্লি– মী অমগী মমিংদা মীওইবসে হেক্তা শিবা য়াববকো!

মিংগী ৱাদি মহাক্কীদি য়ামখ্রে। কযা যামখ্রবা মিংনো মহাক্কী? কযাদা নুংশিনা কৌবিখিবনো মমিংশিং অদুবু মঙোন্দা। মপূবোক্পা অমা, মবেনবোক্পা অমা, মনেশিংনা অমা। অদুদগী হেন্দোক্লুনা কুঠিদা পাপ্পিনা পীবকপা, লৈকায়দা মাবু খঙনবা, মাগী সর্টিফিকেটতা ইবিবা মিংশিং। য়ামখ্রে। মানা মানা পামজবা মিংশিং অদুবু মঙোন্দা কৌবিবা হায়বসিমক্তবু মাবু নুংশিবীবগী খুদম নৎত্রা? মতম অমদা মহাক্পা খঙবর্মী– মাবু নুংশিবা মীসি কয়াদা যামগ্রবা।

ঙসিদি মহাক্কী মমিং অমমমদু হৈইশিংনা লাক্ল লাক্লা খোংগদবা অহীং অমমম ওইবক্লি। কযা য়ামখ্রবা অহীংনো মাগী মমাঙদা তাদুনা লৈবিবা' কযা যামখ্রবা মীশনো মহাক্লা শগদৌবিবা?

কুইনা উনখিদ্রবা মরূপ অদু নোংমা ইখঙ খঙ্হৈদনা কোক হেক থেংনকই। কুইনা উনবদবগী তৌনশ' প্রবা নুংঙাইগী মপাউ হংনকই।

"কমদৌবগে নঙবু?"

"নুংঙাইবি মরূপ।"

মিনুংশি অমগা লোয়ননা কুইনা' উনবদ্রবা মরূপ অদনা অমুকসু হাযবকই, "নঙগী পাউ ঙাবে। যাম্না নুংঙাইতে। পাউদু হেক তাবদা ঐ তূ চুংখবনি।"

কাবপ্পন্না খবা ফোঙদোকপা ঙমদ্রবগুম ঙাইহাক লকক তৌরুবগা মরূপতুনা যাম্না শোন্না মবাল য়াজবগী খোনফমদা হাযবকই, "খঙদে মরূপ, কবিবু হাযদৌনো। তশেঙবদি ঐনা শোর্যাখিবনি। নঙগী থৌদোক্তগী দাযিত্বদু ঐন'ন হাযবা তাই।"

মহাক ইঙক ঙকই। ঙক্লা মরূপতুদসু যেংলুই, "কাবনো নঙনা হাযনিবদুবু?"

"ঐবু ফান্দবদু কাব মবমগানো খঙদনা লৈনাবইগে মবক্তুদা অনীবকশুবা ওইনা ঐবু অমুকসু ফাবর্মী। অনীবকশুবগীদুমাদ কা যাম্না হেনাখ। এ খাঙবা ঙমাখদে। খাঙবা ঙম্লক্লদুনা ঐনা ঐগী মরূপ মপাঙ খবগী মমিং পনবদদা নঙসু যাওখিবগুম তৌই। ঐ মীচর্মানি হাযবা মখোযনা সুকথা থাজখিদে।"

মহাক স্বায লাউই। মমীত্তা উবকই– জতেন, মাণসনা, তোম্বী. .।

মরূপতুগী মফমদা পকচেল চাউবগী মতৌ অমদি মহাকসু উৎখি। "ফবেসো হৌগ্রবদি হৌগ্রেদনা, খল্লুবনু। দষা হাযবদুনি, ঐখোযবু ঙনা-বানাগী মচু মানবা, মবাং-তুবাংবা ফিজোলদু ফাওবদি শেৎচনবিবক্লেদনা। কনা অমাদি মযূমদগী খুদে শেৎলগা

ফাখিবদু মোর্গতা কোম্বেট ড্রেস শেৎলগা ফংলির্বনি। মদুমক্তি ঐখোয়দা থোকহৌদ্রেদনা,"
মহাক্লা হায়খি।

মহাক জিতেনগী ময়ূমদা চৎলম্মী। জিতেনগা উনবম্মী। মহাক্কী মরূপতুনা মঙোন্দা হাযবম্বগুম মহাক্লসু জিতেনদা হাযনিংবনি-- নঙবু ফাবগী দায়িত্ব ঐনা ওইবা যাই। অদুবু মসিবু কবম্না হেক্তা হায়কগনি। অদুগা জিতেনদি সিফাইনা অমুক্তসু ফার্কদ্রি। ফাকদবদুবুদি ফবে। অদুবু চেকশীন ব্রা খবদি হাযনির্গঙ।

"অমম-অথেঙদা, অহীংদা হূইশিংনা লাক্ল-লাক্লা নখোয লৈকার্যসিদা খোংলক্লবদি চেকশিল্লু।"

জিতেন ইঙক ঙকই, "কবিগী?"

"চেকশীল্লু হাযবিসিনি, মতমসি মতম অর্মনি।"

"অদুবু কবিগীনো হাযবনি?"

"উবেদনা এবেষ্ট মেমো পীবমদনা পুবিবা মযামসে, লমজা ক্লাক্লা যেংগাও অশোন-অনা চেনবদৌনা।"

জিতেনদু ব্রাষ্ঠবমখৈ নোকই, "অদুগী ওইবে?" হাযবকই, "মবম লৈতনা মাবূ পংফা ফাবা পুনবা যাবা নত্তেদা।ঐদি কৈসু খনবিদে। কবিসু চিংনদে।"

"থৌওইদবা তৌনু। খুদোংথীবা হাযবসি মফম মতম নাইবা নত্তে।"

জিতেন্না কবেম্নবগুম হাযবকই, "কিমনখ্রেদা মরূপ। মবম লৈতনা মীবু পংফাদা ফা পুনবা যাবা নত্তে।"

ব্রাবৌবপ তৌনা মহাক্লা হাযকই, "অর্দদি ঐবু ফাকবদুসু মবম লৈবম তাবেনে?"

"লৈবমগনি। কবিগী লৈতনি। নঙনদি লাযনা থনবা নবালদি ওইবা যাবা মবম শোযদনা লৈবমগনি। নখোযবু কোলেজ তম্লিঙৈদা ছাত্রগী সংস্থানগীনি কাইদনা থবক যাম্না চেন্নমদাইনে।"

"মদুদি নঙসু যাওবিদুদি?"

"হোয়নে, অদুবু হাযবিবা।"

"হৌজিক্তি তৌদ্রেদনা অদুগুম্বা থবক্তু।"

"হৌজিক তৌদ্রবসু, তৌদি তৌবম্মিদনা। মদুসু মবম অমা হেক্তা ওইবা যাই।" মখূৎও-মশাও, মীকি লাইকিদনা যাম্না ঙাঙলকই জিতেনদু। মসিমসু হায়বকই, "খজিক

খজিক্তুগী মণিসনাদু ময়ূমদা লৈবা যাবক্তদনা অদুম চৎখ্রেদনা। ঐদি তৌনুদনা যাম্না হায়বনি।"

"হা! মণিসনাবো!"

মণিসনাদু ময়ূম থাদোক্লুনা চৎশ্রে মীবোৎ ওইখ্রে হাযবগী পাউদু জিতেননা মঙোন্দা তম্লবতদা খঙলকই। মণিসনাদু মীবোৎ ওইখ্রে।

জিতেননা হাযবকই, "নহান নোংর্মদি মণিসনাগোযগী লৈকাযদা পোৎ চৈ খবা যাগে হাযদুনা চৎলুবদা মখোয ইমাসু থেংনবকই। মচা কৌবনিনা যাম্না নংঙাইতনা শোল্লকই। মখোয় ইমাগী মতৌদু নুংশু নুংঙাইতে। শবফ সাবোন খবা মখোযগী শীজিল্লনবা হাযদুনা পীবিবর্ম্বান।"

"কৈদৌবিগে নঙবু?"

"কৈসু তৌদে। কাববাব হাযগদ্রা পোৎ-চৈ মকুপ মতা খনা থাদোক থাজিন শান্নাব।"

"কবি পোৎনো? কান্নদৌ ওইবদি ঐখোযসু যাওনিদনা।"

"অওইবা নঙ্ওদা। সিফাইগী কান্টীনদগী শবফ সাবোন, টুথ পেষ্টকুম্বা খবা তীকলুবগা খুল্লক্কী দুকান মচা মচাশিংদা থাবান। কান্টিনদদি মমল যাম্না হোঙনা ফংইদনা।"

মণিসনাদু মীবোৎ ওইখ্রে তাবদগী মাগী মবমদা থোইনা খল্লুদ্রবান। অদুবু নোংমা মহাক্কী মনা ওনুপা থেংনকুবদগী মাগী পাউদু অমুক তাখি। মণিসনাদু জেলদা লৈব।

মনাওনুপাদুনা হাযবম্মী, "জামনদা লৌথোকপা যাগদ্রা হাযদুনা মাগাদমক উাকল তান্নকুবদুসু কান্নখিদ্রে। খৎলাযগা কোয়না চে চাং খবসু যাওনা ফাবনিনা মাগী মথক্তা পানবা এক্তিতু খবা কনবা জাৎান।"

মণিসনাগী পাউদু হেক তাবদা মহাক ঙক্লা থোক্লমদে। আসগুম্বা থৌদোকাস মণিসনাদা থোকপা যাই। নুংঙাইত্রিবদি ব্রাহং পাউচং চৎথবদা মঙোন্দা তৌবিবমগদৌবদুনি।

মহাক মথন্তা ভাবনা শাগৎলুই- মণিসনাদু মতু মমান ইপোন পোল্লমগনি; তিংচা-যাইতম্বগী ব্রাহং মযাম অমনা মাবু কোইতান তান্নবমগান, পৃমযেৎ যোৎলগে নৎত্রগা শেগাইদুনা চাবগে মতাগুম। অদ্গা মাগীদমক ব্রাহং খূদিং চৈফ্, পাউখুমগীস্ চৈফ্। খুমদবগীস্ চৈফ্। চৈফ্গী চৈফ্ ঙাক্তা। মশা পূম্বা চৈবম ঙাক্তা, দাগফম ঙাক্তা ঙাযবম্লনি। কবিগুম্বা মহাক্লা পাউখুম অমত্তা পীদ্রবদি? মহাক্লা খুমদা খুম্লক্তুবাদ খঙহৌদনা মশাদু "জং" লাউখিবা যাই। মদুদা মহাক দৃঘ ফৃক্লা লাউবক্লনি, 'ই-ম-া!' মমীৎতা অঙানবা মচেৎ অমত্তা

উবক্তবা য়াই। অমম্বা মবক্তুদা মশীং থীওমদ্রবা অবংবা মচেৎ-মচেৎশিংনা মাগী মীৎমাওদা তন্দনগুম কুফেৎ কাফেৎ তৌদুনা কোইপাই পাইবগুম তৌবক্কনি। অদুদগীদি মশাদু ইত্তাউ তাউর্খিনি।

অদুবু মণিসনাগী মনাওনুপাদুনদি হায়বম্মী, "জেলদা মণিসনাদু য়াম্না ফনা লৈবি। মশা-মউ তীক তীক লাউর্বি। কনামত্তনা মঙোন্দা কবিসু তৌদে। ফাবা মতমদসু মাবু ফুবা চৈবা, ওৎ-নৈবা অমত্তা তৌখিদে। মাগী হায়ববু মঙোন্দা পানখিবা এক্তু খবা কনখিবনা মতম খবদি জেলদা লৈবা তাই।"

মযাম্বগী অবাবা পাউদু তাহন্নিংদদুনা তৌবিজাৎলা? জেলদা লৈববু কযাম নুংঙাইবা থবক্রো?

তোম্বীগীদদি মহাক অশিবা হংবা ওইনা চৎখি।

ওম্থোক্লা নুংঙাইহৌদবা অমনি। তোম্বীদু কোলেজ তম্বা লোইশিনখিবদগী নোংম হসু নে তানা উনবা ফংহৌদে। নোংমসু ফৎ হেক্তা ফাওজিল্লকই। ইাহ হিগৎপমখে। থবক যাম্না চিনবা শাবদনা ফৎ অমুক হেক্তা চৎখি। কদায কদাযদনো চৎলুবগী, মী মখল মখল থেংনবগা পাউ তম্মী। কবিওম্বদনা মীগী নিংঙাই শংদানবদা মখোযনা ব্রাবক বাতেম্লুবগী রাবাকাসু লীবম্মী। ঙসিদি মহাক লৌখিদ্রে। মশানা তৌজকবা কর্মগী ফলান হাযবা তাই। লালহৌবগী মিংদা শেল খাযবা যাওকবগী ফংজখিবা চেবাক অদুনা মাগী পুক্নিংগী অবোযবা হাযবদু ওইহ্রে।

"নও পাউ অমা তাবব্রা?"

"কবি পাউনো?"

"জিতেনদু নোংমৈনা কাপ্লম্লে।"

"এ! কবিগী?"

"মযাং সিফাইদা লালহৌবা নহাবোলশিংগী পাউ পীথোক-পীশিন তৌই, ইনফোর্মব ওইকবগীনি হায়ব্রা কবিনো?"

অহীংগী অচীকপবু থুগাইদুনা হুইশিংনা লাক্ল-লাক্লা খোংলকপদা মহাক লৈতাফম খঙদে। ইশি শিনা তুম্লম্লবসু খংপ্রেক খংবগুম হৌগৎলক্কনি। মমীৎ-মনা চপ যুংবমখে মনা

থাঙ্গৎতুনা তাগনি— কদোমদনো হূইশিংসিনা খোংলিবসে? তান্না-তান্না খোংবা হূইখোলসি অসুম নকশিল্লকপ্রা? ঙাইহাক্কী মমাঙদা গাডী খার্মখিব্রা?

তবঙ অমদা মমীৎ-মনা কোবোক-কোবোক ওৎপমখৈ যুমগী শাইজিন-শাযাদা, অতোবা মফমশিংদা কোযয়েং যেংলক্কনি— নোংঙানগদবসিনা কয়াম বাৎলিবা?

অকিবা খোনফমদা হূইশিংনা কপ্পা মায়া খোংবা খুখোংদুমাদি মহাক কাবমত্তা চিংনদে। ইচম চমথোকই। মমীৎতা হূৎ প্রেৎকুম্না উদুনা তৌবিবা ওইর্বিনি। হূইশিংদি ভৎ প্রেৎনচিংবশিংসু উবা ঙম্মী হাযনৈ।

কবিগুম্বা কালদদি মহাক হূইখোল তাবদদা মনীং চৎনিংলকপা যাওই। মফি ফাওবা মাংগে তৌই। হূইশিংনা অদুম্মা খোংলকপদু থাবিংগুম্বা ইঙ্গিং হবা মঙোন্দা মাঙজৌননা খঙগল্লাক্লবগুম খল্লি।

যমশেন্নাববা অনাবা অমদা যেংবা মীৎয়েং অদুমক মাগা ইমুং মনুংনসু মাঙান্দা যেংই। মাগাদমক বায কলগী হায়েংগুম মাব অমূক কোযচিং চিংলদ্রা? মামং মথা লৈফম চপ চানা পাযদনা লাক্লগা বৈদৌইনো মাগা পোড অমুক থাল্লবদনা? লুবর্বাদি মাগী থোঙ থিল্লবগদবা হৎ অদুন। কবম্বা খৎনানা মাগী থাঙ থাল্লবগদবদু? জিংেন তম্লকুবগী নৎত্রগা মণিসনা তম্লকুবগী নৎত্রগনা তোম্না?

মতাক নীংশিংলি। মকপশিং অদুগা লেঃযননা শাগৎামন্নাখবা পুক্স মচেৎ মচেৎশিং অদু। স্কুলদা, হায স্কুলদা, কোলেজদা। মখেয খৎনখি, চৈনাখ, শাউনখ। অদবু অদুমক মকপ ওইখি। কোলেজগী মতুংদগীদি মান মানা থোকপা চৎনবে। মাসবু মবী তৎনববা হাযবদুবা? নত্তে। মীওইবগী মবীবু অসুক লাযনা তৎখিবা যাব্রা?

মহাক খঙডি, অঙ্গীংগী অতিযাদা মপং যাদ্রবস থাজদি থোক্লমগান। থব্রানামচাকাশিং তগুপ তবংলমগনি। নিংথৌ তুবেলগী চীক-লেম্বা লৈবমগনি। লিবি হুম্বা মালংনা লৈবাংগী লৈনম পুদুনা চংলমগনি। লৈনম চেল্লবা মালংগী শহুমদা উপাল থাপালশিং নিশা পাল্লবগুম নোমহৌ-নোমহৌ উইবমগনি। মহৌশাগুম চাং পাৎ, তুবেল খৎফম অমঙা কাযবমখিবোই। মহৌশাগী ফজবা লৈবমাখনি। নুংশিবা লৈবর্মাখনি। খেন্নবা হাযববু মরূপশিং অদান। মাগী কল্পনানা মরূপশিং অদুগা লোয়ননা প্রকৃতিগী মতম্বাক্তা মনীং তম্মা চেন চোংদুনা শান্নজকবা ঙমদবা অসিনি।

ইমা ইবেলশিংগী কাংশি মখোলদা মরূপ মপাংশিংগী মপাঙ চেলহন্নিংদে।

ইমানা থাবদি থাজসনু। মখোযাদ মচাগীদমক বাজর্বানি। থাগনবীনি। মচাগীদমক

ব্রাদনা মখোয়না কনাগীদমক ব্রাকনি।

মহৌশাগুম নুংশিরবা মব্দপশিংগী নুংশিরবা মপাউ অদুতংদি তানিংঙি। মখোযগী অফ-নুংঙাই মপাউ অদুতবু খঙনিংই। নুংশিববা মব্দপশিং অদুগী নুংশিববা মপাউ অদুখক্তবু তুংগী মীবোলদা লীনিংঙি। ইতিহাসকী লামাযশিংদা ইনিংই । নুংশিববা মব্দপকী নুংশিববা মপাউ অদুখক্তং...। ☐

# পোলোই অদুমত্তং

নঙনা নোংমা হাযখি, "ইবগী হৈনবী লৈবদায? ঐবু লৌদুনা কবিনোমত্তংদি ইবিযুদনা?" তাবদা ঐবু লেন্নব' মাল্লবসু ঐগী ইনিংবগী অপাম্বদুদি কবেম্নবনি হাযনা খর্নাখিদে। অদুনা হার্যাখি, "ইগে।" মদুদগীদি নঙনা ইহি চিগৎপমখৈ নমীৎনা নোক্লদুনা "ফজর্বনি, যুমদা চাকথোং ফৌসু তৌবগা পঙলৈ লৈবা ঐগী ৱাবু। চে মাঙজনি মূক তিংজনি। মীনা ঙাওবে হাযনবিনি তৌজকনু।" নঙগী ৱাদু কবিমত্তা তাদবমখৈ ঐনা থৱায যাওশিল্লদুনা, "কনানা খঙনি, মদুনা মথেল অমা ওইবসু।"

ঐনা থৱায় যাওশিল্লকপদুদা নঙনা হংই, "ঐঙোন্দগীবু কবি ইনিংঙাই লৈবগে?"

অহৈ আশং শাবদুনা ঐনা হায, "মদুদি ঐগী ৱানি। ঐনা থিগদর্বনি।"

মতাংদুদা নোমীনসু পাংশিল্লকই, "চুন্মী, চুন্মী অইবশিংদি নূংগী মূর্তি ফাওবা মবোল থোকহনবা ঙম্বনি।"

"অদুনি, নঙনা ওইনিংবা অমা হেক্তা ওইবদা ঐগীদি ৱাবীনি। মদু ইগদৌবিবনি।"

ইর্গোদি হাযখি। ইবগী ৱা ঙাক নত্তনা নঙগী মবমদা কযামসু খনখি। নঙবু নীংশিংলকখি। নীংশিংবা হায়সিমক্তবু মফম মতম নাইদেদনা?

নখোয খুনগী লাই হবাওবর্দনি নঙবু অহানবা উখিবদু। নুমিত্তু নঙ লাইবুংদা জগোয

শাই। খন্না থোইবী জগোয়। শখিনা খন্না শাবগা নঙনা থোইবী শাবদো। কনানবু কেবীবনো? ওস্থোক্লা পকচশ্রে। লাই মচাগুমই। খনখি— থোইবী হায়বিদো অসুম তৌবিদ্রা?

নঙনা লাইবুংদা নোংথাংগুম হাইফেৎ ঙাল্লম্লগা মাঙখিবগী শহুমদু ঐঙোন্দদি লাই হবাওবা লোইখ্রবা মতুং ফাওবা অদুম লৈরৌই। ঐগী মীৎমাঙদা হেক হেক চোংথোবক্লুনা লক্লবকই— নুমিদ্রুনা। লাইশঙদুনা। অদুক যাম্না তাল্লবা মীবক্লুদা ঐনা নঙখক্তবু উখিবা লাইবুংদুনা। নঙগী জগোযদুনা। নঙনা।

ঐ ঙাওখি, পূমঙাও ঙাওখি। নুমিৎ খুদীং লাই হবাওহন্নিংলকই। নুংতিগী নঙ জগোয় শাহন্নিংলকই। অদুবু পাখঙ মচা মযাম হোৎচিন্নবক্তুনা নঙগী জগোযদা, নঙোন্দা শেল থাববদুমদি থাহন্নিংখিদে।

নুংশিজকবা পামজকবকাইদু অসুম তৌবিদা' খঙদে। তংনা হংখ, "নঙবু কনানো?"

পীকপ্রবা খুঙ্গংদুদা নঙগুম্ন লৈশাবা মচা অমবু ঐখোয় পাখঙ মচাশিং মখৌ অমা ওইনা থেগৎপদা কযাম্ব কুইকদণে' লুবিবদি ননাক্তা চ লুগদবদুনি। নঙগা নংতৌদদা কনামত্তা কবিমত্তা তৌবা ঙমদে।

নঙোন্দা কবিমত্তা তৌবা ঙমদে হাযদুনসু, নঙগী ব্রাবী তাবগা, নঙগা মরমদ হংজবগা ইথক্তা পংনুংদা নুংঙাইজখিবা মতাঙ অমদি লৈখি। ঐগী মরূপ মপাঙশিংনস কদং কদাযদগীনো খঙদে, নঙগী পাউদি জাৎ জাৎনা পুবকখিবা। অদগা ঐব অমুকসু লয়ে "ঙশ তাদনা খনবাসসু অদুম নুংঙাইবনি। নিশা অমনি।'

চুম্মী। নঙগী ব্রাখল খনবদু ঐঙোন্দা নিশা অমা ওইবকই। নুংঙাইখি ইথক্তগী সংসার অমদা নঙবু পুশিন্দুনা হেক হেক শান্নে। নঙবু ওইহান্নংবা অমা হেক্তা ওইহনবদা ঐগী কল্পনাসে মথৌ ওস্থোক্লা চিঞ্জখি। মহাক্লনি তত্তনা নঙবু ইনাক্তা পুদুনা লাকখিবসু। কনা খঙহন্দনা। লান্না। যাম্না চীক্লা। থম্মোযগী আঃ অথুপ্পা কাচিন্দা।

নঙগা শকখঙনবা, পাউ ফাওননবা হোৎনবদা কযাদি ব্রাখ্রে। ফনা কুইনা নঙবু খঞ্জবখক্তমক ওইদুনা লৈকই। উপাযসু লৈতবা। কোন্নথংদনি নখোয লৈকাযগী ইনাওতোম্বনা উপায় তৌবিখিবদু। মাদি নখোয নবক্তা হেক হেক য়াওইদনা। নুপীদৌনা। ময়াম্না হোমোকাইনা কযা নাতে চাদনা লক্লবিবগসূ ঐগীদমক্তদি য়াম্না ব্রাখঙবা মরূপ অমা ওইখিবনি।

ঐ খঙই। নঙনা ঐখোযবুদি ফাগী ওইনা উই। নঙদা নত্তে, নমান্নবীশিংনসু। অদুবুদি

ইনাওতোম্বগী সঙ্গনিদনা। অদুবু ঐদি মদুদা কবিসু লুনা খল্লুদে। ঐনা খনখিবদি নঙগী পূক্লিংগী রাদুনি। নঙগী অপাম্বর্দুনি। মদু খঙবদুনি। খঙনবসু হোৎনখি। নঙ অমদি নমান্নবীশিংগী রা হিক্তোক্তনবা হোৎনবদা রাজখিবসু কয়ানি। মদুদা থৌনা ফনা পাঙথোকচবা ঙম্বদা ঐগী নুংঙাইবসু লৈবক্মী।

শকখঙনববা মতুংদা, মতম খবদি পঙলাং লাঙদুনা লেল্লক্মীদনা ঐখোয। ইচম চম্না, মক্নপ মপাঙ ওইনা। ঐনা পাম্বদি মদু নত্তে। মথাম্না পঙলাং লাঙমিন্নবগসু ঐখোয অনীগী মবক্তা ঈচেল অর্মদি চেলহান্নিংঙ। হায়দোকপা ঙমদ্রবসু নঙোন্দা কয়াবক্তি উৎখিবানি। মীৎযেংদা নৎত্রগা ইঙ্গিৎতা। নমান্নবা পূম্নমক্না মসি খঙলবসু নঙদি খঙশিন্নখিদে। উশিন্নখিদে। খঙবিদবা নুংশিবগী ওমচাক্লবা, খোযবাং খোযশাওনবদু ঐ মতমদুদা খঙখি।

ইনখৎলকপা মতমগী পূক্লুং হকচাং অনীমক লাক্ল-ফানবা ঙমদবা মতমদুদা নুংশি নুংওনগী ঈথল শীখিবসি ঐগী ওইনদি নঙনানি হায়বা তাই। লাক্ল-ফানবা ঙমদে হায়দুনসু নঙগী নতৌদা হেক হেক শোম্বলকখিদবদি নত্তে ঐ।

নুমদাংবাইবম অমা, শংজু বোবা চানিমবদা ঐগী অশোনবদু মপান থোকখি। পুংফমদুদা গুইদুনা লাকখিবগুম ঐনা হায়খি, "নঙবু নুংশি।" ইকায ইকি বাংমা লাম্নানি। খঙব্রা, ঐনা রাহৈসি ইচানসিনা পনবা মতমদুদা ঐগী মীৎসিনা নঙবুদি থৌনা লৈনা যেংবা ঙমখিদবনি। ঐনা অদুম্না হায়নক্লনি হায়বা নঙবু থাজব্রনে। থাজবম্মোই। ইকাইখাঙ হায়গদ্রা, খঙহায খঙাজন্দা নঙসু, "লান্না খন্নবোইসি। ইচম চম্না সুম তিন্নসি। মদুগী থবক্তু ঐ কয়া তৈনদে।"

খম্মোযদগীবু ওইববসু নৎত্রগা চানবানথোংগীবু ওইববসু নঙনদি কযাদা লায়না হায়বিবা। রাহৈদু ঐঙোন্দদি ওম্থোক্লা শাফ কনখি। মচীন যাম্না থৌখি। হৈনিংবা কযা খুদক্তুদা মাঙখি। নুমিত্তুদা নঙনা কমদৌনা চৎখি, ঐনা কবম্না হল্লকই মথোং মবম অমত্তা খঙহৌদে।

নঙ কবিমত্তা হায়বকখিদ্রে। ঐসু মখা তানা চঙশিন্দ্রে। চঙশিন্দবা নত্তে। চঙশিনবা ঙমদবনি। যেংঙু নুংশিজকবগী অশোনবদু। মতম খবাদ তূমিন তূমিন লৈনকবে। খল্লুই— "স্বাইদা সুম লিলা লোইবেদনা।" ইনাওতোম্বদা হাযকববসু শীৎ নাম্থোকই, "ঐগীদি খঙনহনবীবে, মখা তাবদি নশকক।"

নঙনা মখা তানা রা অমত্তা কাঙথোবক্তবনা লাল্লোং যাম্না লুখি। লম্বী লম্মখাঙদা নঙ উনবা ফাওবা ঙম্লক্তে। মদু উননিংদবদি নত্তে। চাং তাহৌবগী অশোনবদুনি।

নুংশিজবগা নুংশিনবগদি খেন্নেদনা? কোন্না খঙজবকই— নুংশিববু নুংশি হাযবগা

হেক্তা য়াগদ্রা? নফমদগী লম্বী পূম্বা মাঙপ্রবা মতমদুদদি, ইচম চম্না তিন্নদুনা নঙবু নুংশিজবা অমা ওইনা লৈবম্বনা হেন্না ফবমগনি খল্লকই।

খবা লৈরগদি ইনাওতোম্বনা পাউ পুবকই। নঙনা অমুক্তং উননিংই হায়দুনা। খনখি— চমথোক্লদৌ কৌবি ওইবিনি। ব্রা লোইশিন্ননবা। শাউনদনবা। ইকায়নদনবা। মসি খল্লুবনা ননাক্তা সুকচৎ চৎনিংখিদবনি। ইথন্তা নাপল অমসু কাবকই— কবিগী চমথোক্লর্কনি' নুংশিবদি নুংশিবে। নুংশিববু চমথোক্লবা য়াব্রা?

চৎলবোই তৌবম্বদগী ইনাওতোম্বনা যামন্দদুনা লাকপদনি নঙনা নঙগী ব্রা ময়াম হায়বকখিবদু, "ঐগী মবমদা কবিমত্তা তাদ্রা? কবিমত্তা থিগৎত্রা?"

থিগত্তে। মীগী মীৎযেংদগী লৌবা পাউ ঐ তানিংদে। কনানা খঙনি মখোযনা লান্না উবম্বসু।

ঐনা খঙবা হাযববু নখোয ইমুং যু যোল্লি। শুংসু শুংই। হীবমসিদা নখোয ইমা অদুম হৈ শিংই। দন্দীনা। মতাঙনা যাদদুনা ঙম্ন-ঙম্নবা হোৎনবদা। নখোয বাবা নোংমদা পুং কুনমবি যু ঙাওই। যুঙাও যাম্না থী। ঙাইহাক নিশা লৈবিঙৈদা অফ ফত্ত খঙদবমখৈ লাউ-খোংই। অচোপ অবেম খঙদনা ইমুংদা ঈবাং তৌই। পোৎ চৈদা তাইনৈ। নখোয ইচেনা মতম খবা যূমদা লৈবদু হল্লকপীনি পাউথোকপী। শেম্নোক লম্বী অতৈ লৈতর্বাননা ওক লোই, যেন-ঙানু লোই।

নঙনসু হাযবকই, "কনামত্তনা ঐখোযবু ফনা উদর্বনি। ঐগী সংসাবাদ অমোৎ-অকাযতনা পীক থল্লি। অচীক-অশা লৈতে। চীক লেম্বা খঙদে। হিংগলবনি হাযদুনা তৌবিবসি কয়া যুগোৎ চাবা নত্তে। হৌখিবসু হৌজিক ওইর্ববসু। অদুনা তুংগীদমক ঐঙোন্দগী কবিসু আশা তৌনিংঙাই লৈতে।"

মসি হায়বা কালদা নঙ খোঞ্জেলদি খবা নীকখিবগুম তৌই। তুমীন্নসু লৈখি। মবাল লৈববী অমগুম্না নকোক অদু নোম্থখি। ব্রাহংতনা থল্লবা নঙগী মীৎয়েংদু কদাযদনো ঐ খঙবা ঙমখিদে।

নঙ অদুক হাক্লা পূকচেল পীকপী অমা নৎত্রবসু নঙগী আশাদি মমি ইশাম শান্মী। মদুনা নঙবু শোম্থহল্লি। তোম্থহল্লি। অদুমক্তদা খল্লুই— নঙনা ঐগী ফিবেপ্প চাংয়েং তৌবিব্রা? চিংনহল্লি।

নখোয় ইমুং খুদোং চাদে। খুদোংচাদে হাযদুনসু নঙনা কনাদগী কবিবু নিখিবগে' অদুবু কর্বিগীনো খঙদে নঙগীদমক ঐনা অদুক খোয়বাংখিবা?

কমদৌনা নঙগা নকশিন্নখিবনো হাযবদুর্মদি ঐ নীংশিংবা থোক্কে। অদুবু থৌদোক মচা মচা, ৱাবী মচেৎ মচেৎশিংদুদি, নীর্ংশিংগে খল্লবসু খন্দ্রবসু ঙসি ফাওবা কাউথোকপা ঙমদনা লৈবি। ঐনা ননাক্তা লেপ্লবদা লৈকায়গী মীনা উখিগদ্রা চিংনজদুনা নমীৎ-ননা তথক তথকপদো, ইকায়বদি মাল্লগা নোকমি নোকমি।

নুংঙাইবনিদা মতমদো, চৈবাওচীং কাবদা মঙাও থীবা শক্তিবুগী খঙহৌদবা নোংহৌ ফাওবনা ঐখোযবু লক্লখিবদু। নঙগী মোবেগী পীক্তক তৌবা ছাটিনদুদা নঙসু ঐসু তম্বায-তম্বায চোৎমিন্নখিবদু। ৱাবী নুংঙাইমন্দুনা চোৎপকা খঙদ্রবজাৎনি হাযনা অউবশিংনা লক্লবকপদো। কা হেন্না ফঙক তাবকপা নহা অমদদি নঙনা কবেম্নবম্মীদনা।

খঙদে অদুগুম্বা মঙাও থীবা নোংহৌদি ঙসিসু মবক মবক্তা অদুম লাকই।

কাউবব্রা? বথ যাত্রা নুমীৎ অমদসু লাইদা হৈক্কক কৎলুবগা হল্লকপদা লম্বীদা, নঙনা চিল্লকপা তখৈল্লে অদুতবু তান্নবকপা পাখঙ মচামখৈ বাথোক ওইনদৌবে হাযদুনা নখোয লৈবক মচীন্দা ঐঙোন্দা পীথোক্লম্মিদনা। তখৈল্লেদু ঙসিসু অকংবা ওইনা ঐগী লাইরবিক্কী চেনা মবক্তা যাওবি।

ইম্বা ইঙেনগী বা-ৱা দবম্বা নোংনা খঙহৌদনা হাংদোর্কাখদুনা নুমীৎনা তব, তবং থাবকপা, শংবাম্নবা আতযাগা মখাদা অশঙবা উনানা মালংগী শহুমদা লেঙ-লেঙ চৎপদু ঐদি যাম্না ঙাওজবনি। পৃক্লিং যাম্না নুংশি, থম্মোয ঈবাং হৌই। ননাক্তা হৌদুনা চেন্নিংলকই। চেনসু চেল্লকাখবদুনি নোংমা। থম্মোযগী নিংঙই মযাম পুবদুনা লার্কখিবনি ননাক্তা।

তুবেল মপালগী কুবাও ইনবদগা মখোঙদর্দান নঙগা থেংনাখবদু। নঙ ইকার্যখবা মাল্লি। ঐনা পান্নর্ম্বদি নঙগী অদুগুম্বা ইকাযবা খাঙবগী হৈনদবা মাযথোঙদু নত্তে। নঙনা থৌনা ফনা হাযবকপদুনি, "তুবেল খোঙনংদগী নুং-লৈঙোয পৌক্লিবীশিংদুগী মবক্তা যাওকই। বেবচান পাযদুনা লৈঙোয নীকলুই। নুংথংনা নুং থুগাযকই।"

লোৎশিন্নবা হোৎনাখদ্রবসু নঙ কর্বিমত্তা হাযবমদে। নঙনা মসিমসু হাযবমদে- তুবেল ঈহৌবক্লনা নঙগী অনীকপা লৈঙোয মখৈসু লোইনা চেন্থখ্রে।

ঙসিসু খল্লি— চীংজন লৌকাবকপা লৌবিংবীশিংগী মবক্তা নঙসু যাওবদ্রা? নুংশাগী মৈশানা যৈবদা মর্কশিন্দনবা হাযদুনা নমাযদা চন্দোন চবাক চবাক তৈবমখৈ। হুমাং মবীক মবীক্লা চামথোক্লনা চন্দোন্দু মচেৎ মচেৎ মৃৎলদু ফাওবা অৱাবা শকফমদি উত্তবদো। অসিগুম্বা নুমীৎ অমদনি নোংমা নঙনা হৈথা-পোৎথাগী চেঙ কবোক পীবমদুনা চাহৌবদুসু।

নোংর্মদি মঙদা নঙবু উবম্মী। ঐগী মঙদুদা নঙ হনুবী ওইনা লাক্লম্মী। লাইনীংবীসু

মাল্লি। পাক্লবা লমহাঙ অমদা নঙনা পীক্লিবা অঙাং ময়াম অমগা লোয়ননা ননীং তম্না চেন-চোংদুনা শান্নমিন্নরম্মী। নীংতম্বগী নুংঙাইবদু অঙাংশিংদা খঙহল্লম্মী। নীংতম্বা মাঙখ্রবশিংদুগী, মদু ফংনবগীদমক শীংনবা চঙই হায়না নঙনা হায়রম্মী। পুন্সি হায়বসি শীংনবগী অচৌবা খোঙচৎ অমনি হায়না নঙনা হায়বদু অঙাংশিংদুনা থাজরম্মী। মসিদগী হেন্দোক্নুনা নঙনা অঙাংশিংদা লানগী ব্লারী লীবদু মখোয়না থব্লায় য়াওনা তায়।

ওক্সোক্লা তাইওন্নবা অমনি। নঙসু খঙইদনা— অঙাংশিংদি থাজগল্লি, অমরোমদা মমাগী নাউশুম ঈশৈ, লৌশিংগী পূক্কেনি হায়নরিবা ইবেনবোক্কী চাকঙাই ফুঙ্গা ব্লারীবু হেনবা করি লৈবগে? খনখি— কবিগী অদুগুম্বা ব্লারীদি লীদ্রিবনো? কাউরব্রা? মমাদা শান্তিগী তুংনফম ওইবা তম্পাক অমা লৈ হায়বা। খোনগায়দা ব্লা-ব্লা কপ্লম্বা করম্বা অঙাংনা মমাগী তম্পাক্তা শান্তি ফংজখিদবা য়াওবগে? অরাম খৌরাংবদসু অকি-তুজুং মরক্তসু।

ফরে, মসিনা ঐগী মান্নদবা মঙ অমসুং তাইবংগী ব্লানি। মঙগা তাইবংগা কয়াদা খেন্নরিবা। মঙ হায়বসিদা ওইথোক্তবা করিবু লৈবগেনে? মঙদা ওইরবসু নোংমা ফাদোক্তং নঙবু উবা ফংজখিবদুমদি ঐ তশেংনা নুংঙাইখি।

কয়াদি কুইরে নঙ উনখিদবসে?

নখোয় তাচৌ থিবা লাকপা সিফাই খুৎপু অমনা নখোয় বাবাবু শোইনাইবা য়াবমখৈ ফূবীরম্বা, নঙ অমদি নখোয় ইমাবুনা নুপী ওইবীগী ব্যবহার তৌবিরমদবা নুমিৎতুগী থৌদোক্নুগী মতুংদগীদি নঙ অদুম উখিদ্রে।

নঙ শাউখিব্রা? নঙবু শাউবা হৈতে হায়রম্বদাই।

ঐ তশেংনা ঙকখি, "নুপীনবু!" অদুবু থাজদবদু ঙসিদি থাজরে। নুপীগীসু দায়িত্ব লৈ।

করিগুম্বা অমা মাঙজখিবগুম পূক্লিংদদি ফাওখি। করিমত্তা তৌবা ঙম্বদি নত্তে। খল্লুনে ঐনবু করি তৌবা ঙমগনি। পূমতোই তোইনা কায়খ্রবা মচু কয়াগী মঙলান মচেৎ মচেৎশিংদু ইথানুংদা চেজেৎ কোনশিঞ্জহৌবদু নত্তনা।

নঙ চৎখ্রবা মতুংদা কয়াম কুইননো ঐনা লম্মাঙনরবা অমগুম কঙাওননা লেনখিবা। লম্ফাংলবা লম্বী অমদা ইথন্তা লেপ্তুনা কয়ারক খনখি— নঙবু ফংনবা নতুং ইন্দুনা চৎলসিরা? করিগুম্বা ফংদ্রবদি? কদোমদনো নহাকপু? কদায়দনো নঙবু থিরুগদবা? নহাক নহাক ওইনা অদুম্মক লৈরিদ্রা? খঙদে! ঐ করিমত্তা খঙদে।

নোনীনদি নোংমা থেংনৈ হায়না তম্মী। বস মনুংদা। থাজদনা থেংনবদুদা মহাক্তি ওক্সোক্লা কপখিমাল্লে। কপচেৎপীদো? অউবনা করি খল্লিগবা। অঙাওবীদো? নঙনা চৎখ্রবা

মতুংদগী লাপথোক্লগ্রবা মরুপতুদা কবিগীনো নঙনা ঐগী ব্রা মযাম হংলুবিবা? নুংশিবনা পুন্সিবু খুবৌ চেলহন্নিংদে হায়বগা কবিগীনো ঐগী তঙদু লৈতাদবা পুন্সিগীদমক নহাক্লা পোৎলূম পুবগী মতৌ উৎখিবা? নবাল লৈববগুম মাযথোঙ লাংশিনখিবা? খঙদে, ঐবু কবি থল্লুগে? নুংশিদে হায়বদুমতং তশেং তশেংনা খঙহনবিবল্লবদি পুন্সিসে কযাদা শান্তি ফংজবমগবা।

ঐ নঙবুদি থিবন্মী। যাম্না কন্না থিবন্মী। অঙাওবদৌনা কোযচৎ চৎলন্মী। তান্নকবগা নঙদি হেন্নদুম লাপথোকখি। মাযা মবিচিক' ওক্লকবগী বাজহৌবা অদুখক্তমক ঐনা ফংহৌই। অব্রাবদুগীসু নুংঙাইবা অমদি লৈবকপন্তুম তৌই। মসি, মতম অমগী অব্রাবশিংদুনা ঙসিদি ব্রাবী ওইবকপসিনা ওইবা তাই।

অমুকখক। নুমিদাংদু থাবলসু মুশি মুশি থোকই। কবম্বা লীচিংনা পুন্দুনা পুকবনো হায়বদুমাদ ঐ ঙসি ফাওবা খঙবা ঙমদ্রি। পাৎকী ভামীশিংগী খাঙপোকশঙ অমদা নখোয খবা চঙজফম লৌদুনা লৈ হায়না ইনো হাস্বীনা হাইফেত্তনি পল্লম্বা। কদায ফাওবা চুম্বনো, উনবা যাগদা যাবোইদ্রা হায়বদুসু কাবমত্তা খঙবা নত্তে। খনসু খনাখদে। অদুবু ঐ তহা তহাখি। পুন্সিদা হি অমুক্তা হোল্লক্তবা ঐনা নুমিদাংদুদা ইপাক ইবংদুদা অকি তুজুং অমত্তা পোক্তবমখৈ তি হোনাখবদ ঙসিদি খল্লুবগা ইথম্ত্রা অকিবা ফাওবকই। হিথক্তুদা পূক্লিংসে কযাদা তয়াং হশোইখবা। কযাদা তনীক তনীকাখবা। নঙগী শকওং শক্তা ফাওবা তাক্তুনা ফনা কন্না হাযজকই।

মখোযনা হংলকই, "কাব থোক্লবনা?"

ঐ স্বায লাউই। লতোন শাৎাল। খুম্ফম খঙদে, অদুম্না হংলক্কনিসু পাজকদে। ইথম্ত্রা অমকস্ হংজখি– নঙবু ঐগা কনানো?

ঐগা লকক তৌবা হতৌদুদান মখোযনা চিংনখিবসু। ঐ লকক তৌখি। মবমদি অদুগুম্বা ব্রাহং অমগী পাউখুমগীদমক ঐ অমুক্তা শেম শাখিদ্রি। অদুনা ইশাবু ব্রাবৌজখি পাউখুম পীবা ঙমদবগীদমক। মখোযনা ওন্থোক্লা হৈ শিংনা নঙবুদি লোৎশিন্দুনা থমাখ। উনহল্লক্তে। অদুম উনবক্তে। নঙগী মবমদা কাবমত্তা খঙহল্লক্তে। অদুবু ঐদি খঙই, মফমদুদা নঙ লৈ। নঙগী শমিন ফংখি। ঐনা ফংখবা নঙগী শমিন্দু মমাঙঙৈগী নঙগী খৃজিগী মখোলদু নত্তে, নঙগী শম্লাংগী লৈনমদুসু নত্তে। অতোপ্পা নঙ অমনি। লাল্লদ্রা? অদুদি হায়যু, মখোযনা 'লিঙ্খোই' হায়না কৌখিবদু নঙগী অবোৎপা নমিং নত্তে হায়না।

লানশিনবা যাদবা পল অমনা কযাদা নক্লা তাম্নহল্লিবা।




ঐ মফমদুদা কুইস্না [illegible]নবগী থৌনা লৈবক্তে। অবোনবা পাউ পুবা মীবা হাযদুনা নহা খবগী ধমকাগা লোয়নবা[illegible] খবদি চাবকই।

[illegible] [illegible]থানবীগী মতুং কোইন ইন্নরুবগুম থোকখি। পূক্লিং ৱাখল হকচাং তূ[illegible] শাংকী ফূমদিশিংদুদি কোইতাউ তাউহৌই। ঙবাংনা মফমদুদা, ঙসিনা মফমসিদা, হয়েংনা কদায়দা কনানসু হাযবা ঙমদবমখে। নুংশিংনা পুবা মায়কৈদা।

ইথন্তা হংজখিবা ৱাহং অমনা খোম্বাং ওইনা হঞ্জিন-হঞ্জিন কযাবক হংলকখি, "নঙবু ঐগী কনানো?" পাউখুম ফংলক্রুবদা ইথন্তা অমুকসু থেমজিঞ্জে, "ৱাহং লৈববনিনা পাউখুমসু লৈফম থোকই।"

নীংশিংলিদনা শকখঙনখিবা, অহানবা উনখিবা নুমীৎ অদু। নুমীৎ অদদা শকখঙনবমদ্রবদি কযাদা ফবমগনি। ইথন্তা নাইতোম তাজবকর্পাসিদদি অৱা নুংঙাই মযামসু পূর্নশিন্নদুনা হৌন-হৌনদুনা লাক্লি। হৌখ্রবশিং নীংশিংলক্লি। কাউথোকখিবনর্বদি ফববর্নি। কৈদৌকনি নীংশিংদুনা অসুম থন্নগা। অদুবু যাদে।

খঙদে, চৎলু চৎলুবা মফম খূদাং নঙ লৈবমগদৌবোইদা নীংই।

নঙদি তখেল্লে য়াম্না পাজবদাই। নঙগী ৱাখলদা ইখোল মতোন্দা থাখিবা তখেল্ল পান্বীদু ঙসিদি শাৎলে। ইঙেনগী অথেঙবা নোংলীক মবক্তা মোমোন নোক্লি। খঙদে, মাসু নঙবু ঙাইবিব্রা? ওইবমদবসু যাই। নঙ লাকদ্রা খন্দুনা ঐনদি নুংতিগী হেকই। চবোং শেম্মী। অদুবু নঙদি ঙসি ফাওবা হোয়-মায হাযর্বদ্রে।

অসিমক্তদা খল্ল— কবিগুন্না নঙ লাক্রবদি, লৈ শাৎলবসু শাৎত্রবসু তখেল্লোমগা ৱাবীদুমদি লীগে। নঙগী মবমদসু হংগে। কমদৌবি, কবম লেল্লি। অৱা নুংঙাইগী ৱা। ঐসি খঙবখক্তমক ওইবি, নঙনা খঙবীবদি নত্তে, নঙগী লম্বী যেংজবগী ৱানি, নঙ লাকপদি নত্তে। খঙদে কয়াম কুইননো ঐনা অমন্নাসদা লৈগদবা।

কুইববনি, নঙগী মবমদা কর্বি ইশিংগে খল্লক্লিবসিসু। ইগে হায়না থাজবা পীথ্রবসু ঙাস ফাওবা কবিমত্তা ইদ্রি। ইবা ঙমদে। কিবকই। ইকবগা কর্বিনা পোলোই ওইগনি। মদুর্মদি নঙনসু পীবমদ্রিদনা। ইগে হায়না শাগৎলুবা নঙগী ৱাবী মবক্তা ঐগী ৱা ময়াম অমা য়েংশিল্লক্লি। নঙবু থিকবসু ঐগী ৱাবীখক্তমক পুদুনা হল্লকই। ইথন্তমক লম্মাঙনহৌই।

ঐ কবিমত্তা ইদ্রে। পোলোইসু থিদ্রে। নঙবু পূক্লিং হকচাং অনী চঙদুনা থিবন্নবসু ঙসিদি ঐ নঙবু থিবা তোক্রবনি। লেপ্লবনি। ঙাইবা তন্নবনি। ঐনা ঙসি লেপ্লিবসি নঙনা অমুক হল্লক্দবা লম্বীদু ওইবমসনু। ❑

# নুংশিরবা মরূপকী মপাউ

সুধিরঞ্জন মোইরাংথেমগী তক-তনাল্লবা রাবীমচাশিং অসিনা মপূং ওইনা সমাজদা মফম অমা ফংনবা হোৎনজবিবা পুন্সি কয়াগী শক্তম অমদি মীওইবগী নুংদা লৈবিবা থম্মোয়গী মবীশিং মশক থোক্লা, অনৌবা খূৎফোংদোক অমগা লোযননা উৎনবা হোৎনবি। ওল্লক্লিবা সমাজগী য়াওনগা শাগোন্নদুনা চৎলিবা মীযাম অসিনা হিংনবা হোৎনবদা থেংনবিবা সমস্যাশিংবু রাহং হং-হংদুনা পুথোক্লবা হোৎনবক্লি।

সমাজসিগী মশক লেপ্পা নৎত্রগা কেবেক্টব অমগী মশক উৎনবা হোৎনবদা মীওইবগী নুংগী ওইবা মশক অমা মতম পুন্নদা পুথোকনবা হোৎনদুনা রাবীশিং লীবিবা অসিনা রাবীমচাগী অনৌবা মহাও অমা অপাবশিংদা পীনবা হোৎনবি।

সুধিরঞ্জন মোইরাংথেম বিষ্ণুপুর দিষ্ট্রিক্টকী ফৃবালাদা ফেব্রুরারি ২৩, ১৯৭৩ দা পোকই। সাইন্সকী ছাত্র অমা ওইনা হৌরকই। পামজকবনা সাহিত্যগী লমদা চঙশিল্লক্লি। মহাক্কী রাবীমচা খবদি মণিপুরগী পাউচে অমদি চেফোঙ খবদা হাপ্পনা ফোঙপ্রে। নুংশিরবা মরূপকী মপাউ মহাক্কী অহানবা রাবীমচাগী লাইরিক্লি।

মমল: লুপা ৭৫/-

ফিক্শন ক্লব, মণিপুর